# ꯑꯩ ꯁꯤꯈꯤꯔꯝꯕꯅ ꯍꯦꯝꯅ ꯐꯩ

# ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ



চাওবা শর্ম্মা

# ꯑꯩ ꯁꯤꯈꯤꯔꯝꯕꯅꯥ ꯍꯦꯟꯅꯥ ꯐꯩ

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

চাওবা শর্ম্মা

"ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ"

(উপন্যাস)

অইবা:- শ্রীশামুরাইলাৎপম চাওবা শর্ম্মা

লৈফম্:- লাংথবাল মন্ত্রীখোং, ময়াই লৈকাই।

ফোঙজবী:- শ্রীমতী শামুরাইলাৎপম ওংবী যান্ধবী দেবী।

অহানবা ফোঙবা:- রথ যাত্রা, ২০০৫।



মমল্ লুপা ৭০/-

লাইবিক ফংফম -ঃ অইবগী যুম



# বামাঙ্ য়ানবা

ঐ অইবা অমা নৎচদে। অদুমওইনমক মীনা ইরকপা অদুবুদি খঙবা ঙমজে। হৌজিক্কী মতমদা লাইরিক ইবা ময়াম লৈরে। মখোয়দুনা মানা-মানা পামজবা ক্রাইমগী, পোলিটিক্সকী, ট্রেজেদিগী, কোমেডীগী, রোমান্সকী অমদি ডিটেক্তীভকী ওইবা লাইরিক নৎত্রগা নোভেল কয়া অমা ইদুনা লৈখ্রে অমস্তুং ইনরক্রী। মসিদা সমাজ অসিদা কান্নরবা ময়াম অমা য়াওরী। মীপুম খুদিংনা মদুবু পারগা পুক্নিং লৌশিং ওইনরী। ঐগী বারী অসিদি অদুগুম্বা বারী নৎচদে। রেস্টুরেন্ট চঙবা, তৌইনা প্রোগ্রাম শেমদুনা পাখং-লৈশাবী উনবা, থৌদোক বাথোকশিংনা নুংশিনবগী চাং বাংহনবা বারী নৎচদে। হৌজিক্কী মতমগা খরদি চানবা বাৎলবগুম তৌবা খরা কুইরবা মতমগী বারীনি। মতমদুদা মানা-মানা নুংশিজবা পাখং-লৈশাবী উনরগা করি করম্বা বাহে-বাতা শীজিন্নরম্মী অমস্তুং করম্বা ফীজেৎ শেৎনরম্মী হায়বদু খজিক্তং উৎপা বারীনি। নুমিদাংবাইরমদা লংত্রিকলংনা ফেংলবা পীথাই সনাবুল নাকন্দা য়েপ্তুনা ঈশিং শোকপা থোক্লকপা, নুংশিনবা পাখংগা উরগা হায়ফেৎ ইকায়দুনা ওইনজবগাদু স্নুম নীংশিংলুবগী বানি। হৌজিক্কান্দা ঈশিং শোকপদা পুনরীবা পাত্রশিংদি প্লাস্তিক বালটিন, স্টিল বালটিন, প্লাস্তিক সনাবুল অদুগা মিলক্ কন্তেন্নরশিং অসি ঙাক্তনি। ঈশিংবু মাঙবরা হায়দুনা ইরুজদনা ঈশিং শোকপা,

হাপকদৌরিবা পাত্র অদুস্তু ফেঙদনা কাবক-কাবক তেঙথোক্লগা হেক্তা মশোকচিন্নরে।

অদুগা পাখং-লৈশাবীশিংসিনা নুংশিনরীনেনা তৌরিসিনা উ-আ খোঙগ্রাও মতং অমা শেং, মোজাফুরীৎ অমা লীৎ মোটোর সাইকল, এক্তিভা, মারুটী কারবু তোংলবদি লৌইরে। মশাগীরা মীগীরা অদুস্তু মুন্না খঙদবা। অদুগা মৌ-নহাশিংসিনা চন্দন থীল্লিনেনা তৌরিসিস্তু চেং মতেকমুক্তা মমিংতগী। থীন্নিংদ্রগনা তোকও থীল্লুরনুদনা। মচা লৈত্রিবী মৌনহা খরদি ময়ুমদগী থোরপদনা পাখ্রবা চুনি অমা ইল্লগা থোরকপা - থোঙাল য়ৌরগনা চুনিদু বেগতা শং নমশিনখ্রগা লৈশাবী হেক মশাবা। মচা লৈরবীশিংস্তু ইল্লীবা ফী অদু থীগাঙদা, মনঙ্গল খিত্তং মকুপ্পা, খরা অমদি স্কুটর মনিংদা মচা অমা পল্লগা ইল্লীবা ইনফী অদুনা মঙকশমদা য়েৎশিন্দুনা চৎনরে। লৈশাবীশিংস্তু ঐগী ইচাদগী হৌরগা অমত্তা পেঞ্জদ্রে।

নুপীনা খোঙগ্রাও শেৎপা করিশু কায়দে। তৌবতবু খরা লুজ ওইনা শেৎপা য়াদবরা? করিগীদমক অদুক নপ্পা চেদা গম তৈরগা নাপ্পদৌনা শেৎপা করিগীনো? নুংদা হকপা লাইগা চপ মান্নরে। ফনেক শেৎলে ক্রক-ক্রক লাকশিন্দুনা শেৎপা, ফনেক শেৎপা নত্তে ফনেক য়েৎপনি। স্কার্ট শেৎলে খুউদগী খুদুপ অমা কৌবা, করিগুম্বা কান্দা নুপা-নহাগী মাংদা লৈবা থোক্লগনা চিংথবা য়াদ্রবা ফুরীৎ অদু মখুৎনা পাইদুনা কন্না-কন্না চিংথদুনা ইকায়বকাস্তু শারী। নোক্তুম নোক্লিংঙি। খোঙগ্রাও অদুস্তু চনিঙদগী হেন্না চিংখৎপা য়াদবদৌনা উই। করম্নবু তুরক্লিবা। ওস্তোক্লা পাকখ্রবা

চাওখ্রবা। করিগুম্বা মমৈ অমত্তংগা পাল্লম্লবদি বাজারগী কাওদু মাল্লনি। ইচানি-ইশুনি হায়রুরবস্থু মতমগী চৎনবীনি হেক মহায়বা। হায়রুবা ঐখোয়না অদুম মরানবা। করিগুম্বদস্থু মোটোর মনিংদা মখোঙ ফাক্তোক্লগা নুপা অদুদগা কোনশিল্লদনা তোঙলিনে। নুপাদুবু মোটোর থৌবদু য়ারমখিগদ্রা। খন্নসি — ঐ নুপা অমনি। অদুবু নুপীগী ফীজোল অসি য়াম্না পামজৈ হায়দুনা সাড়ী নৎত্রগা ফনেক শেৎলগা ওফিস কারবা, লুহোং-খোংদোংবগাসি চৎলবা। ঐবু নুপী মরক্তা খুউ শুপচিল্লগা ফমগদ্রা নৎত্রগা নুপা মরক্তা খোঙগ্রাই চন্দুনা ফমগদ্রা। য়ারোই ঐগী ফমফম লৈরোই। মরম অসিদগী ফীজেৎ হায়বসে মফম অমস্থুং মতমগী মতুঙ ইনগনি হায়নিংঙি। অদুগা অতোপ্পা অমনা হৌজিক্কী মতমদা নুপীনা তৌদবা থবক অমত্তা লৈত্রে। নুপীশিংসে নুপাগা চপ মান্নবা অধীকার লৈরে। করিশু হায়নিংঙাই লৈত্রে। তৌবতদি —

লোন্না চাবা হাওবনি,
মিংচিনা য়েংলকপা নুংশিহেনবনি,
হায়ফেৎ নোকপা রাশী লৈ,
কন্না নোকপা মাই খুই।
অথেন অচাপোৎ হয়িং তোংই।

মতাং অসিদা বারী অমত্তং:-

ঐগী মরুপ অমগী মচন্নুপী অমা লৈরম্মী। মহাক নুপা অমগা চপ মান্নবা ফীজেৎ শেৎলী। খোঙগ্রাও শেৎলী, কমিজ লীৎলি, নুপাগী খোঙউপ তোংই, ঘড়ী অপাকপা শি, সনা য়ান্দে, লীক্তি সনাগী মরী অমা শি, পেটী ফাই, মশম অদু লুখমগী

অদুবাইদা ইকৌই-কৌইনা ককই, করিগুম্বা কান্দম্বু তাই পুন্নী। অদুবু কুম্মৈ-ফীয়োং, লীলা য়েংবা, চাকচা হৈজানবগা চৎলবদি মহাক নুপা মরক্তা ফমদে। নুপী মরক্তা ফম্মী। মহাক্না নুপা মান্নবা অদুক কন্না হোৎনজবদু নুপা পুন্নমক্নদি মাবু নুপী ওইনা অদুম্মক উই। মমা অদুনা মাগীদমক্তা য়াম্না বাজখি। অদুবু খরা লৈরগদি মহাক নুপা অমদা চেনখিবদগী মমা-মপানা মাবু নুপা অদুদা কন্যা দান কৎখ্রে। মঙোন্দা বর দানদি কৎখিদে। মরম অসিদগী ঐগী বাখন্দদি নুপীদি নুপী ওইনা অদুম লৈবনা ফরৌইদ্রা। অতোপ্পা অমনা লফোই ৩০ মুক পানবা লফাং অমা লৌইনা শেত্তোক্রব, চরোং অমদা য়োংচাক ১০০ পানবদু লৌইনা শেত্তোক্রবদি য়েংবদা ফজগদ্রা? মদু স্বকফ-ফজরৌই। পোমশাৎনবী লৈরাং মীনা পাম্লে। পুমশাৎ-শাৎপদি পাম্লদে। মরম অসিনা ঐগী বাখন্দদি নুপীদি মপুম ওইনা য়েংলগা ফজবনি হায়নিংঙি। নুপী অশাৎপদি য়েংনিংদে।

মরম অসিদগী মমাংঙৈগী মতমগী থাবল চোঙবা, ছাত্র-ছাত্রীশিংনা হায়স্কুল অমদি কলেজ কাবদা চাদর ইল্লগা চৎনরম্বা অদুবু পামজরুবদগী কলম পাইখৎচখিবনি। কলম পাইখৎলকপদগীনা থম্বা ফাওবদা ঐগী ইনাও বীরেন হৈথম্বা, এ-আই-আরগী এপ্রুভ্ লিরিসিষ্ট, কোংবা নান্দেবম লৈকাইদা লৈবনা ঐগী কলমগী মমাই চুম্বীখিবগীদমক্তা মাগী মফমদা শিংবা ঙম্লরৌইদবা লমন অমা ঐনা তোনশিঞ্জরে। মদুগীদমক্তা ঐনা ইনাও হৈথম্ববু হন্ন-হন্না থাগৎচরী। ঐগী মরুপ শরুংবম হেমচন্দ্র ময়েংবম লৈকাই, সনসম দয়ানন্দ, শিংজমৈ সনসম লৈকাই, অমদি মালোম তুলিহন্দগী ইনাও তোকপম শান্তিকুমারবু ঐনা

তৌজরীবা থবক অসিদা থৌনা হাপ্পীখিবগীদমক থাগৎপা ফোঙদোকচরী।

অদুগা বাফম অমনা বারী অসিদা য়াওরিবা নায়ক-নায়িকা খুদিংমক কনা অমত্তগা মরীলৈনদে। করিগুম্বা শকমান-মিংমান্নবা অমদি লম্ম্যান্নবা য়াওরল্লকস্লু অদোম্মু নৎচদে ঙাকপীগনি।

চাওবা শর্ম্মা

লাংথবাল মন্ত্রীখোং

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী কম্প্যুটরগী ওঝা এস-চাওবা শর্ম্মাগী **'ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফে'** হায়না মমিং থোনবা উপন্যাস অসি ঐহাক পাজরে। ওঝা চাওবা সাহিত্যগী লমদা নৌনা খোঙ থাংজিল্লক্লিবা, সাহিত্যবু য়োকখৎপা পামজবা মীশক অমনি হায়বা ফাওবদি খংজরে। উপন্যাস অসি ওঝাগী অহানবা খুৎ-থাবা ওইজরবস্থু অপাবশিংগী থম্মোয়বু লাংতক্লহনবা, পানিংবা পোকহনবা ঙম্বা ৱারীনি। অচম্বা ৱাহৈ-ৱাতানা থম্মোয়নুংগী শেংলবা ৱারোল কয়া ৱারী অসিদা ফোংদোক্লি। ৱারী অসি পাখং-লৈশাবীগী নুংশি-নুংওনগী ৱারী ওইনা তৌবা মমাংঙৈগী মতমদা চৎনরম্বা নীতি-নিয়মদা য়ুম্ফম ওইবনি। নুংশি-নুংওনগী ৱাহৈ-ৱাতা থৈইনা য়াওদ্রবস্থু ফোংদোক্লনা অমনা অমবু নুংশিবগী অয়ৌবী থাক নুংশিবা অমনা নুংশিবা অমগীদমক করি তৌবা ঙম্বা হায়বদু ৱারী অসিদগী খঙবা ঙমই। ৱারী অসিদা মরুওইবা শক্তম লাংলিবা নায়ক অমা নায়িকা অনী হায়বদি নুপা অমগা নুপী অনীগগী মখোয়-মখোয়না লৌরিবা শক্তমশিং অসি য়াম্লমক নীংথিজে। মদুদি অপাবা ঐখোয়বু ৱারী অসিদা য়াওহনবা ঙম্মী। অদুবু অপাবশিংদা চমম্লহনবা খরস্থু য়াওদবা নত্তে। হংনিংলিবদি --- করিগীদমক্তা অদুক য়াম্না নুংশিনরম্বা মখোয় অনী ইরাই-লাইনা কাইনখিবা? মসি ওইথোক্তবদি নত্তে। মরমদি মমাংঙৈগী মতমদদি অসিগুম্বা চিরবা মতম অসিদা ইথা-থাজদনা মমা-মপানা হায়বা ইনখিবস্থু

কোঙ্গাইনি। মসি নুপী-নুপা অনীমক্তা অদুম থোক্নে। হৌজিক্কী মতমদদি মনিং-মখা য়াম্না তম্লরে। মমা-মপাগী অপাম্বদগীদি মখোয়-মখোয়গী অপাম্বনা হেন্না মরুওই হায়না লৌনরে। বারী অসিদা অমুক লাকচরগে। নায়ক-নায়িকা অনীগী সিনেমা য়েংলুরগা হল্লকপগী লম্বী-বারী বাহে-বাতা য়াম্না নাল্লী। লম্বী খরা তেনবগুম তৌই। মোহিনীনা নুপা অদুবু মাগী খুবাম্লুংদা থম্লবা হোৎনরকপা — অহৈবা চিত্রকার অমনা য়েকপগুম্না মিৎ অসিদা শং-শং উহল্লী। খেন্নবা অমনা মচুনা য়েকপা লাইদি খুৎয়েং অমুক্তা মপুং ফাই। বাহৈনা য়েকপা লাইদি মচেৎ-মচেৎ ময়াম্না মপুং ফাহল্লকপনা অপাবদা ঙাইঙমদবা অমা ফাওহল্লকপা ঙম্বা শক্তি অদুনি। অদুগা বারী অসিদা শীজিন্নরীবা ফাগীদি মানবা অচুম্বদি ওইবা বাহে মতেক-মতেক য়াওবসিনা অপাবা ঐখোয়বু নুংঙাইহনবতা নত্তনা বারী অসিগী মশকস্তু ফজবা হেনগৎহল্লী।

লৌইশিল্লকপা অসিদা ঐনা হায়জনিংবা অমদি বারী অসিগী অনীশুবা নুপী বিনাসখীনা লৌখিবা শক্তম অসি য়াম্না মরুওই হায়জনিংই। হৌরকপদা মনমোহিনী হায়বী অসিগী শক্তম্বুনা হেন্না মরুওইবগুম খলহল্লল্লবস্তু বারী অসিগী লৌইশিল্লকপদদি বিনাসখীনা লৌখিবা শক্তম্বুনা হেন্না বাংনা থমজনিংই।। বিনাসখীনা মাগী নুংশিববু ফোঙদোক্তনা নুংশি মৈচাক বানা খাঙখিবী, নুংশিবগীদমক মানা কখোকখিবা, তৌবীখিবা ময়াম পুন্নমক; ইশম-শম্না হায়রবদা অশেঙবা নুংশিবগী মগুণবু চপচানা ঙাকখিবী বিনাসখীনা অরোইবদা মাগী

লাইনিং ওইজরিবা 'ঘনশ্যাম্মু' মাগী ওইবা ফংজখি। মরমসিনা মহাক্না লৌখিবা শক্তম্মুনা হেন্না পামজরুই। অপাবা অতৈ-অতৈগী তোঙানবা বাখলশিংস্তু লৈবীরমগনি। সাহিত্যগী লমদা নৌনা খোঙদারক্লিবা ওঝা শর্ম্মনা, মসিদগী হেন্না ফজবা বারেং-শৈরেং কয়া মাইপাক্না পুথোক্লকপদা অমদি সাহিত্যবু হেন্না মশক থোকহনবদা ঈশ্বরনস্তু থৌজানবীবা ওইসনু হায়বা বাহে খরসিনা বারৌইশিঞ্জরী।

থোকচোম প্রভা দেবী,
ডিপার্টমেন্ট ওফ ইডুকেসন,
মণিপুর ইউনিভর্সিতি।

# প্রীতি স্তুতি

পিতা স্বর্গ পিতা ধর্ম্মঃ
পিতা হি পরমন্তপঃ।
পিতরি প্রীতিমাপন্নে
প্রীয়ন্তে সর্ব্বদেবতাঃ।।
ঐবু পোকপীরম্বা ইপা ইবুংঙো
ঐগী গুরুদেব শ্রী ঁশাজৌ শর্ম্মা
নচাবু চাওনবা য়োকপদা
শেংনিংবা কোঙ্গাই শেংখিদ,
চানিংবা কোঙ্গাই চাখিদ,
ঙন্না পুন্সি লোমখিবনা,
নচানা করিগুম্বা অমত্তা
গুরুদেবগী নফমদা তম্বা ঙমজখিদ্রে।
নচানা ইজবা উপন্যাস মচা
**"ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ"** হায়না
মিংথোনবা লাইহৌরিক মচা'সিমত্তং
শ্রীশ্রী মদনমোহোনজীউগী চরণদা
গুরুদেবনা পেনবীনবগীদমক্তা কচচরী।
লংনদনা লৌশিনবীয়ু।

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

## — অহানবা শরুক —

ঐ য়ুম পাল্লবা মতুংদা ইচানুপা অমা ফংলে। ইচানুপাদুনা চহী অমামুক ফারকপগী অদুবাইদনি। মেডিকেল গ্রাউণ্ডা ঐহাক থা-মখাই অমা ছুটি লৌরগা য়ুমদা লৈবনি। তশেংনা নাববুদি নত্তে, মতম খরা পোখাগে খন্দুনা লৌবা ছুটিনি। নুমিত্তু কালেনগী নুংথিল অমনি। মাঙ্গোন্দা থারিবা অরাম চৌকি অদুদা ঐ পোখাদুনা লৈরম্মী। অদুম্না ঐনা য়ুমদা নিনি-হুম্নি লৈরবদুদদি ইমানা --

— *ইবুংঙো! নংন্সু লৈরবনিনা ইমান্সু লৈকাইগী বারী তানেয়ে ঙাইহাক্তা চংলুখিগে। ইবুংঙোচৌবা তুমহৌবনি। মেক-মাক লাওবা নমিৎ-ননা শিংউকো। কাংথোন্দগী তা-লাক্কনি* হায়রম্লগা চংখিরম্মী। ইমানা ঐগী ইচানুপাদু ইবুংঙোচৌবা কৌই। অন্সুম্না লৈরীঙে কান্দুদা মখাথংবদা লৈবা ঐখোয়গী শাগেগী ইনাওনুপাগী মচানুপা অতোনবা চহী ৫/৬ মুক শুরম্মদ্রা অদু প্লাস্টিক মচেৎ অমদা য়োম্বরা-তৈবরা করিনো অমা লেকপোই-চাবোই তৌদুনা হেক লাকই। মদুদা ঐনা –

— *হে! নংনা চারিদু করিনো?*

— *চ-চ-চ-চন-প্পীনি।*

— *পুরকউ লাও য়েংগে।*

অঙাংদু ঐগী ইনাক্তা য়াম্না কিনা চংশিল্লকুগা

-- *ম-ম-ম-মমানা লৈ-লৈ-লৈ-লৈ-বীবনি।*

— *লংথোকখো। হয়েংখৈ চনপ্পী চাবা য়াদেকো। চনপ্পী চারদিনে য়াদা তীন চংবনি। খংঙবরা?*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

হায়রগা ঐনা ফুরীৎখাও জেপ্তগী লুপা অনীচৎপী অমা
লৌথোক্লগা অঙাং অদুদা পীরগা —

— *সিননে চনপ্পী নত্তবা অমা লৈরগা চারুরো। চো-চো।*

অঙাংদু পৈশাদু পাইরগা হরাও-হরাও চৎখ্রে। অঙাংনা চারকপা অচাপোৎ অদু উবদগী ঐনা খল্লকখি দুকান্নেদনা তৌরিসিনা অসিগুম্বা মথোং-মরম খঙদবা অচাপোৎ ঙাক্তা হেক য়োল্লদনা। মমাংঙৈগী ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈগী অচাপোৎশিং মথং-মথং লৌইন্না নীংশিংলকখি। লৌইন্না 'ইনে পশোৎকী পোৎফম।' ইনে পশোৎ ময়ামগী ইনেনি।

নুংথিল পুং ১-৩০/২-০০ মুক তাবা অদুবাইদা ইনে পশোৎ পোৎফম ফম্বা থোরকই। ইনে পশোৎকী পোৎফম অদু সড়ক্কী মতাইদা হৌবা খোঙনাং পাম্বী অমগী মখোঙদা ফুট-খাইমুক বাংবা য়ুমফম মচা অমা থোল্লগা লুকমাই পান্দুনা ফম্বনি। মথক অদু ইনা পাকখন খনবনি, ফক্লাং অদুনা য়েংদৌগী ফক্লোংনা খাই। বাইদি তৈদে।

ইনেগী লুকমাইদা করি-করি অচাপোৎ য়োল্লীবগে অমুক্ত য়েংসি। লীক্লিগী মনিং কৌইবা মখুম পানবা, মখুমদুগী মথক্তা মতুম তাবা খুৎপাইফম অমম্বু পানবা মদুগী মনুংদা হাপ্পা লড়ু, বেরা, জিল্লিবী, ইরমদা শাবা মার্ব্বলমুক চাওবা রস-গুলা, লৈবাক হবাই হৈঙাল, হৈমাং চিনি তোৎপা, লৈবাক হবাই মকু খোক্তনা ঙৌবা, শেঞ্জেং পুখমদা হাপ্পা থম্বৌ হৈঙাল, মেসিমদি মতম-মতমগী ওইবা অবাথবী, চোরফোন্নচিংবনি) শিংজু, অবাথবী অমুনবা, লীক্লিদা হানবা তীংলবা হৈমাং মহী, মতম-

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

মতমগী ওইবা উহৈ হৈনৌ অমুনবা, অশংবা, ডরবুজ, লৈহৌরানা য়োম্বা মঙ্গে অমুনবা, থবী, কিহোম, হৈতুপ, কমলা, অমুনবা নংত্রগা শংমুন্নবা-কালেন-হৈখা, চুজাক অরৌবা, অসিনচিংবনি। মসি নিংশিংবা খরদনি। নিংশিংবা ঙমদবদি য়াওদ্রবনি।

অদুদগী খরা চাওরক্লবা মতমদনা – তৌটী ফংদবা লমদনা লৈকাইগী পুখ্রি অচৌবদা নুমিদাংবাইরমদা মচু-মচুগী ফীজোল শেংলবী লৈশাবীশিংনা লংত্রিক-লংনা ফেঙলবা পিথ্রাই সনাবুল নংত্রগা বালটিন অমমম পাইরগা ঈশিং শোকপা থোক্লরকপদুদি য়েংবদা মিৎফম হোংবা ঙমদবনি। চীংঙা মখা হাইস্কুলদা ক্লাস নাইন-টেন তন্নীঙে মতমদুদা ঐনা খঙবা পব্রিক হাইড্রেলসি চীংঙা মখা ফুরা মখোঙদা অমা, চীংঙা মখা ক্ষেত্রি লৈকাইদা অমা, থোঙাম লৈকাইদা অমা, পীশুম চীংদুম মচাগী নাকন্দা অমা অসিতমক খঙই। অতৈ অরাপ্পদা লৈবশিংদুদি খঙদ্রেকো।

কনাগুম্বী খরনা কোক্তা, খরনা নাকন্দা য়েপ্লগা মরী-মরী লাক্লবা মরী-মরী চৎখিবা ঐখোয়দদি কুম্মৈ অমনি। মতমদুদা মাগী-মাগী খোইদাজবা, খোইদাজবীশিংদুদা বাহৈ অমত্তং ফোঙদোকহৌননবা অমদা অমুক চৎ অমদা অমুক চৎ বানা ঙাইজবা শানানবা পাখংশিং অদুস্তু অয়েংবশিংগীদি কুম্মৈ অমনি। ঐখোয়নদি মৈশা অদু খঙদবনিনা কুম্মৈ ওইবীরিবা। কনাগুম্বী লৈশা অমনা মাগী নুংশিজবা নুপাদু লাপ্লা লাকপদি উরবা, ময়ুম্নদি য়ৌশিল্লক, লেপ্লা ঙাইসি কদাইনো, হন্না

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

থোরকসি ফরক-তা, তপ্পা থাওবা খোঙথাঙনা, নুংশি মাবু ঙাইন চৎ, করম্নবু ফোঙদোক্লসিগে। অদুগা কনাগুম্বী অমনস্তু হৌজিক্তা শোক্লুরিবা ঈশিংদু মনিংথোঙদা হৈদোকখ্রগা সনাবুল পাইদুনা থোকখিবস্তু য়াওই হায়নৈ। অমুকস্তু কনাগুম্বী অমনা মাই-চান্নদবা পাখং লাকপা উরগা য়ুম্লক ফাওদুনা চৎখিবা, শোমদনা থোরকখিনি খন্দুনা ঙাইবদুস্তু মঙোন্দদি পংবা-বাজরবা অয়েংবশিংদদি মথেল অমনি। মদুগী য়েংনবগীরা, অবা-পোখাবগীরা, চানিং-থক্লিংবগীরা অদুদি খঙদ্রে মীয়াই চন্নবা-চন্নবী খরদি ভাবোক ওইনা ইনেগী পোৎফমদগী সিকি-মখায়গী চুরুট-ক্বা, হৈ-রা, শিংজু চা-থক্তুনা ফম্বসি তঙাইফদ্রবা থবক ওইজবগী মশিংস্তু বাৎখিদে। অস্তুম খন্না-খন্না ঐস্তু অরাম চৌকিদুদা বাওরী-বাওরী তৌরুরবা জাৎনি। পুং ৩-৩০ মুক তাবগী অদুবাইদা অঙাংদু কাংথোন্দগী তারবৌইদনা - খংকপ হেক কপ্লকই। ঐস্তু খঙবৌই-করিবৌই ফুক হৌগত্তুনা চেনশিন্নগা অঙাংদু তাপ হেক লৌখৎলি — *ইচাবু কনাননোনে? হা-ইচাবু কনানা তৌরিবা? বাবা ফুগে। ইহে লৈবাকসি কাইরেদো* হায়দনা লেঙবান্দা পমখৎলগা মনঙ্গন্দুদা খুবাক্লা পোপ-পোপ থারদুনা কন্না থেম্বা হোৎনরী। তুম্বা হৌগৎলকপদা মমা থেংনদবনে, কাংথোন্দগী তাবনে অঙাংদু কপ্পা ইতোক-তোক্লমদে। নীতিগীদি ইমানা (মেবোক্লা) শঙ্গোমগাদু ইনবীবনি। ঐদি অদুগী ভাব ইতৌ-তৌদনা পংথেমদা থেম্মম্বী। ইয়া-য়াদে। ঐহাক উপাই লৈত্রদুনা শুমাঙদা কুমথরগা অমুক থেম্মম্বী; য়াদে। ঐহাক বিভুলা চুদুনা লৈরম্বী। তাঞ্জাদুদা

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

বিনাসখীদু (অঙাং মমা) কলেজদগী হল্লকই। মানা গাড়ীদু শুমাঙদা হেক খাল্লগা মফী-মরোলগকা অমত্তা হোংদোক্তনা ঐঙোন্দগী অঙাংদু শৎ লৌরগা থেম্মী। মমানা হেক শোকপদা অঙাংদু কপ্পা তোকখরে। মদুদা ঐনা —

— *থীদা পীশক-পীকঅদনা মবুক ফরোইদৌরিসে।*

— *ইমাগী মনি মতুম্নি। অদুম্নগা হায়বীনু। মামা লাকএ। তোকও - তোকও।*

— *ঙসাইদগী ঐনা থেম্বদি স্নুকয়া-য়াদেনে। নংনা শোক্ত-শোকপদদি কপ্পা ফরিদুদি। ইহে! তৌববুদি মদো কাংথোন্দগী তারকপনি। অদুনা ওইরম্বস্নু য়াই।*

— *অদুবোইবা শঙোমগদি ইনবীরবরাইবা?*

-- *ইহে! কাওবু কাওইদা। কদাই-কদাইদবু লৈগেনে মাগী শঙোমগদুবো? ঐ শেম্বীরক্কেনে।*

— *য়ারে-য়ারে। মমা লাকঅগবু অঙাং শঙোম শেম্মক্কেএনে নোক্লিংদ্রা? ঙশাইনা ইনবীরম্মদি ফরোইদ্রসে।*

হায়রগা ড্রৌইংরুমদা চংখ্রগা মফী-রোলগা অমত্তা হোংদোক্তনা সোফাদা ফম্লগা অঙাংদু খোম পীথকপা জাৎনি। ঐস্নু ইচাগী মতৌ য়েংনিংদুনা হৌগৎলগা মোন মখাদগী চুরুট উপুদুগা মৈখেত্তুগা পাইরগা কাদুদা চংলুরে। ঐনা সোফাদুদা ফমথরগা চুরুত্তু মচৈ অমা লৌথোকই। উপুদুবুনা সেন্তর টেবলদুদা থম্মী। অদুগা চুরুট মচৈ অদু চম্মী। অমুক্তং শাংনা চিংলগা মৈখুদু কামথোকপদা অঙাংদা পাইশিনখ্রে। মদু উবদা মমানা মৈখুদু মখুৎনা হুমদোক্লগা হায়রকই —

— *ওম্বোক্রা তঞ্জখ্রে। মৈখুসিবু অঙাংদা কামশিল্লকইসিবো।* মানা মৈখুগী বা হায়রকপদগী মঙোন্দা পুরা হেক য়েংলুবদা মানা মফী-মরোন্দু হেক শেমজিন-শাজিল্লী। মদুদা ঐনা —

— *ইকাইদবীসিদি।*

— *ইকাইদে। ইকাইরদি মণিসিদি করম্না?* হায়রগা অঙাংদু ফং-ফং চোঙই। — *ইমাগীদি মণিনি, ম-নিনি ম-নিনি। হাই মণি-নি মণি-নি। ইপা শারেপ ফারো। ইপু শারেপ ফারো। হাই-হাই ইপা শারেপ ফারো, ইপু শারেপ ফারো। হা! নংবুনে ননাওগকা লৈহৌদ্রবো? চন-চনদি? হা! ননাওরা/চন-চনলা অমত্তংগা লৈরদি ফদৌবা। নং পাবুংস্সু মথন্তা, নংস্সু নথন্তা, নোং-নুংশিং মরক্তা মৈখেৎ মরু অমখক হায়দু তাদৌরিবরা খঙদ্রেদা। সে-সে পাবুংগা ঙাইহাক্তা লৈরম্মুসে। মামা ফী অমুক্তা হোংদোক্লুখিগে। চা-স্সু লোম্লক্কে।*

অসি হায়রগা মচাগী মখজাই অনীদু থক-থক হেক চুপ্লগা ঐঙোন্দা পীশিল্লকই। — অঙাংদু মখুৎনা লেংঙিস্সু অমুক্তোইবা চুরুট উপুদু হেক লাম্মী। ঙাইহাক্তুংদুদা ঐস্সু বাথরুম চংনিংলকখি। চুরুট লাম্বদা সোফাদগী অমুক তাবস্সু খংদে খল্লদুনা ঐনা চুরুট উপুদু অঙাংদুদা পীরম্লগা বাথরুমদা হেক চঙলুরে। ঐনা থোরকপদদি চুরুট উপুদু শেগাইরগা মচৈ অমা লৌথোক্লগা চাদুনা লৈরম্লে। ঐনা *মসি মকোক ঙাওবতারে* হায়দুনা ময়াদুদা খুদোনবী থীংজিন্দুনা হেক ওৎলুবদা মঙৈগা থক-থক নীকপমখৈ খুদোনবীদুদা চীকখ্রে।

— *অস! মসি চীকইনহে।*

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

হায়রগা খুৎসি শং লৌথোকই। তাঞ্জাদুদা মমাস্থু মখুৎ অনীনা চা কপ অমমম পাইরগা চংলকই। চা-দু টেবলদুদা থোক থম্লগা হায়রকই।

— *অস! অঙাংসিদি চুরুট মতেক পীজরেদনা তৌরিসিদি।*

হায়রগা অঙাংদু তাপ পমখৎলি। ফনেক ফীবান্দু খুদোনবীদা হাপ্লগা ময়াদা থীংজিন্দুনা ওৎলি।

— *নং পাবুংগা ঙাইহাক্তুং লৈমিন্নবসিদি ইবুংঙো মৈখুবু কামশিনবনে, চুরুট মতেকপু পীজবনে কাঙনগা অমত্তা চীক্লরেইহে।*

ঐদি মচাদুদা মমাদুনা ঙাংলিবা শকইবদু নোক্লিংবৌই-করিবৌই স্থুম তাদুনা লৈরম্মী। অস্থুম্না ঐখোয় অহুম কা-দুদা লৈরিঙেদা শুমাঙদা স্কুটর অমা হেক খামখি। অদুগা কৌরকই

— *সার! সার!*

খোঞ্জেন্দু য়াইমা ড্রাইভরগীনি হায়বা খঙলদুনা ঐ মপান্দা থোকই। অদুগা মমা-মচানা ইমুংলোমদা চংখ্রে।

— *য়াইমা! নং কৈদৌরবা?*

— *সার! ঙমদে তাবদুদা কয়া-য়াম্না কম্না ঙমদ্রিবনো হঙ্গেএদনা লাকচরিবা।*

— *চংঙকউ লাও! চা-নুং থকখিসি।* হায়রগা য়াইমদু ড্রোইং রুমদা কৌশিল্লগা ইবান্নি ফম্মিনে। অদুগা হায়খি —

— *ও! মমাশাবী নংবু তারিবরা? চা-দু গ্লাস অমত্তগা পুথোরকখোসে। ঐখোয় ওফিসকী মী অমা লাকই। ও! ব্রেথস্থু য়াওরকউকো।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— ও। তারে। তারে।

— ঐনা ছুটীদা লৈরবনিনা নংদি কমদৌরি?

-- খঙদেদা সার! মী মচা ঐখোয়না তৌদৌসি। সার ছুটী লৌখ্রেএদনা খরা পোখারনি খল্লুবনি ভেহিকল সেক্রন্দা অমুক থাজিনবীরে।

বিনাসখীনা চাগা-ব্রেথকা পুথোরক্লগা

— হাইমা! য়াইমা নং ওইরে। ঐদি অতে ওফিসারগকা লাকপোই নীংঙুরে। ফম্মু-ফম্মু চা-সি থক্লগা নং সারগা ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক শামিন্নৌ। নোই সারসে মথন্তা য়ুমদা লৈবসিদা য়াম্না ৱারবনি। ঙাইখো য়াইমা! ঙসিদি নং ঐখোয়দা চাক চাখ্রসিদনা?

— এঃ এঃ তৌবীরুনু মেডাম। ঐ চাজরোই।

— ফন্দুম তান চারে য়াইমা! ঙসিদি নং ঐখোয়দা চাক চাখ্রো। সে সে য়াইমগী চাক হাপ্পুকো। ইমা লাকঅনি অদুগা থোঙখোঙদগী হাওগদবা ঙা রৌরা কৈনো অমা লৈহল্লুরো। ইন্ছাংদো কৈনো থবী চম্ফুৎ অমগা ইরোনবা অমগা য়াওকো।

— অস! সারগা মেডামগা মঙাইরে ঐবু লুনা তৌবীরিসি।

— এঃ য়াইমা ঐগী ৱাখন্দদি মীসি থোইদোকপা অদু-অদা হায়বা থোইনা লৈতে। মফম-মতমগী ৱানি। ঐ অদুনিগাইদনা নখোয়দা য়াম্না তুহত্তুনা ঙাং-শকখিবা থেনঙব্রনে? নখোয়দনা নশানা য়ানা ঐগী ইতেং পাংবীরবগী ৱানি। ঐনা নোংমতা নখোয়দা ঐগী ইরম্নাই থবক অমত্তা তৌ হায়খিদ্রি খল্লী।

*অদুবু ডিউতী মতমদদি মসি য়াদে। মদু খংনা নখোয়না চৎপীরগা লোইরে। থোইদোক্না লাও-খোংবগী দরকার তাদে।*

— *মানি মানি সার! অদুগীস্তু মথক্তা সারদি মীটিং-নুং, মহী-মনাইগাস্তু পাইদেদো। অদুনবু সারগী ইখাদা লৈবা মী খুদিংমক্না সারবু খি-খি কিন্নরীবনি।*

— *ঐসে নংগী ওফিসারনেদনা পংথা-হেক থাগৎলে। মীনা ইতুংদা করি-করি ঙাংনরিবা অদুদি তাবা ফংদ্রবন্নিনা নংনা হাইরিবসিদা অদুম থাজবা তাবনিনে হা।*

— *নত্তে-নত্তে সার! খিত্ত হায়জিনখ্রদি ঐ স্টারীং পাই-ঙমদনা মাঙগে।*

— *কৃষ্ণ-কৃষ্ণ! কৈনোনে নংনা ঙাংঙিদো? হায়হৈদেনে। চিন্দুং ইন্দনা তোক্নরনিসে। তৌহৈদে। মতুং তৌনুকো।*

— *ব্রা-বোইবা। ঐখোয়না ঙাইহাক্তকা নুংঙাইরিঙৈদা সারনা করিগুম্বদকা চংঙক্রদি ঐখোয় লোইনমক নোর্মেল ঙাক্তনি। অদু ব্রারীস্তু ব্রারীনি ঐ সারদা করিগুম্বা অমত্তা হঙজগে খল্লীসি য়াম্না কুইরে। ঙসি ফাওবা হঙবা ইঙম-ঙমজদনা লৈরী।*

— *কৈনোনে? হায়য়ু তাসি।*

— *অস! ঐবু ব্যবহার থোক্তবা তারগদ্রা? খঙদ্রেদা।*

— *ঙাইখো-ঙাইখো। নংগীসি লম্নাই ব্রাফল্লা নৎত্রগা ওফিসকীরা?*

— *এঃ ওফিসকী ব্রাফম নৎচদে। লম্নাইগীনি।*

ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— অদু ওইরবদি ঐবু করিমত্তা ইকাইবা-হঙৈইবা লৈরগনু। মরুপ-মপাংনি খল্লগা নংগী ৱাদু হায়রো তারগে।

-- অদুদি সার!

— হোইনে-হোইনে চাক ঙাইবোইনা নংগী ৱাদুদুম হায়রোনে।

— সারনস্থ য়াবীরবনিন্না ঐ হৌজরগে ৱারৌবীবা য়াদেকো সার!

— হোইনে। হায়রোনে হায়রোনে।

— সার! অদুঙৈ মেডাম্না লৈশারীঙেদা নোংমা সারগা ঐগা মেডামহোইদা চৎমিন্নরুইদনা?

— উম। হায়য়ু তাসি।

— নুমিত্তুদা সারগা মেডামগা শান্নখিবা ৱারীদো ঐবু মকোক মমৈ ইশম-শন্নদব, মঙ-হাগুম্না তৌখি। নোকস্থ-নোক্লিংঙি। মদুবু মপুং ফানা অমুক্তা খঙজবা য়ারোইদরা? সার!

— হে! হে! অদুগী ওইরে? ঐদি য়াম্না ুবা ৱাগকা ওইরবোই নীংলুরে।

— ঐনা স্থম খঞ্জবদা সারগা মেডামগসি হান্নদগী শক্তি খঙনরগা মরীদি লৈনরক্তবগুমস্থ তৌখি। অদুগা নোংমখক উনরগা হেক্তা - ৱারীদুবু-ঐবু-অমুক্তা ?

— য়ুমস্থানবগী লম্বীদা নুপী-অঙাংগী, মরুপ-মপাংগী, ইজ্জৎকী, হোরেললগী-হয়েংগী, করি লৈ/লৈতে হায়দুনা ইমৈ-ইকোক খঙদ্রবা মতম অসিদা পুন্সিদা মশেল-মরাংখিবা ৱারী অমবু ইথা-থাজদনা নহাক্না নৌহৌনা নীংশিংহল্লে। অদুগী ওইরবদি চাক ঙাইবোইনা ঐ ৱারীদু শম্লপ্না লীরগে মুম্না তারোকো।

*****

## ঐগী বারী

ঐনা কলেজ্ তম্লীঙেদা থোকখিবা বারীনি। খৃঃ ১৯৬৯-১৯৭০ গী অদুবাইদনি। ঐনা মণিপুর কলেজদা বি-এ ফার্স্ট ইয়ার তম্লীঙেদনি। সেসন হৌবা চয়োল অনীমুক ফারম্লনি। বি এ ফার্ষ্ট ইয়ারগী লেকচর রুমগী চঙফম থোঙ অদুগী মখা থংবা নাকল অদুদা বেঞ্চ অমা থাদুনা লৈ। অদুগুম্বা বেঞ্চ অমমম কা খুদিংগী চঙফম্ম থোঙ মনাক অদুবাইদা লৈ। মফম অদুবাইদা অমনা অমুক চিং অমনা অমুক চিং অদুম্মক লৈরে। নোংমা নোংমগী থোকউ থোকউবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা বেঞ্চ অদুদা হেক হেক ফম্মগা পোথানৈ। অসিনত্তবা অতৈম্সু মানা-মানা থোকপা লম্পাক্তা অমদি ভেরেন্দাদুদা রুমাল থারগা খোঙ য়াম্থ্রদুনা ফম্বম্সু য়াওদবা নত্তে। নোংমদি মনমোহিনী অমসুং বিনাসখী মখোয় অনী বেঞ্চ অদুদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐসু মনাক অদুবাইদা লৈবা ভেরেন্দাগী উখোঙ অমদা ঙারগা লেপতুনা লৈরম্মী। ঐনা মমিং-মথা পনবদি তৌদনা অসিদগী এন-এম-ডি হায়না থারিবা সাইকল অসি কনাগীনো হংখি। বাহং অদুগী পাউখুম বিনাসখীনা পীরকখি।

— *মনমোহিনীগীনি।*

— *এন-এম-ডি হায়রিবা অসিনা করি খঙনরিবা?*

— *হৌজিক ফাওবা খঙবীদ্রিবরা?*

হায়না বিনাসখীনা বাহংগী পাউখুম বাহংনা পীরকখি।

— *খঙলবদবু হংখিগদ্রা?*

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— *খঙশিন্নদবা মাঙ্গীকো।*

— *ফরেনে খঙববু ওইরো খঙদববু ওইরো ঙাইহাক্তা বাইজরুবা য়াখ্রা?*

— মনমোহিনীনা *য়াগনি কুইবিরক্কনুকো।*

য়ান্না ঈং-ঈং লাওরবা স্তুম তাদুনা লৈনিংবা খোঙ্জেন্নি। মানা অদুন্না হায়রক্কবদা

— *কুইরোইদা অপ্পায় ফাওবদনি।*

মানা সাইকল শো লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীরকখি। ঐ মঙোন্দগী শো লৌরগা সাইকল অদু শো হাংলে অদুগা সাইকল তোংখৎলম্মী। কদোমদগী করি বাখলদগী ঐনা সাইকল বাইগে হায়রুরিবনো। ঐগীস্থু সাইকল মাওরিবনি। হায়জিল্লুরবদুদা লৌরুবা হায়দুনি তশেঙনা হায়রবদা থৌইদোক্পা চৎফমদি লৈখিদে। অদুবু থোক্তি থোরক্লে। লম্বী চৎনা চৎনা খল্লকই - "খঙশিন্নদবা মাঙ্গীকো।"

ঐনা হল্লকপদা মখোয় অনী কলেজ ভেরেন্দাদা লেপ্লগা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐনা প্রপ-প্রপ চংশিন্দুনা মখোয়দা সাইকল অদু পীরগা

— *কয়াম কুইনা ঙাইবীরবগে?*

— মনমোহিনীনা *কুইদ্রিদা।*

— *মতুং অমুক বাইগে হায়বা য়ারক্কদবা মান্দ্রেদা। অমুক্তা হেক খুৎথীবা হায়দুনি তৌরিসে।* মদুদা বিনাসখীনা

— *বাইবীরিসি লাইবক ফবনি।*

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

মদু তাবদা মনমোহিনীনা বিনাসখীদা খুনিংনা থীনখি। বিনাসখীস্থ সাইকল সেডতগী মাগী সাইকল লৌথোক্লুরগা মখোয় অনী চৎমিন্নখ্রে। ঐনা খনখি – ওস্তোক্না ফজখ্রেদা! করি লমদগী ওইরিগবা?

মদুগী মতুং তরানিমুক লৈরগা নোংমদি ঐনা খরা ঙঙ্গদুনা কা মনুঙদা ইতোমতা ফম্লগা থোঙনাওরোমদা য়েংদুনা লৈরীঙেদা মনমোহিনী অমস্থং বিনাসখী কা অদুদা প্রপ-প্রপ চঙলকই। ঐবু হেক উবদা বিনাসখীনা হায়রকই।

— *করি খল্লিনো?*

— *করিস্থ খন্দেদা স্থম ফম্লম্বনিদা।*

— *খন্দনা খল্লদি ওইনবা খল্লুকো।*

হায়রম্লগা মখোয়গী লাইরিক খাউদু ডেক্স মথক্তা থনম্লে অদুগা মপান থোকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ওঝা চঙলক্তুনা ক্লাস তৌরম্মী।

ওস্তোকপনি - চৎলিবা চহী অদুদা আর্টসকী ছাত্র-ছাত্রী অদুক য়াম্বদুগী মনুংদা মেথমেটিক্স লৌবা ছাত্রসি ঐখোয় অহুমখক্তনি। সবজেক্ত মান্নবা লৌমিন্নসি হায়নখিবস্থ লৈখিদে। ঐদি পি-ইউ সাইন্সতগী লাকপনি। ইমুঙ মনুংগী ফীভম খরা ফত্তবদগী আর্টসতা ওন্থরকখিবনি। মখোয়গা ঐগা হান্নদগী খঙনরকপা নত্তে। মখোয়নদি ঐবু হান্নবা শকখঙলম্বস্থ য়াই। ঐনদি মখোয়বু হন্দক্তা সেসন হৌরবা কান্দতা শকখঙনরকপনি। মতম অদুদা মনমোহিনীবুনা মোহিনী,

বিনাসখীবুনা বিনা, অদুগা ঐবুনা ময়াম্না ঐজ্ঞা হায়না খঙনরম্মী। মাদুদা ঐনা অদু-অদা খল্লুবা লৈতে।

মোহিনী য়াম্না চাওদম শাংদম্বী কুচু পাম্বী নুপীনি। ঙৌদা ঙৌবদি নত্তে। মাগী মশম অদু মুশিনমুনা নীঙদু য়ৌনা শাংই। মাগী মশম অদু করিগুম্বা কান্দা বেণীগা লোম্নগা লাকপদদি মহু পুবা লিম্না লেঙ-লেঙ চৎপগুম্ইই। হাইয়থরকলিবা শমখোঙ অদু খুৎ নাম্মনা পাইশিনবদা থুঙ্গদবা মান্দে। মতমদুদদি হৌজিকানগী সম্পুগকা হায়বসি লৈত্রি – করিগুম্বা লৈরম্রবস্থ মীনা ইখঙ খঙনদ্রিবা মতম্নি। করিগুম্বা কান্দা চেঙহী লুজরগা লাকপা নুমিত্তা লেঙখেনরুরবদি চেঙহী মনম অদুদা ঙাওদনিঙাইদি লৈত্রে। মমাই অদু তবা তবাবী মইতানি। রাশী য়াম্না লৈবী, স্কুম য়েংদুনতা লৈনিংবা শকফমনি। ঙাংথোক-শক্তোরকপদা খোজেল অদু পীকতক তৌরদনা, লৈতোন য়াম্না শেংলদনা, তানিংদুনতা লৈনিংবা খোজেলনি। মোহিনীনা য়াতোন খিত্তং উৎলগা নোকফেৎককা তৌবদুদি করি হায়রুগনি হা! করিগুম্বাকান্দা মানা হৈখা অমুনবা মচুগী ফনেক অমা শেৎ, লৈমচুগী ফীদুপ অমা ইম্নগা কলেজ কারকপদুদি মঙোন্দা য়েংদবা পাখঙ অমত্তা য়াওরম্রোই। অদুক ফজবা মইথোঙ অদু ঐদদি মুম্না য়েংবা ঙমজখিদে। বিনাস্থ মোহিনীগুম্না চাও-শাংবী নুপীনি। মাস্থ কুচু অদুম পাম্নী। বিনা মোহিনী থোইনা পংখেন-খেন্নদে। অনীমক ইফ-ফজৈ। তৌবদবু বিনাগী মশমদু মোহিনীগীগা চাংদম্নবদদি খরা তেন্তক তাবগী বাদনি। মাগী মইথোঙদি মতম পুন্নমক্তা নোকমি-নোকমি তৌদুনতা লৈবা

স্মাইল্লিং ফেস হায়বদুনি। অদুগা নোকস্পু নোক্কনবা নুপীনি। শম্না হায়রবদা ৱা ঙাংবদা অপনবা কয়া লৈগন্দবা, ঙাংনিংবদু হেক্তা ঙাংথোকপা অদুগা মদুনা থৌওইনা খোয়খা-লীনখা থাকস্পু তৌদবা মীতানি।

থা অনী অহুমগী মতুংদা ঐগা য়াম্না লুনা তীম্নবা মীওইদি নত্তবা ঐখোয় ক্লাসকী কুমার কৌবা অমনা নোংমা ঐঙোন্দা হায়রকই।

— *ঐজ্ঞাগা মোহিনীখোয়গদি য়াম্না লোন্দীম্নবা মাল্লী। অদুনা ঐগী ৱা অমত্তা মোহিনীদা হায়বীয়ুবা। ঐজ্ঞানা তৌ হায়বা অমা ঐ তৌজগে।*

— *নং নশানা হেক্তা হায়য়ু। মাদুদা মানা তৌরকপা মওং অমম্পুং ঙাংলকপা ৱাঙাং অদুদা মাগী পুক্নিং খঙগদবনি। নংত্রবদি —।*

— *ঐদি হায়গে হায়দনা তৌরুরবনি অদুদা —।*

— *অদুদা কৈদৌরবা?*

— *নোংমা ঐ মাগী মতুং ইম্নদুনা চৎলুরে। ঐনা সাইকল অদু খরা কম্না থৌদুনা মাবু তানখৎলগা ইবাম্নী খাব্রাংননা থৌমিম্নরে। মতম অদুদা মহাক্কী সাইকল অদু তপথকস্পু তৌদে কনখৎখিকস্পু তৌদে। ঐনা চান্স পীরবনি খন্দুনা ৱা অমত্তা হায়জগেবা হেক হায়রুরে।*

ঐগী ৱাদু তাবদগী মহাক সাইকলদগী থোক কুমথরগা সড়ক্কী মতাইদা চংশিল্লগা —

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

— *করি ওইবীরবনো? হায়বীয়ু।*

হায়রগা লেপ্পুনা লৈখ্রে। মতৌ অদুদা ঐ তৌফম খঙদ্রদুনা–

— *আ — কোন্না হায়রগে।*

হায়রম্নগা হন্নক্লে। কুমারগী বাদু তারবদা ঐনা হায়খি।

— *মাগী য়াম্না লেম্নীবরা নংত্রগা লেম্না শারিবরা করিনোমা তৌরি। মাদুদনি ঐখোয়না ফাগী-জুগাই ফাওবা তৌনদনা লৈরীবসি। দরকার লৈবা অদুতনি ঙাংনরিবা। নং অতোপ্পা অমদা হায়হল্লু ঐদি তক্লী। য়ারক্লবদি ফৈদো। য়ারক্রবদি ঐখোয় অহুমথক লৈবদা খৌতক-খৌতক মদুনা অমুক কমদৌবা?* পুক্লিংদদি খক্লী – ঐগী থবাইমক্লি খন্না য়েকচরিবা নুংশি প্রতিমা অসিদা নংস্তু তুলী থাসংলক্লবা।

থা খরগী মতুংদা ঐখোয় কলেজগী লিটরেরী মীট অমা পাংথোকই। ঐস্তু কমপীটিসন অদু য়াওগে খন্দুনা শৈরেং অমা থাগৎখি। কমপীটিতর খুদিংমক মাগী-মাগী বারেং-শৈরেং কয়া পাথোকখি। ঐগীস্তু পাথোকখি। কমপীটিসন অদুদা ঐস্তু প্রাইজ অমা ফংখি। শৈরেংদো ঐ নীংশিংলগা থীরক্কে তারোকো:-

### ঐগী থম্মোয়গী থাজ

থেঙলবা থাবলগী ইপোমদা
কায়না মৈশা লাংলবা কনাগুম্বনা
মশানৌ মাবু নিংশিংদুনা
তুমিন তুমিন অচীকপদা
মিংলু পিরাং শীন্থুরী।

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

শক্নী কায়না ঈশৈ কয়া
থোকখবা থৌদোকশিং নীংশিংদুনা।
নীংশিংলকখি নুংশি পাওমেন কয়া
তোর্ব্বান অনীনা ঈচেনবু ঙাকপগুম
ঙাকমিন্নসি ঐখোয় অনী চংনা
নংগী ঐগী নুংশি ঈচেল।
ওম্থোকপনি ——————
তোর্ব্বান অনীনা শম্নদবগুম
নংবু ঐনা ফংলরোঈদরা
অমুকন্স ——————
মশানৌ অমনা মশাব্দিদা
নুংশি মপাও তমজরী।
থাদোকপীনুকো পুন্সিসিমগী
থাদোক্রবা নংনা ঐবু
ওইহৌরনি ঐদি
মপাং কাইনর চেক্লা।
অহিং তাংলৌ অথেংবদা
নংগী নুংশি মৈচাক্লা
তুমহল্লরোই ঐবু মিংকুপমত্তং।
ওইহৌরনি ঐহাক্কী পুন্সি
লাইজ কংল লৈম্নেগুম।
য়েংঙু চাম্নবী ——
নোংদোন থক্কী থাজনা

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

য়েল্লী মঙালবু তাইবঙ শীন্না
লাইর ইনাকখুনবা খাইদনা।
ঐগী থম্মোয় থাজনা
ওইখ্রবদি নোংদোন থাজ
ঐদি করম খাংহৌগনি
পুন্সিগী থাশি ওইখ্রনি।
ঐগী থম্মোয়গী থাজ
ওইখিনুকো নোংদোন থাজ
নহাক্কী মিরবা খোঞ্জেম্না
নাওশুম ইশৈ ওইজরী।
মুনা শাংনা তারীবা
নীঙদু য়ৈবা শম্লাংগী
চেঙহী মনমদা ঙাওজরীবা ঐহাক্নি।

ঐনা প্রাইজ লৌবা মতমদুদা মখোয় অনীনা য়াম্না খোইদানা খুবাক খুখিবদো ঙসি ফাওবা ঐগী মিত্তা উরি। নোং-ফাদোক ঐনা কলেজ কাহৌদ্রবদি মানা (মেনমোহিনী) ঐঙোন্দা —

— *ঙরাং কারক্রবদি কৈদৌরবা?*

— *লৌউ-শিংউবগী থবক খরা লৈরদনা লাক্রেবনি।*

— *ঙরাং তাকখিবদুদি কমদৌবা?*

— *নঙোন্দগী শিনশু ঙাইদনা।*

অম্সুম্না বি এ ফার্স্ট ইয়ার পরীক্ষা পীখ্রে। ঐগা মখোয়গা উন্নখিদ্রে। নোংমা নোংমগী ঐগী থম্মোয়দা মোহিনীগী শক্তম ময়েক লাবা হেনগৎলক্লে। খরা লৈরগা পরীক্ষা হায়দোক্লে।

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

ঐখোয় অহুম্মক পাস তৌরে। অদুবু মেথকী মার্কতি পাস মার্ক্সগী খরদমক হেল্লগা লৈরম্লে। মাদুদা — ঐ সেকেণ্ড ইয়ারসি টুইসন তৌদ্রবদি ঐ শোয়বা তারে খনখি।

পরীক্ষা হায়দোকপা মতুং তরা-কুন্নিমুক লৈরগা সেসন হৌরে। ছাত্র-ছাত্রী ইকা কানরক্কী। ঐদি মোহিনীবু উনিংবনা নিতীগী কলেজ কাবা হৌরে। নিনী শুবা নুমিৎ অদুদা মোহিনী অমস্তুং বিনাসখী মখোয় অনীমক কলেজ কাররক্লে। মখোয় অনীমক লাইরিক-লাইশু খাউনচিংবা পুরক্তে। বৌই মচা অমমম্ সাইকল কেরীয়রদা য়েপশিল্লগা লাকপনি। সাইকল অদু কলেজ ভেরেন্দাদা থোক-থোক ঙাশিল্লগা ঐনা ফম্লিবা বেঞ্চ অদুদা মখোয় অনীস্তু হেক ফম্লে। মোহিনীনা ময়াইদা বিনাগা-ঐগনা মাগী য়েৎকা-ওইগদা ফম্মী। বেঞ্চ অদু হান্নমা মমাঙদা পনখ্রবা বেঞ্চ অদুনি। মতম অদুদা বিনাসখীনা ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা মোহিনীদা মাগী বৌই পীশিল্লগা —

— *নঙ বৌইসি অমুক্তা পাইরম্মু। ঐ ইন্দোমচাখোয়দা পাউ অমত্তা হায়রক্খিগে। নবাম্নী ৱারী শানরম্মু।*

হায়রম্লগা খুৎলৈ থুনা চৎখ্রে। বিনাসখী চৎখ্রবা মতুংদা মোহিনীনা ঐঙোন্দা হায়রকই—

— *ঐজ্ঞা হন্দক্কী সেকেণ্ড ইয়ার অসিদদি মেথসি টুইসন তৌদ্রবদি য়াদৌবা মান্দ্রে।*

— *ঐদি নহান্না মার্কসিট উবদা খঙলবনি। অদুদা --- ।*

— *অদুদা কৈদৌরবা?*

— *কদাইদা কনাদা টুইসন তৌগদৌরিবা? ঐদি লৱাইদা পোকপনিনা ওঝা অফবসু মশাক খঙদেদো। ঐনা খঙলিবা হায়ববু ঐখোয়বু তাকপী-তম্বীরিবা ওঝা অনী-অহুমসিদনি।*

— *লৱাই-ইম্ফালগাইদনা অমুক তৌরকঅদৌনি। ঐগী য়ুমসু ঐজ্ঞাগী য়ুমসু তুরেল অসিগী তোর্ব্বান্দা লৈবা ঙাক্তনি। ঐজ্ঞাগী য়ুমদু ইম্ফালদগী কি-মি ৭/৮ মুক্তনি। অদুগা কলেজ অসিনা মরক্তা লৈবগী ৱাদনি। অসিবু করম্না লৱাই হায়গদৌরিবনো? লৱাই হায়বদুদি অাঃ — বহুত দুরগী ৱানি।*

— *নঙনা ঐগী য়ুম করম্না খঙইবা?*

নোকফেং তৌরগা

— *খঙই কৈসু।*

— *নঙবু ঐখোয় য়ুমদকা চংলুরবরা?*

— *চংলুদে। মীওান্দা হঙলগা খঙবনি।*

— *করিতৌবগী মীওান্দা হঙলুরিবনো? খঙনিংলগা ইশাদা হঙবা য়াদবরা?*

— *নোং-ফাদোক লম্বী থোকপদা চংলক্ৱনিদনা।*

-- *চংবীরক্কনু ইকায়ৱজে। ৱাক মকোন্দুদা।*

— *অস! করিনোনে হায়রিসিবো? মীবু ৱাক মকোন্দা লৈনবরনে? হুম! মী লৈবা চনবা ৱাক মকোন্দুদি করম্না জাৎনো হৌজিমক য়েংনিংলক্রে।*

— *নঙগীসি কৈনোমা সুম মাল্লক্রেদা।*

— *করি মাল্লগে হায়য়ু তাসিনে।*

## ঐ শিখিরু না হেন্না ফৈ

— *আঃ — নুপা অফবা থীবা ংপদা ঐগী য়ুম্না সেন্তর ওইরগা খাদ-বাংদা হায়দনা কে ওরডিনেন্ট লেপ্পবা শোয়দনা ওইগনি।*

— *এঃ অদুগী হায়রুরবদি খোয়দদি হয়িং ফাওবা লাবনা তোংবীবা নত্তেদা।*

— *মীনা তোংজগে তৌব তোংহন্দে তাম্থোকখি হায়না তাইদা। শোয়দনা তাম্থো পীরক্কনি খঙলদনা তোংলদবা ওইরীনি।*

— *আঃ — ঐ বা অমত্তা ংগেবা শাওরক্কনোবা। ঐজ্ঞানা শাওবসি ঐদি য়াম্না হৈনদেএবা। ঐজ্ঞানা হেক শাওখিবদনে ঐনা করি যখ্রগে, করি তৌখ্রগে, খন্দুনতা হেক্তা লৈগল্লী। অদুনা শা রক্কনোবা।*

— *বাসু হায়দ্রিঙৈনা হৈনদে রবদি হায়রক্কনু তোকও।*

— *আঃ -- কৈনো — তন্নেদ তাক্লগে।*

— *য়ারোই য়ারোই বা অম ংগেসু হায়বা, হংঙো হায়রগসু য়াদবা, ঐদি জাৎ অমনি, নিংগী ——।*

তাঞ্জা অসিদা বিনাসখী হোবে হোবে হল্লকই অদুগা হংলকই।

— *ক্লাস তৌদ্রবরা?*

— মোহিনীনা *তৌদ্রে। ওঝা ক্কে।*

ঐনা খনখি -- মাগা দা ঙাইরে। পুক্নিংগী বাফমসি খজিক্তা ফোঙদোক্কে খঙ নি। অদুবু নাকল অমরোমদা থৈখ্রেদো। ঐসি ওম্থোক্না খিদ্রেদা - মী পুন্নমকসু অসুম্না

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

তৌনরিঙ্গদা - মী নেক্রগা হায়হনসিরা - মাদুদা য়ারক্তুদি মেথকী ক্লাসনা কমদৌবা – ঐখোয় অহুমখক লৈবদগী ঐ অমা তোক্লবা - ফার্স্ট ইয়ারনি হায়দুনা সবজেক্ত হোঙনবগী চান্স অদুম্বু লৈত্রবা - পরীক্ষাদি থাদবা য়াদবনিনা চহীচুপ্পা টুইসন তৌবা - মখোয় অনীনা ঐবু উরগা খুজিন্না শিক্লদুনা নোক্লবা - করিগুম্বদা ঐনা মখোয়গী মনাক্তা চংলুবদনা ফুক হৌগত্তুনা হেক চৎখিবা - অমা খঙখি - অনী খঙখি - পুমখঙ খঙখিবা - তুমিন্না লৈরগনা থম্মোয় নঙনা কমদৌবা? অম্বুম্না উংলিঙেদা মখোয় অনীনা ঙাংনরিবা বাশিংদু তানা-তানা পুক্লিং চঙলুদ্রে। বিনানা হেক হন্নকপগা —

— *নখোয় অনী করি করি বারীদি শানরে?*

— মোহিনীনা *টুইসনগী বারী শানরম্মীবনি।*

— *হোয়নে। মদু ফৈ। ঐগীদি য়াওদ্রা?*

— *য়াওই। ঐখোয় অহুম নত্তবা কনাবু লৈরিগেনে। খঙদে বিনা মসি নুপাসি বারীগা শানবা য়াবা নুপা নত্তে। ফৈরেংগা তুরেংগা - অওইবা হায়রকস্বু ফাগী হেক্তা, ফাগী ওইরকস্বু অওইবদৌনা হেক্তা। লোইনবা য়াম্না বাগদৌরি জাৎনি।*

ঐদি হোই-মাই হায়দনা বাখন্দা তাওরি। মদু উরদুনা বিনাসখীনা মোহিনীদগী বৌইদু লৌরগা ঐগী মাই মপাদা ফৎ-ফৎ হায়রকখি। বৌই হায়বদু উবদগী ঐ জ্ঞান তারক্লদুনা —

— *হা! করিবো?*

মদুদা বিনানা

— *য়ারে য়ারে। মদুদনি ঐনা খঙনিংলিস্বু।*

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

মখোয় অনী ফাক-ফাক নোকখি। মরমদি খঙদনা ঐস্নু নোকপা য়াওখি। মদুদা মখোয় অমুক্কা হেন্না নোকখি। হন্দমুক্তি ইকায়রপ তৌরদুনা ঐ নোকপদু য়াওদ্রে। ঐনা নোলকত্তুবদুদা মখোয় অনী হান্নদগী হেন্না অমুক নোকখি - মমিত্তা মপি তাবমখৈ মবুক পাইদুনা নোকখি। নোক্লিবদু মখোন থোক্লক্তে মমাই মমিৎ ঙাংশং ঙাংখ্রে। তাঞ্জা অসিদা নোকমি-নোকমি তৌরদুনা মোহিনীনা হায়রকই —

— *ও! অদুবুরো ঐখোয় য়ুমগী মনিংদা পি-জি-টি কলেজদা মেথ তাকপা ওঝা অমা লৈ। মঙোন্দা ইমাবু ঙাংনহল্লগা টুইসন তৌসি হায়নরীবা।*

ঐনা —

— *কনা কনানো টুইসন তৌগদৌরিববো?*

মসি তাবদা বিনানা মরক থৎনা

— *ঐখোয় অহুম নত্তনা কনাগা ওইনেগে।*

— *ঐ য়াওরোইদা। নখোয় অনীদং চীন্না তৌরোদা।*

বিনানা —

— *মফমদুদা পামদবগী ৱারা, ওঝা ফরল্লোই হায়বগী ৱারা নৎত্রগা ঐখোয়গা পুন্নিংদবগী ৱারা?* ঐনা শকফম হঞ্জিল্লগা

— *অদুই ৱা নত্তেদা। নখোয়গা পুনবসি ঐগীস্নু লাম্বা অমত্তং য়াওরবদি ফগদৌবা। অদু নত্তবনিনা ঐসে নখোয়গী লক্লফম ওইনা তৌরদনা তম্লীদা।*

ঐগী বাদু তাবদগী মখোয় অনীমক অমুক হন্না থীক-থীক নোকখ্রে। মতৌদুদা ঐ ইকায়রদুনা

— *ঐ চংলগে।*

হায়রম্লগা হৌগৎলে। ঐগী ইতৌদু উবদা বিনানা —

— *পাখংনবু লৈশাবীদা ইকায়রিমান্নে। লৈশাবীদা পাখংনা ইকায়রদিনে শোয়রে-শোয়রে। লাকখোবা! সে বারী লোইহ্নিএবা।* (ঐ পাক চংশিন্দে) – *সে লাকওবা কৈনোনে মতা অমনিনে, তঞ্জদা অঙাংদৌনা। হন্দকমুক্তি নোক্রেরোইঅবা।* (ঙাংলিবদুস্তু অদুম নোকখি-নোকখি মতৌই।) ঐ খজিক্তুং চঙশিল্লকপদা মখোয় অমুকস্তু নোকপা হৌখ্রে। হন্দমুক্তি মখোয় কুইনা নোক্রে। নোক্লিংবদু ফাথরগা বিনাসখীনা হায়রকই —

— *ঐজ্ঞা য়াওদবা শুকয়া য়ারোই নৎত্রগনা ঐজ্ঞানা পাম্বা ওঝা অমা থিবীরক্লো মদুদা ঐখোয় অহুম পুন্না তমগদবনি। ক্লাস অসিদা ঐখোয় অহুমখক্তুং লৈবদা করিগী মচোয়-মচোয় তৌগদৌরিনো? য়ারোইকো।*

— *লাইবক্কীনি কমদৌনি। অশোয়বা ঙাক্লবা তারেদনা।*

মতাং অসিদা মথং ক্লাসকী ওঝা চংলক্লে। ঐখোয়গী বারীস্তু লোইশিন্দনা তোকখ্রে। ঐখোয়স্তু ক্লাস য়াওরে।
মসিগী মতুঙ নুমিৎ ১০ নিমুক লৈরগা মাগী বাখল করিনো। ঐবু তশেঙনা – নৎত্রগা ইচম চম্না ক্লাসমেট অমা ওইবগীরা নৎত্রগা ঐগী বাখল মানা খঙলবা জংলা। লুখ্রেদা তৌদৌরিসে। করিগুম্বদা ইচিল অসিনা নঙবু নুংশি হায়নদি ফোঙদোকখিদ্রি। হুম! মঙোন্দা স্তুকফোঙ ফোঙদোকখিদ্রি। ইমান্নবদস্তু বারীনখিদ্রি। ঐগী ওইবা বা অমতুংদি শিরগা-শি

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

চঙলগ-চঙ হায়রম্লগে খল্লদুনা নোংমা ঐহাক মোহিনীগী মতুং ইন্নরুই। বাখল খন্না-খন্না সাইকল থৌরকপনা এলাঙ লৈকায়গী সম্পেনসন থোঙ খরা হেন্দোরকপগী অদুবাইদা ঐনা মাবু ফংলে। ঐখোয় অনী সাইকল খব্রাংননা থৌমিন্নরে। মতম অদুদা মানা যাম্না ঈংঈং লাওবা খোজেন্না —

— *ঐভ্রানা ঐগী তুংদা লাকপদু উবদা ঐবু তান্নরকপা ওইরমগনি খল্লদুনা ঐ তপ্না-তপ্না থৌরম্মীবনি। — চুম্মী। ঐ নঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা হায়গে খন্দুনা তান্নরকপনি। মীগী বাখল হেক্তা খঙবা ঙম্মীকো।*

ঐগী বাদু হেক তাবদগী মহাক্কী গাড়ী অদু উরুম অমদা থৌজিনখ্রগা গাড়ীদগী কুমথখ্রে। মানা কুমথখ্রবনিনা ঐস্লু কুমথরগা মাগী মনাক্তা চংশিল্লে। মাগী মনাক য়ৌরগা বা ঙাংগে তৌবদা খৌনাও অসি ঙহাক্তংদুদা খ্রকখ্রক – চনপ-চনপ – করিনোমা তৌখ্রে। হকচাং অসি তনীক-তনীক মওং অমনি। ঐ কুমারগী থৌদৌদু তারেদনা খনখি। ঐ বা ঙাংবদা ইফা ফাজিনবদৌনা তৌখ্রে।

— *ঐখোয় য়ুম য়ৌদৌরে।। করি বানো হায়রো। তানিংবনা লোইরে। হায়ররোইদরা? ঐখোয় লৈকায়গী মী থোরক্লে উখ্রগনি।*

মাদি নোকমি-নোকমি তৌরি। ঐনা চেং খৈরী। গাড়ী তোংখৎকে তৌই। ঐস্লু মনাক্তা খরা চংশিল্লগা সাইকল অদু ইল্লগা ইবান্নি খোঙনা চৎমিন্নে।

— *আ-অদুবুরো - অস! হায়ররোইদা নওনা অমুক শাওরক্লুনা।*

— *শাওরোইসে হায়দা হায়য়ুসে। ঐনা করম্বা মতমদা ঐত্তাদা শাওখ্রবগে? ঐ শুকশাও শাওজরোইসে।*

ঐনা তীন অসি ২/৩ লক য়োৎথরগা —

— *নঙনা টুইসন তৌসি হায়বদো কৈদৌঙেদগী হৌসি হায়রিনো অদু হঙগে তৌনিদা।*

ঐনা খনখি – হায়গে খনবদুনা কদোমদা চৎখ্রবা হায়রিবসিনা করি।

— *অ-স! অদুগীরা? ইপা হেক পাখৎলদনা।*

— *পাখত্তেদা কৈদৌবে পাখত্তোইনো সাইকল থৌরকপগী তৌবনিদা।*

ঐগী অশোনবা অদু মানা খঙখ্রে হায়বা ইশানা খঙজে। শেমজিন্নগা খুমখিবনি। বারীদু অতোপ্পদা থৈখ্রবনিনা ঐ খরা নেমথরে।

— *অদুদি ইমাবু অমুক্তা হায়নহল্লুখিগে অদুগা পাউ পীরক্নগে।*

— *অদো ঐদি নঙগী য়ুমদি খঙদেদো। ওঝাদুগীস্তনি।*

— *এ! অদুগীদি করিস্তু বারুগনু ঐ ঙাইদুনা লৈরমগে।*

অস্তুম্মা ঙাইহাক চৎমিন্নরগা

— *মসি ঐখোয়গী লৈরক্নি।*

হায়রম্লগা সাইকল অদু তোংখৎলগা থৌজিনখরে। লৈরক ফাওবদি খঙহৌরে।

মথঙগী নুমিত্তা ঐগা মখোয়গা অদুম উম্নে। বাদি হান্নগুম্মা ইঙাং ঙাংনদরে। বাখন্নরা বারী লৈতবনরা খঙদে। ফরক্তা হারান-হুরান য়েঙনবা নত্তনা। অদুগা য়েংঙুগদবস্তু ইহঙ

হঙ্গোয়রে। মাগী মনাক্তা হেক্তা চঙশিনবা, হেক্তা কৌবা ঙাংবা শকপদি ঐ ইঙম ঙমজদ্রে। ইচম চম্বা বা অমা হায়বগীস্তু মী উখিগদ্রা খঞ্জিল্লক্লে। অদুগা মাদি হান্নগী মওং অদু ইকায় কায়দে। অমরোমদস্তু মসিনা তৌ-শারিসে হায়না খল্লমগদরস্তু চিংনজে। বাখল অসি ফরগা ইফ-ফবা, ফৎত্রগনা ইফৎ-ফত্তবা জাৎনিকো। অস্তুম্না নুমিৎ ৫/১০ নি হৌখ্রে। টুইসনগী নুমিৎ লেপ্পরে। নুংথিল পুং ৩-৩০ দগী পুং ৪-৩০ ফাওবনি। ঐস্তু অহৌবা নুমিৎনিনা খরা ঙল্লপ চৎপনি। মোহিনীগী ১স্তুং ওঝাদুগী য়ুম অনীমক খঙদবনিনা নহাল মানা থৌজিনখিবা লৈরক অদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈরে। লৈরক অদুদা খজিক্তং হেম্না চঙশিল্লম্লবদি ইরায় লায়না উনরগদবা অদুস্তু স্তুম থোকউ হায়বদুনা চংশিল্লুদ্রে। মমৈথঙদা মখোয়গী লৈরক মচিন্দা দুকান ফম্বা অহল অমা, লৈ মচুগী খুঁদে অমা জোন-জোন শেৎ, মোজাফুরিৎ অমা লিংলগা খবর পাদুনা লৈবদুদা হেক হঙলুরে। অহল অদুনা তাক্লকপা মতুং ইম্না চঙবদগীদি মখোয় অনীনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্বদু উরকখি। ঐবু হেক উবদা বিনাসখীনা হায়রকই।

— *হিংচাবসিদি লাক্তি লাকইদনা। ঐখোয়দি লাক্লরোইদরা খল্লুরে।*

— *অদুক লুনা ঙাঙনরগা কৈদৌবগী লাক্লোইদৌরিনো? নখোয় লৈরক মচিন্দা দুকান ফম্বা অহল অমা লৈবদো অদুদা হঙবদগী উনরিবনি।*

ঐগী বাদু তাবদা মোহিনীনা —

— *হুম! ঐজ্ঞানা হায়রিসি ঐখোয় পাবুং ওইরম্মনি।*

অম্হুম্না নোক্ল-নোক্লদুনা ঐখোয় অহুম ওঝাদুগী ময়ুমদা চঙমিন্নরে। ওঝাদুনা ঐখোয়বু ঙাইহদুনা লৈরম্মী। নুমিৎ অদু অহৌবগা ওইবনে, খরগা থেঙখিবনে টুইসন তৌদে। বারী-বাতাই, লম-তু হঙনরগা তোক্লে। মথঙগী নুমিত্তগী ঐখোয় মতম চানা টুইসন চাং নাইনা তৌবা হৌরে।

নোংমদি ঐখোয় অহুম্না টুইসন তৌফম কাদুদা ফম্লগা ওঝা লাকপা ঙাইরিঙেদা ওঝাগী নুপী অদুনা শীঙ্গাইবাক অমা পুরক্লগা য়েনখারোম থঙবদা ফাৎলীবা থোঙনাও অদুগী মপাদা য়েনখা অদুদা শীজং অমনা শীঙ্গাইবাক্তু খাইরম্মী। ঐনা স্থুম য়েংবদা শীং অদু ইতৈমদুনা খাইবদা খরা বাগদবা ওইনা উরুরে। য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা মপান থোক্লগা –

— *ইতৈমা ঐ অমুক্তা খাইজগে।*

হায়রগা ইতৈমগী মখুত্তগী শীজং অদু লৌরম্মী। অদুগা শীং অদু খাইবা হৌরম্মী। মদু হায়রপ কনখি, ঐনা হোৎনবদা খরা বাখি। য়াম্না কন্না হোৎদুনা উচিৎ-নাচিৎনা শীং অদু তঙখাই তারে। শোমদনা থোঙনাও অদুদা মখোয় অনীনা ঐনা বারীবদু য়েংলিবৌইদনা। শীঙ্গাইবাক অদু তঙখাই হেক তাবগী খুৎথা অদুদা মখোয় অনীনা চপ মান্নন হায়রকই।

— *তস! কাইরেদনা। অদুগা ফাক-ফাক নোক্লম্মী। ঐস্থু নোকপা য়াওরম্মী। স্বরদি হত্নদ্রি।*

— *সিব য়ৌরদি ঐনা ঙম্মনি।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

হায়রগা ইতৈমদুনা ঐঙোন্দগী শীজং অদু লৌখ্রে। ঐস্তু অদুম পীখ্রে। ঙইহাক লৈরগা ওঝা অদু লাক্লগা —

— *ঙসিদি মিটিং অমা লৈরদুনা থাদোকপা য়াখিদ্রে। তোক্লসি হয়েং ঙম্না লাকও।*

অদুদগী ঐখোয়স্তু ইশা-ইশাগী লাইরিক খাওদু পায়রগা মরী মরী থোক্লরকখি। থোঙ্গাল হেক লাম্থোকপগা বিনাসখীনা হায়রকখি —

— *ঙশাই ঐত্তানা শীং খায়রগা ঐখোয়না বাবসি করি হায়রুনি।*

— *করিগী বারীবা?*

মদুদা বিনাসখীনা —

— *মীঙোন্দগীস্তু মুঙ্লুগুমস্তু তৌ খাইবস্তু ঙমদগুম তৌ ইকায়জদ্রা।*

— *নংনা মুঙ্লুবস্তু নত্তবা অদুবু করিগী ইকায়বীরিবা?*

— *হেরো চোপ্পা য়াদবা।*

বারী শানা-শানা লাকপনা মোহিনীগী থোঙ্গাল য়ৌরদুনা —

— *ঐ লৈহৌরগে।*

হায়রম্লগা মোহিনী চংহৌরে।

চংলমদাইদুদা হায়ফেৎ য়েংলগস্তু নোক্লমখি। বাখল মান্নদুনবু নোক্লিরা, মান্নদদুনবু নোক্লিরা, হায়দোক্লুরগা ইকাইখ্রনি খন্দুনবু নোক্লিরা, ঐঙোন্দদি খুৎয়েং খুদিং, মীনোক খুদিংগী নুংশিবা হেনগৎলকই। মহাক লৈহৌরবা অদুদদি বিনাসখীগা ঐখোয়

অনীস্থ সাইকল তোংখৎলগা য়ুম-য়ুমদা চৎনরম্মী। মোহিনীগা বিনাসখীখোয়গা য়ুমসি নৈরক অমখক্কা খল্লী। ইনক নক্নে।

---

ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

*বি-এ সেকেণ্ড ইয়ার – ১৯৭০-১৯৭১।*

হন্দকন্থু ফার্স্ট ইয়ারদা তৌখিবগুম্না সেকেণ্ড ইয়ারদন্থু লিটরেরী মীট অদুম পাঙথোকই। ঐন্থু মীট অদুগীদমক্তা মিং পীখৎখি। অদুবু হন্দক্তী ঐগী মিং অদু ঈশৈগীদা ওইনা পীখৎখ্রে। লিটরেরী মীট্ নুমিৎ অদুনি, ঐগী মিং কৌথোরক্তুনা ঐ ঈশৈ শকপা ষ্টেজদা কাখৎলম্মী।

ঐগী ঈশৈগী ময়েক:-

ফোংঙমদ্রবা ঐগী নুংশিবা
করম্না ফোংদোক্কনি নঙোন্দা
পুন্সিগী বসন্ত লৌইখিদুনা
তোক্লগদরা ফোংঙমদনা ।।

থাবন্না ইপোম হৌরবা
থেঙলবা অহিঙগী মতমদা
তত্তনা মিকপ থোকহল্লী
খৌইথুল্লবা নপাওবু নিংশিংদুনা ।।

তুম্মিন য়েংজবা নত্তনা
ফংগনি থাজদ্রে পুন্সিসিদা
লোম্না লোম্না য়েংজবনা
নঙবু ফংবা শকচরগে ।।

অঙৌবা চেবাংগী মথক্তা
অমুবা কালিনা য়েকপগুম
ঐগী থম্মোয় লকাদা
নংগী শক্তম য়েকখরে ।।

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

ঈশৈ লৌইরকপদা ঐগী মিং মোহিনীদা থমখি। মখোয় অনীস্তু ফম্মিন্নরগা ঈশৈ তাবা য়াওরম্মী। ঐগী ঈশৈ তানা-তানা মোহিনী বাখলগী ঈপাক্তা ইরাক্লবগুম উখি। ফজবা ফজদবা খুবাক্তী অদুম মখুনে। বিনাসখীস্তু খুবাক খুখি। মোহিনীদি খুবাক খুখিদে। মমিং অদু করিগুম্বা অমদা মুন্না য়েংবগুম লৈ। মানা খুবাক খুরক্তবদুদা বিনানা মঙোন্দা য়েংখি। মহাক্তী খঙখিদে। বিনানা মোহিনীদা খুনিংনা থীনখি। মোহিনী খংপ্রেক খঙখি। লৌইন্না ঐনা স্টেজদগী কুমথফাংত্রিঙেদা লাওথোরকখি — মথংগী পার্টিসিপেন্ট এন মনমোহিনী দেবী স্টেজ অসিদা লেঙশিনবীরক্লবা খঙহজরী। ও! মাস্তু ঈশৈগী মিং থাগৎপৈইরে। খঙবু-খঙদেনে। ঐ স্টেজদগী কুমথরক্লগা হান্নগী ঐগী ফমফমদা ফম্লম্মী। মাস্তু ঈশৈ শরুদবগী স্টেজদা কাখৎখ্রে। মহাক্কী ঈশৈ ময়েক্তু ঐগী ঈশৈগী পাওখুম পীবগুম তৌখি।

ঈশৈগী ময়েক্তুদি:-

থম্না থক্কী লাইজগুম
তনিক তনিক খাংজরিবা ঐনি।
কৈদৌঙে তীনগনি ইপাকসিদা
খঙ্গবদা বারবী ঐহাক্নি।।

অকনবা নোংলৈ নুংশিত্তা
কেনখিগদ্রস্তু বাজেদো থম্মোয়সে।
নুংশিহৈত্রবা খুৎশানা থদংতুনা
খোঙগাওনবস্তু কিজেদো।।

লৈশক লৈচু মান্নদবনা
ফোঙদোকপা ঙমজদে নকাদা।
নখুৎমক্লা হেকপীরো ঐহাকপু
নাপগী লৈতেং ওইবীরো।।
পুন্সিগী অহানবা শৈহৌদা
নুজাগী থম্মোয় হুবীখিবা।
নংতবু ঐগীনি খনখিবা
কৎথোকখ্রবনি ঐসে নফমদা।।
অস্তুম্না মীট অদু লোইশিল্লদুনা ঐখোয়স্তু কায়নরম্মী।

মীট অদুগী মতুঙ থা ২/৩ লৈরগা ঐখোয়গী কোর্স লোইরে। ছাত্র-ছাত্রী অয়াম্বা কলেজ ইকা-কানরক্কে। মরক মরক্তা ছাত্র-ছাত্রী ৫/১০ কারকপা নত্তনা। অস্তুম্না বি-এ সেকেণ্ড ইয়ার পরীক্ষা থাখ্রে। ঐখোয় কনামত্তা উনখিদ্রে।

*বি-এ থার্ড ইয়ার, ১৯৭১-১৯৭২।*

চহী অসিগী জুলাই অহানবা চয়োলদা বি এ সেকেণ্ড ইয়ার পরীক্ষা হায়দোক্লে। ইশ্বরনা চানবীদুনা ঐখোয় অহুম্মক পরীক্ষা পাস তৌরকই। কুইদে চৎলিবা থা অদুমক্তদা সেসন হৌখি। ঐখোয় য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী। অদুবু সমাজগী থবক থৌরমস্তু য়াওদবা য়াদবনিনা কুম্মে-ফীয়োং খরা য়াও খরা য়াওদা অদুম হৌখ্রে। মসিদা অতৈ অতৈদি খরা মফৈ। নহা ঐখোয়গীদি য়াওশংসিদি পরীক্ষা যম্না লৈদুনস্তু নোংমতংদি

অদুম ময়াওরে। ১৯৭১ লোয়রদুনা ১৯৭২ হৌরে। জানুয়ারী – ফেব্রুয়রী – মার্চ – য়াওশং – এপ্রিল – মে – পরীক্ষা অসিনি তৌরিবা। য়াওররোই খনবনি। অদুবু য়াওশং লৌইবা নুমিত্তা ঐগা য়াম্না লুনা তীন্নজবা মরুপ জুগে (জুগেস্বর), মঙলেম, ঙৌবী, কুমার মকোক-মরু, মফী-মরোলদু আবেরনা পুমঙাং ঙাংলদুনা য়া-য়া ঐগী শুমাঙদা চঙলক্লে। লাঙবদু তারদুনা ঐ কনা-কনানো য়েঙগে খন্দুনা মপান্দ থোকই। তৌরক্লিবা শকফমশিংদু উবদা ঐনা *খঙঙে-খঙঙে থোরক্লগে* হায়রম্লগা ফী-রোল শেংচিল্লী। ঐনা ফী শেংপা লৌইরগা শুমাঙদা হেক কুমথবগা ঐবুস্নু মখোয়না মচু ফজনা শঙবীরে। নুমিৎ অদু য়াওশং লৌইবা নুমিৎ ওইবনা নহারোল অতৈস্নু অদুম ইরাঙ লাঙই। জীপ তোঙবনা মরোল অমা, সাইকল তোঙবনা মরোল অমা মওং অমনি। স্কুটর, মোটোর বাইক তোঙবগদি কয়া য়াওনদে। লৈনদ্রিবনা। নুমিৎ অদুদা তৌরিবসি অউব লৈশাবীশিং তান্ন-তান্নদুনা আবের তৈবা অদুগা লৈশাবীশিংদুনা ঐখোয়দা তৈগে হায়রকস্নু অদুম তৈহনবা অসিনি। কাংবু অমনা মচিন থীদুনা চৈরকপস্নু ময়াওই। ঐখোয়স্নু বাপা চানা অদুম খুল্লম্মী। থৌইনা শাওরুবা লৈতে। কনাগুম্বী লৈশাবী খরদি পৈশা পীরম্মুগাইদনা ফাকস্নু য়াওই। মদুদা ঐখোয়না ঙাওশিন্নরগা লুপা ৫/১০ হেক লংশিল্লম্মা অসিনি। অস্নুম্না খরা চেন খরা তান্ন লাকপনা ঐগী মরুপশিংদু মোহিনীখোয়গী লৈরক্তা মরী-মরী চংখ্রে। ঐদি লৈরক অদু তশেঙনা চঙনিংদবনি। অদুবু য়াদদুনা চঙলে। ঐনা খ্বাইগী তুঙ ইথং

থংনা চঙলম্মী। মোহিনীখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরমদাইদা য়াওশং নংনবা ওইনা খনগৎপা পোৎফম অমা লৈ। পোৎফম অদুদা থাবা বেঙ অমদা লৈশাবী ৪/৫ খক ফম্লগা করিনো খরা চা-থক্লুনা লৈরম্মী। মখোয়বু হেক উবদা ময়ামদু য়া! হায়দুনা চেনশিল্লম্মী। মতৌ অদু উবদা লৈশাবী ২/৩ দি চেন্নখিবস্তু য়াওনখি। ইমান্নবশিংদু চেনখ্রিবা লৈশাবীশিংদু তান্নদুনা আবের তৈখি। নুপাগা নুপীগা চেন্নবদি নুপানা খরা হেনবনিনা লৈশাবীশিংদু চেনবা ঙমদদুনা মমায় খুমজিল্লগা লম্বী ময়ায় অদুদা ফমথখিবস্তু য়াওই। খরা অমনা মমায় থাঙ্গৎলকপা ঙাইনরী। খরা অমনা — *য়াম্না তৈরক্লু খিত্তং নম্মু* হায়বস্তু ময়াওই। ঐদি তান্নবদু য়াওদনা তপ্না তপ্না চৎলি। ময়ামদুগী মরক্তগী লৈশাবী অমদি চেন্নবদু য়াওরমদে। ঐনা স্তুম নকশিল্লক্রবা অদুদদি কিরক্রবরা কৈনো মাস্তু চেনখ্রে। মহাক মোহিনীনি। ঐনা মাবু তান্নরমদে। ঐনা তান্নদ্রবদুদদি মহাক খরা চেল্লগা তোকখ্রে। নুপীনা চেনবা হায়বসিদি পাঙ্গল ইথোক-থোক্তবা ঝন-ঝন -- ফদ্রৎ-ফদ্রৎ – নীক-নীক – মরাক্তা হেক হাইরদনা কয়া নুংঙাইতবা জাৎনি। তশেঙনা শেম শারগবুদি মফবা নৎত্রবদি —। মহাক ঐঙোন্দা য়েংলক্তে। মাগী থোঙ্গাল য়ৌনবা চৎলী। তাঞ্জা অদু লৌরগা ঐনা খোঙকাপ লাওনা-লাওনা কান্দুনা নাশোন পীক্লা মাগী মনাক্তা চেনশিল্লী। ঐগী শন্থুম ফংবদা মহাক তুং হন্না য়েংথোরকখি। ঐনা মনাক নক্লা লৈরম্বা — থোঙ্গান্দা চংবদি নংহৌদ্রবা – উপায় লৈত্রদুনা ইল্লীবা ফী অদুনা মমায়দু খুমজিল্লগা লৈখ্রে। ঐস্তু তুমিন্না লেপতুনা

মমায়দু হায়দোরকপা ঙাইরী। ঐনা আবের তৈরক্তুবদুদা মমায়দু খজিত্তুং হায়দোক্লগা য়েংলকখি। ঐনা আবের তৈগে হায়দুনা ঈঙ্গিৎ তৌই। মানা য়ানিংদদুনা মঙক হায়খি। ঐনা অমুকস্তু ঈঙ্গিৎ তৌই। মদুদা মানা —

— *খিত্তুং তৈরকউ।*

— *য়াম্না তৈগে।*

— *খিত্তুংদং।*

ঐ আবেরদু তৈদনা অদুম লৈরে। অমুকস্তু মানা —

— *সে খিত্তুং তৈরোবা।*

— *খিত্তুংগী ওইরবদি তৈররোই।*

হায়রগা চংকে তৌখি।

— *তঙাখে খিং তৈবীরোসে হায়রকই।*

মহাক ঐবু আবের তৈহন্নবগীদমক মমায় খুমজিন্দনা লৈরে। অদুদগী ঐনা মাগী মমায়দু খুৎ ওইগী খুদোম্নना খিত্তুং থাঙ্গৎলে। য়েত্তা পায়রিবা অবের অদু লৈবাক্তা থাদখ্রে। অদুগা খুৎ অনীদু শুরু-রু নৌইরগা কনম্বোক্লে। নাপগী নাইম্না অমুক্ত থেংজগে ঙাইজরীবা মোম্লবা মখাজাই অনী অদুদা খুৎ অনীনা কাবোক চপ্লগা থক-থক নীকখি। মখুৎ অনী অদুনা ঐগী খুদাং অনীদু পাইরী। করি তৌরক্কদে খন্দুনা য়েংলিবা তথক-তথক্লবা মিংয়েং অমস্তুং পাতক তৌরবা তঙাংলবা নুংশি-হায়নোক্লরবা চিম্বান্দুবু ঐনা মিং কুপ্তুনা য়েংদুনা লৈখি। অ-ুকস্তু নীকখি। অমুক্কস্তু নীকখি। হন্না-হন্না নীকখি। ঐ মাবু ---- । ঐখোয় অনীগী বসন্ত রাস অদু মোহিনীগী মমানা মখোয়গী মাঙ্গোল

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

দারীদা লেপ্লগা মমিৎ কুপ্তুবমখৈ হৌবদগী লোইবা ফাওবা য়েংলিবোইদনা। তাঞ্জাদুদা মমাদুনা —

— *ইবেম্মা! লাকও লাকও চাক চাথোক্লরো লাকও। রাধা কুঞ্জদু মঙাইরে। নঙগী কৃষ্ণদো ইমা মখা তানিংদেকো।*

মমাগী খোজেন্দু তাবদগী ঐ মফম অদুদগী তৈজেগুম পাইথোরকখি। অদুগা ঐগী মরুপ মপাংশিংনা চৎখিবা মাইকৈ অদোমদা মখোয়বু থীবা চৎলম্মী।

***থাবল চোঙবা।***

অম্তুম্না বি এ থার্ড ইয়ার তম্লীঙেগী য়াওশং অদুদা নোংমা ঐগী মরুপ য়াম্না নুংশিজবা, লুনম্তু তীন্নজবা জুগেস্বর সাইকল অমা তোঙলগা ঐগী য়ুমদা লাকখি। মহাক্না বিনাসখীবু য়াম্না পামজৈ। বিনাসখীনদি ঐগী মরুপতুবু কয়া পামদগুম তৌরদনা মেন মান তাদনা লৈবা জাৎনি। মরম অসিদগী মহাক বিনাসখীখোয় লৈকায়দা অয়াম্বা মতমদা লৈগল্লী। মসিনা মরম ওইদুনা বিনাসখী অমস্তুং মোহিনীখোয়গী থাবল চোঙবগী পাওদু ঐঙোন্দা পীবা লাকপনি। মতমদুদা য়াওশংগী থাবল চোঙবসি চৈরাওবা নুমিৎ ফাওবা চোঙনরম্মী। মানা ঐগী য়ুমদা হেক য়ৌরকপগা হায়রকই।

— *ভাই হয়েংদি থাবল চোঙবা অমা চৎলুসি।*

— *কদায়দনো?*

— *অশ্বাইদনি। খোঙগও শেৎলগা চোঙগদবা নত্তে। ফৈজোমকুর্তা শেৎলগা চোঙ্গদবনি।*

— *লম্পাক্তরা নংত্রগা শুমাঙদরা?*
— *লম্পাক ওইরো শুমাঙ ওইরো করি কায়গে?*
— *ফৈজোম-কুর্ত্তা শেত্তুনা চংলগা চোঙলম্নদ্রবদি কমদৌবা?*
— *ফৈজোম ওইরো খোঙগ্রাও ওইরো চোঙবদি শোয়দ্রে। পাও অসি বিনাসখীনা ঐঙোন্দা পীরকপনি। নঙবুস্তু পুরকউ হায়হৌই। অদুগনে চোঙ্গদৌরিবা থাবলসে ধুলোক য়ৈরগা ইশৈগা লোইননা চোঙ্গদৌরিবনি। নংবুস্তু ইশৈ হনহলগে হায়রম্মী পোৎনি। খঙদে-খঙদে শোয়দনা লাকউকো ঐ চংলে।*
— *পুং কয়াদ লাকউ হায়রিনো?*
— *পুং ৩-৩০ অদুবাইদা ঐগীদা হেক লাকও।*

হায়রম্বলগা অদুম চংখ্রে। ঐ মহৌশাদগী থাবল চোঙবগী ইশৈ, খোঙজোম পর্ব্বগুম্বসি খরা-খরা শকপা ঙমই। মসি ঐগী মরুপতুনা খঙই। নোং ঙাম্লে। ফৈজোম-কুর্ত্তা থৌরাঙ তৌরে। ইষ্টিনচিংবা খরা তকচরে। মদুস্তু মৈতানগী। নুমিদাংবাইরম ওইরক্রবদুদদি হান্নদগী শোন্দুনা লৈরবা ঐগী ইপা অদুনা —
— *ইবুংঙো নঙবু কদাই চংকদৌরিবনো? নঙনা চংত্রিঙৈদা ইপা ইমুং চঙহৌরগে।*
— *হোই হোই।*

হায়রগা ইপানা য়াইনবা মৈফু থাগৎলে। অদুগা ইপাবু ইমুঙদা পুশিল্লম্লগা খুৎলৈ থুনা লোইশিল্লী। অদুগা সাইকল তোঙলদুনা মরুপকী ময়ুমদা চংলম্মী। মাদি হান্নবা লোইশিল্লগা

লম্বীদা থোক্লগা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্লে। ঐবু হেক উবদা মরুপতুনা হায়রকই।

— *নুপারা নুপা-নত্তা নুপীরা নুপী-নত্তা - চাক্তকাদি লোইরম্লবরা? অদুম হায়না তৌরবদি খঙবৈ বাদি লৈত্রে।*

ঐনা শোমদা তৌরম্লীবা থবকশিং অদুদি শীঙথাবা য়াবদি নত্তবা মতমদি শোইবা য়াদবা ঙাক্তনি হায়বসি মাদি খঙদে। ইবান্নী সাইকল অমমম তোংলদুনা থাবল চোঙফম্লোদা লাক্লে। লম্বী চৎনা-চৎনা ঐনা বারী হৌই।

— *ফৈজোম শেংপসি ভাই ঐদি ওত্নোক্না হৈখিদ্রে।*

— *নঙদা নত্তে ঐস্লুনি। অতৈদা নত্তে নামৈসে নামৈসিদনি।*

বারী শানা-শানা লাকপনা থাবল চোঙফম য়ৌরক্লম্মী। থাবল চোঙফম অদু শুমাঙ অহুম লৈবা ইমুঙ অমদনি। অবাং ইথং-থংবা য়ুম অদুনা মোহিনীখোয়গী, ময়াই থংবা অদুনা মখুরাতোনগী অদুগা মখা ইথং থংবা অদুনা মপম্লৌগনি। থাউমৈ থান্নবগী থৌরাং পুম্লোই লোইরম্লে। মৈ-মত্তী থাম্লমদ্রি। মফম অদু য়ৌবগা মরুপতুনা —

— *ভাই মসিদনি চোঙদৌরিসি।*

ঐদি থাবল চোঙফম অদু উবদা হুমাং অনম্নী কারে। মাইসি রুমাল লৌথোক্লগা তৈথোকই। পুক্লিংদা খল্লকই - মা হোরেল থাবল চোঙবা য়াওবা - ঐনা পাইবা - মমা-মপা মচিল-মনাওশিংনা উরগনা করি খনখিবা। হান্নমা খঙনখ্রবা ঙাক্তস্লু ওইবা। পুম্নমকসি মরুপতুদি খঙদবনিনা হেক য়ৌবগা শৎ চঙখি। কাচিন কোয়া শৎ-শৎ লৈশাবী ২/৩ গা বারী হেক্তা

শানখি। করি ঙাংনরিবনোদি খঙদে। ঐদি থোঙ্গান্দা অদুম লৈহৌখি। লোন্না চৎখ্রসিরা ফাওবা খল্লকখি। ঐগী মরুপতু খুৎলৈ থুনা অমুক থোরক্রগা —

— *সিদি মোহিনীখোয়গী য়ুম্নিদনা। বিনাসখীসু লৈহৌই। মোহিনীনা কনাগা লাকমিন্নে হঙলকই। ঐনা নঙগা লাকমিন্নে হায়রম্বনি। থাবলগী ইশৈ হলহনগেসু হায়রম্বনি। মখোয় য়াম্না হরাওহৌবনি। দক্ষিণা চাওনা তৌনি হায়হৌবনি।*
— *ঐদি খরা মল্লগা চঙগে তৌবনি। নঙশিননে বা-বা ওস্তোক্রা তনখ্রে।*
— *করিগীনো?*
— *টুইসন তৌমিন্নবদগী মখোয়গী মমা-মপা, মচিন-মনাওশিংনা ঐবু লৌইনা খঙবনি। ঐ থাবল চোঙবা য়াওবা তম্লে চৎলগে ভাই।*
— *নঙ থাবল চোঙবা-চোঙদবা ঐ খঙদে। ইশৈ হন্দবদি সুকয়া য়ারোই। হন্দ্রবরা পুন্সিগী লোইরে।*

হল্লো-হল্লো হৌজিক ৫ তাগদৌরে। মরম অসিনা লৈকায় অসিদা লৈরীবা থাবল চোঙবা য়াওবীগদবা ইচে-ইচলশিংনা য়াম্না থুনা থোকপীরক্কুনা ঙসিগী থাবল চোঙবা অসিবু মপুঙ ফাহনবীরনবা নীঙশিংজরী। ঐখোয়গী ঙসিগী থাবল অসি অহানবদা ফৈজোম কুর্ত্তা শেৎলগা ইশৈগা লোয়ননা চোঙ্গদবনা ইচে-ইচলশিংনা ফনেক মপান্নাইবা অমসুং চাদর/ইন্নফী ইনবীরক্কদবনি লোয়ননা থাবল অসিগী অহানবা গত্তা

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

য়াওবীগদবা ভদ্রলোগশিংনা ফেজোম-কুর্তা শেৎপীগদবনি — নৎত্রবদি ঙাকপীগনি। হায়না হেক লাওথোরকই। মদু তাবদা পাখঙ খোঙগ্রাও শেৎপা খরদি নীঙবা কায়রমগদবা মাল্লী। কৈদে নৈশাবী ১/২ থোরক্লগা *ওঝাবু হৌনবা তৌরসি লেঙশিনবীরো* হায়রে। ঐস্তু নামৈদু শেমজিন শাজিল্লগা চঙলে। মদুগী নামৈ অদু ঙাইহাক লৈতনা শেম্নরদনা হৈনখিদ্রবা। অদুদগী মশক খঙদবা নহা অমনা ঐঙোন্দা -- *ওঝাবু সি অমুক্তা* হায়রগা ধুলোক অমা পীশিল্লকই। মদু ঐনা ঙকশমদা থোক য়ানশিল্লী। তোং-তাং গাইদনা ঐনা হায়ফেৎ থীল্লিপোৎনি। কদোমদগীনো উহৌদে শেজেং পুখম অমদা হঙ্গাম মপাল মচুগী খুদে অমা মদুগী মথক্তুদা লুপা তরা চৎপী মঙা খক হাপ্লগা পুখম অদু বিনাসখীনা পায়রগা মোহিনীগা লোইননা চঙশিল্লক্লে। তরা চৎপী মঙাদু অরীবা নোট্রুনি। মোহিনীনা খুদে অদু তিংথোক্লগা ঐগী ঙকশমাদা য়ানশিনবীরে। অদুগা মোমোন্নবা মীনোক্কা লোয়ননা ––

— *মঙ্গল ওইবীয়ুকো।*

— *লাইবক ফবনি।*

বরীরিবা হায়দু ওইরমান্নে। নুমিত্তুদা মোহিনীদু ওম্থোক্লা ফজরমখ্রে --- করিনো চন্দন চৌবা ফজনা থীল্লদনা লৈমচুগী চাদর অমনা মপান্নাইবদুগী মথক্তা হাফ্ সাড়ী শেৎলদনা -- মুশিন মুরবা শাংলবা বেনী লোল্লবা শমদুনগা লেঙ-লেঙ চৎলদনা। মাবু য়েংলিঙৈদুদা বিনাসখীনা নোকখি-নোকখি তৌরদনা ----

— *তৌশিন্নরগা মী উদ্রিঙৈদা চেনখিনুকো।*

— *তঞ্জখ্রে বিনাসিমা অসিবু রানেনা।*

হায়রল্লগা মখোয় অনীমক তবী-তবী চঙখ্রে। চানীঙবা ইনছাং হাওই – নুংশিবা শক ফজে হায়দুনা ঐগীদুদবু থাগৎখ্রে। বিনাসখীস্তু মোহিনীদগী থোইনা তাদে।

তাঞ্জা অসিদা মাঙ্গোন্দা ফল্লীবী খরা অহল ওইবীশিংদুগী মরক্তগী ঐঙোন্দা খুদোনবী থীল্লগা ঐগী মরমদা মানবা করিগুম্বা খরা ময়েক্তি শেঙফাত্তনা মুরুম-মুরুম ঙাংনবা তাখি। — *শক্তা অসিগা হৈরমদৌ মান্দেদা* — অমনা অমুক *হেরা হৈরম্বস্তু য়াইদা। — ফরেসে খোংলগা খঙবা হায়দুনি।* মখোয়না ঙাংনব হাইফেৎ-হাইফেৎ তাবদগী ঐ থাবল চোঙগদবদু ইতন-তনবগুম তৌখি। মখা শঙ্গোই অদুদা বেন্দ পাটীগী ফমফম ওই। ঐনা ধুলোক অদু তাং-তাং ২/৩ লক থীল্লি। মদু তাবদা হান্নদগী থৌরাং লৌইরবা লৈশাবী ৫/৬ মখুৎ শম্নরগা মরী-মরী থোক্লরকখি। অদুগা তপ্না-তপ্না চৎপা হৌরকই। ঐস্তু ঈশৈ হৌই :—

হরি হরি বোল (ময়াম্না খুমই) হে হরি।
হরি হরি বোল (ময়াম্না খুমই) হে হরি।
কুমগীনা মতম ওইবনা
হরিবল য়াওশঙ মৈথারে।
শাবীনা শানৌ পুন্দুনা
পল্লৌগী শুমাং মথৌবুং
লীকলেংবগুম লেংলক্লে।

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

কয়াদা নীংথিজবনো
লৈরাংনা কৈদা পাশিগে
শীঙেলনা কৈদা থাশিগে।
লমজাও কাদা ওংবী লৈ
ইরোম্নুঙদা পোম্লগা
ইপাম্লাংনা শাৎপী লৈ
লৈরাং মানা পোম্লিঙে
মুক্নিা লংদুম মানবী লৈ
লৈরাং মানা শাৎলগা
কোয়েৎ তোলোক মানবী লৈ
শীঙেলনা করি লৈনোদা
থম্বাল কৌবী লৈদুনি
থম্বাল মানবী ইচনখোয়
কম্নদ কম্না চোঙশিদো
তাহে চোংশিদা
হরিগী কোলোয় শোনবদি
লৈবাক মরা তপকনি
লৈবাক মরা তপ্লদি
চাকহোং ঙাহোংগনিদো
তাহে চোঙশিদা
শাবীগী খুজেং শানৌনা পাই
শানৌগী খুজেং শাবীনা পাই
কম্না কম্না চোঙশিদা

ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

মচাগী মতৌ উরগা
নিঙোল পোকপী মমানা
চেপথ চেপথ য়েঙলগা
মোমোন মোমোন নোকচৈদো।
হরি হরি বোল (ময়াম্বা খুম্মই) হে হরি।
হরি হরি বোল (ময়াম্বা খুম্মই) হে হরি।

(ঈশৈ অসি ময়াম্বা শরুরবা ঈশৈনি, নীংশিঙবা খরদং পঞ্জবনি।)

ঐগী ঈশৈ মতাং অসিদা লোইরে। ঈশৈ হেক লোইখিবগা বেন্দনা মখা শানথখ্রে। ক্লেরেনেটত্তা খোংখিবা ইশৈদু "নঙগী মাইথোঙ উরুবদা শজিবু গুলাপনা ইকায়জবীনি।" হায়বা ইশৈ অদুনি। ঐনা খল্লী --- মোহিনীবু পায়রগা অমুক্তংদি চোঙনিংখ্রেদা কমদৌসিগে। শক-শাদি ইখঙ খঙনবনিনা হেক চংশিনবস্নু ঙমদেদো। অশোমদদি ঐগী মরুপ্তু বিনাসখীগা মোহিনীগগী মরক্তা কন্না চোঙলি। হন্দমুক য়াওগে ঙমহৌদে -- মথঙদা য়াওগে ঙমহৌদে --- নিংজিং-মাংজিংনরিঙৈদা রাউণ্ড ২/৩ চৎখ্রে। খঙহৌদনা ঐগী মরুপ্তু মখোয় অনীগী মরক্তা য়াওরমদ্রে। বিনাসখীগা মোহিনীগা থঙননা নুপা য়াওদনা চোঙলম্লে। মখোয়না ঐগী মপা য়ৌরকপদা বিনাসখীনা মখুৎ শৎ তিংথোরক্রগা ঐবু চিংশিনবীরে। বিনানা তুংদা থং মোহিনীনা মাংদা থা ঐনা য়াইদ চন থাবল চোঙবদু উচিৎ-নাচিৎনা য়াওজরে। অন্সুম চৎপনা মাঙ্গোল্লোম থঙবা সাইড অদু য়ৌরকপদা নুপী খরা মুরুম মুরুম ঙাংনরকই -- *ঙসাইগী*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

*ইশৈ হনবদু নংত্রনে অসিবো। মগুকশমদগু হঙ্গাম মপাল মচুগী খুদৈ অমা য়াল্লদনা –অমনা কদাইনোনে* — অমনা তু-তু মখোয় মশেল খুদোম্বীও করিও তৌনরকই। মদু তাবদগী ঐগী হান্না লেপ্লম্বা মপাদু হেক য়ৌরকপদা ঐ লৈহৌরে। ঐনা লৈহৌগে তৌবদা ঐঙোন্দা বিনাসখীনা য়াল্লকখি। অদুবু ঐনা ঙমদুনা লৈহৌরে। ঐনা হেক থোকখিবগা ঐগী মরুপ্তু অমুক পায়শিনখ্রে। মসিদা থাবল চোঙবসি নুংঙাইদৌমান্দ্রে খল্লদুনা কোইয়েং হেক য়েংলকপদা মখা শঙ্গোই মচিদা লুকমাই পাল্লীবা মৌনহা অদুদা মিৎচানরুরে। মৌনহা অদুগী মনাক্তা চংশিল্লে। মৌনহা অদু চহী ৪০ মুক্কী লেঙগা ওইগনি খল্লী। য়ৌরমদকত্তু য়াই। ঐনা মঙোন্দা ——

— *ইতৈমা ক্বা মতপ অমত্তা চাজগেবা।*

— *য়ানি য়ানি ইবুংঙোগীবু ইতৈমনা হাওনা শেমত্তু ঙাইদনা – সে-সে ক্বা চাদ্রিঙৈদা হৈ মহী গ্লাস সিমতা থকখোসে ইশৈ হল্লুবগী খৌনাওদু ইকং কংলম্মনি* হায়রগা হৈ মহী গ্লাস অমা হৈরগা পীশিল্লকই। — *পৈশাগী নত্তে ইবুংঙো! ইতৈমনা নুংশিদুনা লানবনি থকউ-থকউ। ঐত্তু গ্লাস অদু* লৌরগা থকপা হৌই।

— *হাওখ্রেদা ইতৈমা।*

— *থকউ-থকউ ওক্রুগত্তু অমুক শেল্লক্কে।* মহাক্না মখা অমুক শমথরকই। — *ইবুংঙোদি ইশৈবু য়াম্না হৈরম্মীনে। কদায়দবু তম্মুরিবা।*

— *কদাইদগী বানোদা ঐগী মরুপ অমনা নম্ফুদা ইশৈ হন্দ্রবদি কৌনরোই হায়বদগী হেক তৌরিবনিদা।*

ইতৈমদুনা ঐগী মিং অমস্তুং লৈফম হঙলকই। ঐস্তু ঐগী অশেঙবা পরিচয় হায়রম্মী।

— *অদুদি বামোম্নিনে।*

— *উম।*

নুপীদু বারীস্তু লেপ্তে মখুৎশু লেপ্তে। মিকৌ-মিরমশু অদুম মফৈ। মশকস্তু অদুম নয়াই। মী অয়াম্বস্তু মঙোন্দা য়োমশিল্লী।

— *ফুরিৎ-ফৈজোমদুগা, খুদৈদুগা য়াম্না পকচরিনে ইবুংঙোদি। হেক হায়জিল্লকখি। ইবুংঙোনা য়াম্লীবা খুদৈদো ঐনা লৈরকখিবনি — অফবনি। ঐখোয় মোহিনীনা — ইন্দোমচা! ইন্দোমচানা য়েঙদুনা খুদৈ খরা ফবা অমত্তা লৈবীরকউ হায়বদগী ঐনা য়াওশংগী পোৎ তীকপা চৎপদা লৈরকখিবনি। ঐদি খঙবু খঙলুদে। মালস্তু হায়দে। ইবুংঙোদা পীননবা ওইরে।*

মাগী বাদু তাবদগী ঐনা খনখি — ঐসে স্বাইসিদা বা-বা লাওরবা জাৎনিসে। ঐনা খঙহৌদনা —

— *খুদৈসে ইতৈমদা পীরল্লগে।* হায়রগা খুদৈদু লৌথোক্কে তৌই।

— *মাংঙে মাংঙে ইবুংঙোনা মদুম তৌরবদি ঐবু মোহিনীনা শোয়দনা হাৎকে হায়বা তারে। খুদৈদু পীবীরমগনু ইবুংঙো। ঐদি চুম্না ইবুংঙোদা বারী শাজবনি। নখোয়গী অদু-অদা ঐ খঙজদে।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

— *কৈনোনে হায়রিসিবো মোহিনীবু মীগা হাৎকনবা জাৎলা?*

— *অদুইবা নত্তে মানা নুংঙাইরোইদবদো।*

মতাং অসিদা থাবল অদুস্থু লেপখ্রে। মীয়াম অদু বা লাওনা ইতৈমদুগী পোৎফমদুদা ওমশিল্লকখি। ঐস্থু ক্বাগা-হৈ মহীগগী মমল লুপা ২ চৎপী অমা পীরল্লগা

— *ইতৈমা ঐ চৎচরগে।*

হায়রল্লগা থোরক্লে। মতম অদুদা কোম ক্বা মতপ অমদা সিকি অমা পী। ঐনা মরুপ্তুবু কৌইখী থীরগা নুমিত্তুগী ওইনা মফম অদু থাদোক্লম্লে। লম্বী চৎনা চৎনা – মোহিনীনা ঐবু নুংশিরম্বস্থু য়াইহ। নুংশিরমদবস্থু য়াইহ। অদুবু তৌরিবা থৌওং অসিনদি তাকপদি মানা ঐবু নুংশিরে। নুংশিরগনা করম্বা মওংদা – মবুঙ অমগী মওংদা নুংশিরম্বা ওইরগনা কমদৌবা -- মবুক মপাও ফৈ তীম্নবা নুংঙাই খন্দুনা তৌবা ওইরল্লগনা পুঙচোপ। ফরেদা স্টদী অসিদদি লোইশিল্লগা য়ারে ফরে য়াদ্রে ফরে মরক অসিদা লাং-ফাং তৌররোয়দা। অস! নুংদি-নুংশিখ্রেদা, মীগী ওইখিদৌবা পাম্মুইদা, লাইবক্তা তারেদনা। লুখ্রেদা তৌদৌরিসে। স্থুম লাকপনা মরুপ্না মাগী থোঙ্গাল য়ৌরদুনা হায়রকই।

— *ঐ লৈহৌরগে।*

— *ঙাইখো।*

হায়রগা মঙোন্দা ঙসাইগী লুপা ৫০ দুদগী লুপা ৩০ খক লৌথোক্লগা মরুপ্তুদা ঐনা পীখি।

ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

— *ঐদি কাওবু কাওরুররে। বাখলসে তরং মালং চংপদৌনা তৌরে, ফরে নোংমা-নিনী চংনরুনি।* হায়রগা পৈশাদু লৌশিনখিরম্মী। নুমিত্তুগী ওইনা ইবান্নী কায়নরম্মী।

—

# ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

— অনীশুবা শরুক —

চহী খুদিংগী ওঝা অদুদা ঐখোয় অহুম পুম্না টুইসন হেক হেক তৌমিন্নখি। ওঝাদুম্বু মবুক মপাও য়াম্না ফৈ। লাইরিকম্বু ফজনা হৈ। তাকপী তম্বীবদম্বু য়াম্না মচা খাইনা তাকপীখি। মঙোন্দা পোঙবা চাওথোকপা অমদি নাপল অমত্তা য়াওখিদে। তশেঙনা ঐ মোহিনীবু নুংশিখি। অদুবু ঐনা ফীভম চাদবনা মরম ওইরদনা মঙোন্দা ফোঙদোকখিদে। মসিনি ঐনা নিঙমখিদ্রিবা।

খরা নৈরগা ঐখোয়গী ফাইনেল পরীক্ষা হায়দোক্লে। ঐখোয় অহুমমক পাস তৌরে। মদুগী মতুঙ থা মখাইমুক নৈরগা ঐ মার্কসিট, প্রোভিজনেল অমসুং কেরেক্তর সার্টিফিকেটনচিংবা লৌরুগে খন্দুনা কলেজদা চংলম্মী। তাঞ্জানা চারিম্বু মখোয় অনীম্বু কলেজদা লাক্লম্মী। ঐখোয়-ঐখোয়গী ডোকুমেন্টশিংদু লৌনরদুনা ওফিস মমাঙ অদুদা ঙাইহাক লেপ্পুনা লৈনরম্মী। ঐনা মোহিনীদা ওনশিল্লগা হায়খি।

— *পর্সেন্টেজ কয়ামুক চংলি অমুক্তা য়েঙগেনে।*

— *য়ামদেদা মীঙোন্দা উৎপা ইকায়জে* হায়রগা লোৎশিনখরে।

— *ঐগীম্বু য়ামদেদা হায়রগা* ঐগীদি মঙোন্দা উৎলি।

— *মানা অম্বুক য়াম্মীসিদি — অদু এম এ তম্লরোইদরা?*

-- *ঐ ঙমগদৌবা মান্দ্রেদা ।*

— *ঐদি তমখিসিরা খল্লী।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— *হোই ওল্লদি তমথোকপনা হেন্না ফৈ।*

মাগী বাহে অদু তাবদা লাইরবা মচা ওইবনা ঐদি এম-এ তম্বা ওল্লেইদৌরে খনবদা ঐগী পুক্নিং নুংশিরকখি। মরম অসিদগী ঐ মখোয়গী মনাক্তা লৈনিংঙক্তে। মঙোন্দগী ঐগী মার্কসিট্রু লৌরগা চৎলগে খন্দুনা ঐগী সাইকল মনাক্তা চঙশিল্লে। সাইকল শো হাঙগে তৌরী। তাঙ্জা অদুদা বিনাসখীনা —

— *ঐজ্ঞা! মোহিনীনা চা থকখিশেএ।*

ঐন্সু অমুক হন্না উনগদবা মান্দ্রদুনা সাইকল অদু থনম্লগা মখোয়গা লৌইননা কলেজ কান্টিনলোমদা চৎমিন্নরে। কান্টিন য়ৌরগা ঐনা —

— *তাইনধেম* (তোদা নিংথেম) *চা ৩ বোরা ৩ দা পীবীয়ুবা।*

থীন্দনা তাইনধেম্মা চা-বোরা পুথোরক্লগা ঐখোয়না ফম্লীবা ডেক্স্র মথক্তুদা থনম্লগা চঙখ্রে। ঐখোয়না ফম্লিবদু ডেক্স্র অমনা ময়াইদা লৈরগা বেঙ অনীনা ডেক্স্রতুগী নাকন অনীদুদা থাবনি। নাকন অমদনা মখোয় অনী ফম্মীন্নে। অতোপ্পা নাকন অমদুদনা ঐ ইতোমতা ফম্মী। তাইনধেমগী মচানুপী অঙাং অদুনা ঈশিং জগ অমগা গ্লাস অহাঙবা অহুমগা পুথোরক্লগা ঐখোয়গী মাঙদা থনম্লগা মান্থু চঙখ্রে। বিনাসখীগা ঐগদি চা-বোরা থকপা চাবা লৌইরে। মোহিনীদি চা অদু অমুক-অনীরক চিংলগা তোকখ্রে। বোরাদুনা অমখক লৌখৎলগা মখুৎনা স্থুম নৌইদুনা লৈখ্রে। ঐখোয় অহুম বা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদে। ঙাইহাক লৈরগা বিনাসখীনা ফুক হৌগৎখ্রগা —

— *ঐ পৈশা পীরুখিগে।*

— *কিনা ঙাইখো ঐ পীগে।*

— *য়ানি ঐজ্জা।*

হায়রগা মানা অদুম পীখ্রে। পৈশা পীরুরগা মানা ঐখোয়গী ইনাক্তা লাক্লগা —

— *ঐ ইন্দোমচাহোয়দা বা অমত্তা হায়রুখিগে নখোয়স্তু লোইশিল্লখ্রো।*

হায়রল্লগা চৎখ্রে। অদুদগী ঙসাই ঈশিং পুথোরক্লম্বা নুপী মচা অদু থোরক্লগা — *নেনে চা-বোরাসি চাররোইদরা* হঙলকই। মোহিনীনা — *চাররোই পুশিনখ্রো* হায়রবদা নুপীমচা অদুনা চাবীদ্রবা চা-বোরাদু পুশিনখ্রে। অদুদগীদি মহাক্না ইল্লীবা লফুলয়োন মচুগী ইম্নফী মতোন্দু পায়রগা মাগী ওইগী খুদোম্মী মতোন্দুদা য়েৎশিল্ল হন্দোক্ল য়েৎশিল্ল হন্দোক্ল তৌদুনা লৈখ্রে। ঐস্তু তুমিন্না অদুম ফল্লী। ঐনা হৌদোকপস্তু হৌদোক্তা মানস্তু হৌদোরক্তগুম ঐ খাঙবা ঙল্লক্তদুনা খুৎ ওইসিনা মাগী মকোক্তা কিন্না হেক থীনখ্রে। ঐনা মঙোন্দা কিন্না থীনবদুদা মহাক ফীভম করিমত্তা লেঙদে। ঐনা মুন্না য়েঙবদা মহাক কপ্লি। কপ্লা-কপ্লা –

— *ঐবু হাত্তোকপীরো, মদুতনা ঐগী অবাবা কোক্কনি, নঙোন্দস্তু য়েৎলররোই।*

তাবদা য়াম্না বাবা বাহৈনি। বা অদু তাবদগী নিংঙল্লক্তদুনা ঐগী খুৎ ওই অসি ডেক্র মথক্তুদা হম্না-হম্না শুজিল্লম্মী। তাঞ্জা অদুমক্তদা বিনাসখী হেক চঙলক্লগা —

— *অমুক কৈদৌনরে? খৎনরবরা? খঙদ্রেদা নখোয় অনীনা তৌদৌসি। মোহিনী! পুং ৪ তাখ্রে চৎশি লাকও।*

হায়রগা মখুৎ পায়দুনা পুখ্রে। মখোয়না চৎখ্রিবদ্ ঐগী মিৎনা উবা ফংবামখে য়েঙদুনা লৈহৌই। মখোয়বু উদ্রবা মতমদুদা ঐস্সু সাইকল লৌরগা য়ুমদা লাকখি। নুমিত্তুগী অহিং অদু মিং কক্কা অমত্তা তুমখিদে।

***মতাং অসিদা মমাশাবীনা (বিনাশসখীনা) চাক তাক্লরে।***

— *ঐজ্জা! চাকসিবু লৌইদি লৌইরে। বারীদুনা কয়াম বাৎপীরিবনো? কোম্না — ?*

— *এঃ এঃ কোম্লোই কোম্লোই। ঐখোয় পুন্না চামিন্নগদবনি। হা য়াইমা? অদুনা ফৎত্রনে? লাকও! লাকও! সোমদা চংঙক্লো খুৎ-শাদু হামদোক্লুরসি।*

— *য়ানি সার। লাকচরগে ঐখোয় পুন্না চামিন্নবনা ফৈদা।*

— *ঐগী বারীসি মতাং অসিদা ঙাইহাক্তং লেপখিসিকো য়াইমা।*

ইবান্নি হৌগৎমিন্নরকপদুদা য়াইমনা তুংদা খরা তপ্লপ হৌগৎলকখি। ঐখোয় খুৎ শেংদোকপা লৌইরদুনা ডাইনিং টেবল অদুদা ইকৌই-কৌইন ফম্লগা চাক চামিন্নরিঙেদুদা ঐনা —

— *য়াইমা! ইন্থাংসি কমদৌই? চাবা য়াব্রা? ইহে! ঐদি কাওরসরেদনা নংগীদি কৈনোদু মচা অমত্তং ফীখা থারম্মদি চাক-ইন্থাংসি মরোল খরা থোক্লদবনিদা।*

— *য়াম্না হাওই সার। মসিনা মহাও খঙবা হেনবা জাৎনি। অমদু খরা য়াওখ্রদি থুম থাকপা-থাক্তবা অদুম পংহাওদা হাওবা জাৎনি, সার।*

— *য়াইমা! অওক-ওক্ত শেঙনা হায়য়ুকো। ঐগীদা চাক চামিন্নরগা ইকাইরিনিগাইদনা নবুক থন্দনা তোক্কনুকো য়াইমা।*

— *য়ানি-য়ানি সার। হায়জগে।*

ঐখোয় চাক চাবা লোইরদুনা খুৎ-শা শেঙদোকপা লোইরে। ড্রোইং রুমদা অমুক চংমিন্নরে। মতমদুদা য়াইমনা —

— *সার! ঐ অশ্বাইফাওবদং চখোক্লুখিগে। য়াম্না থুনা হজ্জরক্কে।*

— *কৈনো নংবু মনুং চংনিংবরো? মনুং চংনিংলগনা অশুক নুংঙাইবা লৈরিসিদি। হা?*

— *অদুগী নত্তে সার! ভুম হকচিক লাংঙুগে তৌনিদা।*

— *অদু ওইরগনা ফেন্সি থাগে লাওনে।*

— *কুইরোই ঙাইহক্তনি সার।*

মানা ঙমদুনা অদুম থোকখ্রে। ঐনা চাক চাবা তোক্লক্পগী চুরুট মচৈ অমত্তং থক্লিংদুনা সেন্তরগী টেবলদগী চুরুট উপু অঙাংনা শেগাইবদু হাংদোক্লুবদদি মচৈ অমখক্তা ঙাইরম্লে। ঙসাইদি মচৈ অনী য়াওহৌবনি। অমদি য়াইমনা পুখ্রে হায়বসি ঐ চপচানা খঙলে। মরম অদুনা মহাক মপান্দা চুরুট থকপা থোকখ্রিবনিদনা। মহাক ঐগী মাঙদা চুরুট থকপা হঙ্গৌইরদনা তৌরিবা ওইরিনি খল্লদুনা ইথন্তা নোকমি-নোকমি তৌরি। তাঞ্জাদুদা মমাশাবীনা মচাদু পম্লগা ঐগী নাক্তা চংলকখি। ঐ ইথন্তা নোকমি-নোকমি তৌবদু উবদা মহাক্না —

— *ঙাওদোরবরা কৈনো মথন্তা লৈরম্বু নোকমি-নোকমি ঐগী লাইবকসি ওত্থোকইদকো। থাইনগী লৈরাং অমনবী মঙ্গ-মঙ্গ লৈনুংসি হায়দু হেক তৌইদা। পাক কাওবা ঙমদবোইদকো। সে-সে অঙাংসি ঙাইহাক্তা পাইবীরম্মু। ঐ টেবলসি অমুক্তা শেঙদোক্লুখিগে।*

— *নংসিদিনে অফবা কৌবদা খনবা ঙমদবা জাৎনিকো। কদাই-কদাই অঙাংদো পীরক্লো। ঐনা নোক্লিসিগী মরম কোন্না হায়রগে। চো-চো। নংনা তৌগদবদু তৌজরম্রো। কুইদি কুইরক্কনুকো।*

মাগী থবক তৌবা চংখ্রে।

ঐনা অঙাংদু নাকন্দা পন্নগা চুরুটতু থক্লি। তাঞ্জাসিদা য়াইমদু রুমাল অমনা মচিন্দু তৈথোক-তৈথোক্লা চঙলকই। অদুগা মাগী ফমফদুদা ফম্মী। মহাক মপান থোক্লগা চুরুট থক্লুই হায়বসি ঐ চপ চানা খঙলে। মহাক ইকাইরনি খল্লদুনা ঐ তুমিন্না অদুম লৈরে।

— *য়ারে সার। বারী মখা চথবীরো।*

ঐনা অঙাংদু পন্ন-পন্না বারী মখা চথরকই।

*****

নোং হেক ঙানবগা ঐনা নোংমগী তৌগদবা থবক পুন্নমক-লোইশিল্লে। চাক চখোম ১/২ দং চবীৎ-চবীৎ চারগা পুং ১০

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

মুক তাবা অদুবাইদা ঐ বিনাসখীগী য়ুমদা চৎলম্মী। তান্না চারিস্থু বিনাসখীদু মখোয়গী পুখ্রিগী থোঙ্গাদুদা পিথাই বালতিন অমনা জম-জম চাইথদুনা ইরুজরম্মী। মানা ঈশিংদুনা চাইথরগা মতুংগাদু চোৎননবা হায়দুনা মখুৎ অদুনা শিৎ-শিৎ নাথরম্মী। অদুগা ফদী মচাদু শুমদোক্লগা মমাই-মমিং অদু শৎ-শৎ তৈথোকই। অদুগা ফদীদু ইনশিল্লগা বালতিন অদু ঈশিং খরা শোক্লগা কাখৎলকপদা ঐগা হেক মাইয়োক্লরে। ঐ হেক উবদা মহাক্না ঈশিং য়াওবা বালতিন অদু পায়রগা লেপ্পুনা ঙাইহাক্তুং বা ঙাংদনা লৈবদুদি হা! —— করম্নবু থাসিগে। মিকুপ ২/৩ দংগীনি। মহাক বালতিন অদু থনম্লগা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লে।

— *করি অমুক তৌরে?*

— *ঙরাং মোহিনীনা নঙোন্দা করি করি ৱারী শারকই?*

— *ইবান্নী বা মচেৎ অমত্তা ঙাংনখিদে। মাস্থু তুমিন হোই-মাই হায়রমদনা চৎখ্রে। ঐস্থু অদুম লৈহৌরে।*

— *অদো ঐ নঙোন্দা ৱারী অমতং শানিংই শংগদ্রা?*

— *অস! ঐদি চাক থোঙ্গে তৌরম্লিবনি। ঙাইবা ঙমগদ্রা?*

— *ফরে ঙাইরগে। খুৎলৈ খরা থুরকউকো। তোর্ব্বান অথাইদা ঙাইরমগে।*

হায়রম্লগা ঐ থোরক্লে। মাস্থু চঙখ্রে। পুং ১ রোম খরা হেল্লবা অদুবাইদা বিনাসখী মহাক্কী সাইকল অদু তোঙলগা তোর্ব্বাম্লোমদা থোরক্লে। মাবু হেক উবদা ঐ মাগী মনাক্তা চংশিল্লী। মানা ঐঙোন্দা —

— *কদায় চৎসি হায়রিনো ?*

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— *কান্টিনলোমদা চৎলসি।*

ইবান্নী কান্টিনলোমদা সাইকল অদু থৌরক্লে। মার্কসিট লৌবা লাকপা মীনা কলেজ অদুদা পুন্নাং লাংঙম্মী। ইবান্নী বারী শানফম লৈত্রে। ঐনা কান্টিনলোমদা চৎলগা তাইনথেমদা —

— *তাইনথেম! বিনাসখীগা ঐখোয় অনী নখোয় ইমুংদা বারী অমত্তা শানগে য়াগদ্রা?*

— *ও য়াই-য়াই খৎতি খৎনরক্কনুকো।*

ঐনা ঙরাং মোহিনীদা কিন্না থীনখিবদু তাইনথেম উখ্রেদনা খনখি। বিনাসখীগা ঐখোয় অনী তাইনথেমগী ইমুঙদা চংলগা মোরা অমমমদা ফম্লম্মী। ঐনা বিনাদা —

— *নঙ চাক চারক্রবরা?*

— *চখোম ১/২ চারক্লে।*

— *ফরে-ফরে অদুদি। বিনাসখী! ঙসিদি ঐ নঙোন্দা ঐগী বারী অমত্তা লীগে। ·বারী অসি নহাক্না মোহিনীদা শোয়দনা তম্বীয়ুকো।*

— *অদু ওইরবদি মাবু কৌরুসিরা?*

— *হুম! কৌরুরগুমসি। ঐ মাবু অমুক উনবা ঙম্লরোই।*

**তাঙ্গা অসিদা ইমা থোরক্লগা**

— *কদাই-কদাই ইবুংঙোদু ঐঙোন্দা পীরক্লো। নং নশাগা ঙমদবদা বারনি।*

হায়রগা অঙাংদু ঐঙোন্দগী লৌরগা পুথোকখ্রে।

*****

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

***ঐগী বারী মখা:-***

ঐগী ইমা-ইপানা ঐখোয় ইচিন-ইনাও নুপী অমগা নুপা অমতংগা পোকই। নুপীদুনা ঐগী ইচেনি। ঐনা ক্লাস টেন কাবা চহী অদুদা ইচেদ্ মযুম পানখ্রে। ইচেদুনা মযুম হেক পানখিবদগী ঐগী বাবগী ঙমখে লৈখিদে। চহী ২ মুক্কী মতুংদা ইপা অদু ক্রোনিক ডেজীজ অমনা নাদুনা হৌজিক ফাওবা লৈরী। ইপানা শুবা-চৎপা ঙমদ্রবদুদা ইমানা ইনছাং-নাপীগী পোৎফম অমা ফম্লগা ঐখোয়বু থাক্লী। অয়ুক্তনা ঐ পুং ৩/৪ অদুবাইদা হৌগৎলগা লাইরিক পাই। ইমানা অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা ইনছাং-নাপী তীকপা চৎখি। ইমা চৎখ্রবনিনা নোংমগী অয়ুক্কী তৌগদবা বাই তৈবা, কোন ফেঙবা, ইনছাং শেম্বা ঐনা লৌইনা তৌই। মদু লৌইরগা অহল অনাবদু শমদুনা পুথোক্লগা মাগী মচিন-ময়া শেঙনবা, চা-থক্লবা, হীদাক-লাংথক পীথক্লবা অমুক হোৎনৈ। মথঙদা চাক থোংলগা মদু মুনবৌই-মুন্দবৌই খরা চারগা কলেজ কারক্লবা হোৎনৈ। পুং ১ মুক তারমদাই অদুবাইদা ইমাদু ইনছাং বোরা অমগা কৈথেন্দগী কুম্লকই। ইনছাং-নাপীশিংদু শেমদোক-শেমজিন তৌরগা, চাক চখোম্মুক ইপাদুগা হোবে-হোবে চামিম্নরগা ইনছাং-নাপীশিংদু য়োনবা অমুক চৎখি। ঐনা কলেজদগী কুম্লক্লগা নুমিদাংবাইরমগী কুপ্লোম খরস্থু অমুক হোৎনৈ। নুমিদাংদনা ইমাদু পুং ৭/৮ তারগা কৈথেল কুম্লকই। করিগুম্বা কান্দনা মসিদগী হেন্না থেঙবস্থু য়াওখি। করিগুম্বা কান্দা ঐনা লাইরিক পাব্রা তম্লগনা

নুমিদাংগী চাক থোঙদোকপস্তু য়াওই। নৎত্রগনা ইমা লাক্ত্রিফাওবা লাইরিক পাহি। মসিদা ফৌস্তু-চেঙস্তুবগী থবক্লু তৌরিবনি। নখোয়গী ইম্ফালগুল্লদনা ঐখোয় লবাইসিদদি রাইস-মিলগকাদু লৈতে। শুম্বল-য়াঙকোক ঙাক্তনি। ফৌ শুবা লোইরগা ঐনা খপচে, চেং খৈবদি হৈতে। মরম অদুনা লৈকায়গী ইচে-ইনেমশিংদা *অমুক্তা খৈবীয়ু* হায়জে। হায়জরুবগা খৈবীরকপস্তু ময়াওই। *ঙাইহাক লৈরগা খৈবীগে হৌজিক্তী শঙ্গ্রি হায়রকপস্তু য়াওদবা নত্তে।* মদুদা শাওরুবা তৌদনা *হোয়-হোয়* হায়না অদুম মখুমখি। কনা-কনাগুম্বনা — *কয়ামকুইনা মীঙোন্দা হায়জখিদৌরী — কান্নদে নয়ুম পান্নবা তৌরো* হায়রকপস্তু ময়াওই। *ঐস্তু ফাগী ওইনা পান্নগেদনা নুপীদু থীরিবনি লৈতেনে। নুপী লৈতদুনা পান্দ্রীবনি।* ঙরাংমক্তস্তু ঐনা য়ুমদা হনখিবদা ইপাদু মাঙোন্দা হিপ্তুনা লৈরম্মী। ঐবু হেক উবদা ইপানা হায়রকই — *ইবুংঙো নংবু কদাই চৎলুরিবনো? ঐবু ইমুঙদা পুশিনবীররো ইপাগী হকচাঙ অসি নোংমা-নোংমগী শোক্তিল্লক্নে। হীদাক চাবগীস্তু থেইনা কান্নফম খঙদ্রে। ঐনা লৈরীঙেসিদা নয়ুমদুদা পালহৌরবদি শিরকস্তু খুয়া-তুশিংকনিদা। ঐ কুইগদবা মান্দ্রেদা।* ইপাগী বাহৈদু তাবদা ঐ কপনিংলকখি। পুক্নিং নুংশিরকখি। তুমিন্না কপস্তু কপখি। ঐনা ইপাবু হান্না পুশিঞ্জরে। অদুগা নোংমগী থৌগায়বা য়াদ্রবা থবকশিংদু তৌবা হৌরম্মী। অদুদগীদি ঐ চাখুম চঙলে। ঐ চাক থোঙবদুদা খোয়জঙদ্রে। করিনুংগী মঙোন্দা কিন্না থীল্লুরিবনো খন্দুনতা লৈখ্রে। চফু শৌরদুনা চাক য়াইশিল্লে। অদুবু মখুম খুম্বদি

কাওরে। উয়ান থাঙ্গৎলে থাউদি হৈদ্রে। অমা তৌগে খল্লগা অতোপপা অমা মদুম্ব তৌদনা চপ-চপ লেপলে। চাক্ত লৌইরে কমদৌরিবনোদি খণ্ডদ্রে। ঐ ফমুং চঙলগা লোংখ্রাক লোংনা হিপলগা লৈরে। মরকসিদা বিনাসখীনা —

— *ইচেদুদি খক লাক-খোৎ তৌদ্রা? — মঙানি মরক তরানিমরক্তা লাকই। ইচেনা লাক্লম্বা মতুং নুমিৎ ২/৩ দি ঐ বাবা খরা ফৈ। ফীশু-ফীজাম্বা, চেং অরৈবা খৈদোকপীরম্বা, হেক তৌবা য়াবামখৈ ইচেদুনা তৌবীরম্মী।*

— *মখোয়গী ইমুংদি কমদৌই?*

— *এ! অদুগী হায়রুরদি ঐগী ইবাইদু ডি-এস-পি নি।*

— *এ! য়াম্না নুংঙাইরিজাৎন্নিনা।*

— *হোই নুংঙাই হায়বতাই। অদুগা বিনা বারী অমনা ঐনা অহানবা টুইসন লাকপা নুমিৎকী থৌদোক অদুনি।*

— *করি থোকখ্রবা?*

— *ঐনা মোহিনীখোয়গী য়ুম থীবা খণ্ডদ্রবদুদা মখোয়গী লৈরক মচিন্দা দুকান ফল্লীবা অহল অমদা হংলুই হায়বদো।*

— *উম নীশিংলক্লে। অদু কৈদৌরবা?*

ঐনা অহল অদুগী মনাক্তা সাইকল থৌজিল্লগা হায়রুই।

— *খুরাবু করিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা।*

— *করি হায়গে ইবুংঙো?*

— *লৈরক অসিদা লৈবা লৈশাবী মমিংনা মনমোহিনী কৌবনি। মাগী ময়ুমদুবু?*

— *লৈরক অসিদা স্নুম চংলগা গোলাই অমা লৈবনি। মদুদগী হেক লৈথোরকপদা জিঙঘগী থোঙ্গাল অমা লৈবনি। মদু নংনা হংলিবা মনমোহিনী হায়বীদুগী থোঙ্গান্নী।*

— *য়াম্না নুংঙাইজরে খুরা।*

হায়রম্লগা চংকে হেক তৌবদা খুরাদুনা হায়রক্ই।

— *ঙাইখো ইবুংঙো! ইবুংঙোনা লৈশাবীদুগী য়ুম হংলিবনা করিগীনো?*

— *এ: খুরা মোহিনীখোয়গা ঐগা ক্লাস মান্নৈ। কলেজ অমত্তদা তম্মিন্নৈ। ঐখোয় অহুম টুইসন তৌমিন্নসি হায়নখিবা অদুননি।*

— *ইবুংঙোদি করি লমদগী? মিংনা করি কৌবা?*

ঐনা ইচম চম্না ঐগী ইমিং-ইথা লৈফম্নচিংবা অহন্দুদা তাকখি। মানা মখা তানা

— *অদুদি-বামোন্নিনে।*

— *অহোই।*

মিকুপ ২/৩ তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা অহন্দুনা —

— *ইবুংঙোনা হংলিবা মোহিনী হায়বী লৈশাবীদো ঐগী ইচানুপী অহন্নি। মখাদা নুপী অনীগা নুপামচা অমগা লৈবনি। নুপা মচাদু চহী ১০ মুক শুরম্মনি। মবুং-মৌপ্পা অচৌবা কনামত্তা লৈতবনি — ইবুংঙোনা মবুং-মৌপ্পা শক্তুনা মচেদা-মচে, মচন্দা-মচন্দৌনা লোইনবীয়ুকো। চো-চো। ঐনা খনখি —*

*বাসিদি লৌ অমা ইরৈ-লৈদা। হুরানবদা পোং শঙহনবা হায়দু তৌরেদনা হায়না খন্না-খন্না চংশিন্নকপনা নখোয়গা*

থেংনখিবদুনি। ওল্লীডে মতমদা পুক্লিংগী বাফমসে মওোন্দা ফোংদোক্লে খনখিবনি। অদুবু ওসি ফাওবা ওমদ্রি। অদুগীম্বু মথক্তা ঐগীদি মৈ-ঈশিং ফংবম্বু নত্তবা, য়ুম-কৈম্বু ফত্তবা, লবাই মচা লায়র-চুদংনবা, মানা ইনাকখুনবা ইম্ফাল নিঙোল, মপাগী বাঙাং, করিগুম্বা থোক্লরবনি খন্দুনা চঙশিল্লুরো কদায়দগী শেন্না মাবু লুহোঙবা, ইপা অনাবসিনা কমদৌবা, অতৈ লায়রী ইবান্নীগী লৈফম — করি শুদুনা হিংবা। মসিনি ঐনা পুরিবা পোৎলুম। কৈদৌডে পোৎলুমসি থাগনি খংদ্রি। বি-এ অসিদদি লোইখিগে খন্দুনা কনাদম্বু হায়দোক্তনা খাংখিবনি। ঐনা মাবু নুংশিদবা নত্তে। মসিদগী ফাথবা ওমহৌদদুনা ঐনা মাগী মকোক্তা কিন্না থীনখ্রে। মদুদা মানা হায়রকখিবা বাহৈশিংদু হৌজিকম্বু ঐগী নাকোং অসিদা ওংদুনা লৈরী।

— ঐজ্তানা খল্লীবদুগা মানা খল্লীবসিগা চপ মান্নে। মী অতৈদা ফোংদোক্লবম্বু ঐঙোন্দদি মানা বারী হেক-হেক শারকই। হৌজিক্তী মাগী পুক্লিংম্বু ঐজ্তাগী পুক্লিংম্বু লোয়না খংনরবনিনা ঐবু মঙোন্দা করি হায়য়ুগে?

— ওসি ঐনা লীরীবা বারীসে অমত্তা চিংথদনা মঙোন্দা তম্বীয়ু। ঐদি মাবু তশেংনা নুংশি হায়বসি ওসি নঙোন্দা পাওথাং ওইনা হায়রিবসিনা অহানবনি। কনা অমত্তদা ফোংদোকখিদ্রি। ঐগী মরুপ জুগেশ্বর ফাওবদা হায়খিদ্রি।

— অদু মাগা উনসি হায়য়ুরো?

— মাবু ঐগা উননিংলমখিগদ্রা?

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— *ঐত্তা ঐ বা অমা হায়গে থাজদবা তৌনু। মাগী পুক্নিং ঐনা খওই। ঐত্তানা উনসি হায়বদা মহাক শোয়দনা য়াগনি।*

— *হুম। ঐগী ফীভম ফংত্রিফাওবদি মাগা উনবা পামদ্রে।*

— *ঐখোয় অনী এম এ তম্বা শোয়দনা চৎকনি। কুমশি ফংহৌদ্রবস্থু মথং চহীদা চৎকনি। অদুনা চৎলমদাইশিদা অমুক্তং উনহৌবদি ফস্বনিকো।*

— *এ। মদু ইশ্বরনা থৌজানবীদুনা শোয়দবা ওইসনু।*

— *ঐখোয় অনীনা এম এ লোইদ্রিবা ফাওবদদি ঐত্তানা বারবস্থু বানা ঐখোয়বু ঙাইবীরম্মুকো।*

— *এ। অদুগী বাদি পুন্সি চুপ্পা ঙাইয়ু হায়রবস্থু ঙাইরমগে। অদুদা।*

— *অদুদা কৈদৌরবা?*

— *অদুদা - ঙাইগদৌরিসিবু নংবুরা নৎত্রগা মাবুরা?*

— *তুউ তৌরক্রদৌনি মাই হৌনবী — মাবুনে মাবুনে।*

— *অদো মাদি ঙাংনরিবসিদদি য়াওদেদনা।*

— *ও - মারা ঐরা ঙাইদা ঙাইবীরম্মু।*

— *ঐনা মাবু ঙায়রিঙেদা মানা অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুমপানগ্রবদি কমদৌবা?*

নোকফেৎ তৌরগা মিৎচিনা য়েংলগা

— *এ। অদুগীদি ঐ নৈরীসিদি?*

মাগী বাঙাং অদুনা ঐবু বাখল লম্ফেফনহল্লকপদুদা ফাগী ওইনা হায়খি।

— *অদুদি নংনা মোহিনীগী মহুৎ শীন্দোরিবনিনে? অদু ওইরদি ঐগা জুগেগা মরুপকী মরী তংনবা তাবনিনে?*

— *অস! ঐ জুগে কনানো মশক খংজ-লাকচদে। মীগী অশোয়বদা হেক উগনবোইনা তৌরদনা। ঐদি ওস্লোক্না তঞ্জখ্রে।*

— *এ! নং হায়দোক্কেদো?*

— *হায়দোক্লিংঙগা হায়দোকচৌনা। ঐজ্ঞাগা তীন্নবদুদা মমায় ঙাকপীবগী বানি। খুউমুক হেক বাংঙদনা। ঐঙোন্দা অমুক হন্না মাগী বা পল্লক্কনু। ঐ খোইদৌ শাওগৎলিকো। ইমাংদা তাবা মনিবু কনাগীনো খঞ্জানরিঙেদা উনা-উনা মীনা খুনখিবগী ওমচাক্লরিঙেসিদা অদুগুম্বা বা ঐঙোন্দা মতুংসিদা হায়বীরক্কনু। কপ্লিংইকো।* মঙোন্দা করিগুম্বা খরা নৈরে খল্লদুনা ঐ বা মখা অমুক তাদ্রে। অদুদগী ঐনা — *ইহে! পুং ৪ তারম্মেনে হন্নবা তৌরসি* হায়রগা ঐখোয় অনী ইমুংদগী থোরক্রে। অদুগা তাইনখেমদা — *তাইনখেম ঐখোয় চৎলগে* হায়রম্লগা ইবান্নী কায়নরে।

বিনাসখী উনরুরবা মতুংদগীদি ঐসে য়াম্না লুম্বা পোৎ অমা পুরম্বদগী পন্থুংফম য়ৌরদুনা হেক থাবদা নুংঙাইবদুগা চপ মান্নরম্মী। খংয়াং য়াংবগুম তৌখি। হৌজিক্তী চঙশিনসি কী হন্দোকসি কদাই পোকখাইয়ু য়াদ্রবা বোম অমা কনা শোকহন্দনা পোকখাইখিগুম বাই য়াম্না শঙলে।

—

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— অহুমশুবা শরুক —

১৯৭৩ ফেব্রুয়ারী তাং ২ দা ইম্ফাল পাওনা বাজারদা লৈবা বাটাগী দুকান অমদা ঐহাক সেল্সমেন ওইনা থবক তৌবা য়াওরে। মদুগী ফংলকপা পৈশা খরদুনা ঐ হিংনব্বা পাম্বে ওইরে। অদুদগী চহী অমমুক লৈরগা ঐগী ইপা অদু ঐখোয়বু থাদোক্লম্লগা সংসারসিদগী চৎখ্রে। ইমুংদুদা ইমাগা ঐগদা ঙাইহৌরে। ঐগী ইমাদু ঐনা দুকান য়াওবা নুত্তিগী ইনছাং য়োনবগী থবক্তগী পোখাহনখি। ঐনা ফংলকপা শেল খরদুনা ইমাগা ঐগগী হিংনবগীদি হেন্দাক্লা কোম্নরম্মী।

১৯৭৬ কী ফেব্রুয়ারীগী অহানবা চয়োল অদুবাইদনি। তারিখকাদি চপ চানা খঙহৌদ্রে। নোংমা ঐনা য়াওরিবা দুকান অদুদা মনমোহিনীগা বিনাসখীগা খোঙউপ লৈবা চঙলকখি। মখোয় অনী চঙলকপা উবদা ঐনা রেক্ত মরুমদা মখোয়না উদনবা লৈশিল্লী। মখোয় অনী প্রপ-প্রপ চঙলক্লগা মেনেজরগা মাইওক্লনা থারীবা চৌকি পরেঙ অদুদা হেক ফমথবগা বিনাসখীনা —

— *খোঙউপ খিত্তা য়েঙজগেবা।*

মখোয়গা উনবা পামদবদগী অতোপপা সেল্সমেন্না সার্ভ তৌখিনবা ঐ তাশিন্নখিদে। অদুবু মেনেজরনা ফং য়েংথোরক্লগা —

— *হে! কস্টমর লাকইসি নমিত্তু উদ্রা?*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

ঐখোয়গী মেনেজরদু বাঙাং শাঙাং কয়া লুজদে। মাগী বাঙাং ফজদবসি ওফিসার, মৌনহা-লৈশাবী মশক খরা ফজবকা লাক্লগনা খরা হেন্নী। মতমদুদা মণিপুরী ফিল্মদা কুমখিবী ফিল্ম স্টারগা চঙলক্লবদি মা মশামক হৌগৎলক্লদনা ঐখোয়না সার্ভ তৌরিবদুমক্তদা য়াওশিন্নরিপোৎনি। নুমিৎ অদুস্তু মদুগী মওংনি। মীনা তৌবা থবক কয়া শীংথানগন্দে। মখা য়াম্না তারক্লনি খন্নদুনা য়াম্না ইকায় ইকায়না ঐ থোরক্তুনা মখোয়বু সার্ভ তৌরে। ঐবু হেক উবদা বিনাসখীনা —

— *হায়মা সিদা লৈবরা?*

— (ঐনা য়াম্না খুম্নিংদনা তপ্না) *উম।*

মেনেজরদুনা হায়রকই।

— *ওরাং লাকপা অনৌবা ডিজাইনশিংদু ইবেম্মশিংসিদা উৎলুনে।*

ঐনা খোঙউপশিংদু লৌথোক্লুরে। মখুম হাংদোক্লগা খোঙউপ নাম্মা মোহিনীদা পী। মদুদস্তু মানা হায়রকই।

— *খোঙউপ্তো মরীগাদু লৌথোক্লগা ফজনা তোংশিনবীয়ুনে। অবার কস্টমর অবার মাস্টর কাওব্রা হা?*

মাদু তাবদগী ঐনা মোহিনীদগী খোঙউপ্তু লৌরগা মরীদু লৌথোক্লগা মাগী মখোঙদা তোংশিনবীরে। ঐনা মঙোন্দা খোঙউপ তোংশিনবীবা মতমদুদা মহাক শাওবীং-শাওবীং লাওবা জাৎনি। মখোঙ অদু খপ-খপ চিংবগুম তৌই।

— *ঐ ইথন্দা তোংশিঞ্জগে।*

— (শোম্থাংননা) *মখা য়াম্না তারক্লনি। ঐ স্থুম তৌরগে।*

মদুদা মানা শেৎলীবা ফী অদু মতোন খরা চিংখৎলগা পায়খি। মখোয় অনীবু মেনেজরগী মমাংদুদা সার্ভ তৌবদা ঐস্বু হুমাং কাংখি। ঐদি বাকগী নত্তে চৈরক্কদ্রা হায়না কিবগীনি। হায়না-হায়না মেনেজরদু মখা অমুক —

— *নখোয়গুম্বা এম-এ/বি-এ য়াম্না থবক ফংদদুনা তা-তাদনা লৈরীপোৎনি। তৌনিংদ্রগা তোকখ্রো।*

চৈরক অসিদা বিনাসখীদী মথন্তা কোক-কাক কোক-কাক তৌদুনা তোংশিঞ্জখ্রে। অস্তুম্না মখল মথেল য়েংলগা মখোয়-মখোয়না পাম্বা খোঙউশিংদু লৈরে। ঐনা মখোয়দগী পৈশা লৌরগা কেশীয়রদা পীরুরে। হন্নরুগা খোঙউপ অনীদু তোংঙান তোংঙান পেক্ত তৌরগা খোঙউপ্পুনে হন্নকপা পৈশাদুনে মখোয়দা পীগে তৌবদা মখোয়দি মনুংদা সেম্পলগী থম্লিবা খোঙউশিংদু পায়-পায়দুনা য়েংলম্মী। ঐনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লগা মখোয়দা পোৎশিংদু পীরম্মী। মতমদুদা বিনাসখীনা নোকখি-নোকখি মহৌশাগীদু করিমত্তা কায়দনা শোম্থাংননা —

— *য়ুমগাদি পানবীরব্রা।*

— *ঙাইরমখো হায়না তাকপীরম্বদুদা ঙাইজরী। হৌজিক্তী য়ারগদবা নৎত্রা?*

মহাক খুম্নখিদ্রে। নোক্তমক নোক্ককখি। মতাং অসিদা মনমোহিনীনা —

— *অসি নত্তবা থবক অমা তৌবা য়াদ্রা?*

— *হিংবা ঙম্নবা পংহোৎ হোৎনবা হায়দুনি।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

মখোয় ঐঙোন্দা চৎলগে হায়রল্লগা চৎখ্রে। মখোয়না চৎখিবদো ঐনা য়েংদুনা লৈহৌই। দুকান্দগী কুমথরমদাইদা মোহিনীদো ঐঙোন্দা হায়ফেৎ য়েংলকখি। নোক্তী নোক্রমখিদ্রে। মদুনি ঐনা খঙনিংলিকস্ু।

মতুং নুমিৎ ২০ নি মুক লৈরগা নোংমা অয়ুক ঐনা দুকান কারমদাইদা বিনাসখী সাইকল অমা তোঙলগা ঐগী য়ুমদা লাকখি। মতমদুদা ঐ ফী-রোল শেৎপা লৌইরগা মোরা অমদা ফম্লগা শঙোম গ্লাস অমা থক্কদবগী তৌরী। ঐনা গ্লাস অদু পাইনা পাইনা —

— *হায়মা কদোমদগীনো তৌরকইশিদি। ওত্নোক্না থাজদনা।*

— *ঐজ্জাগীসিদা থৌওইনা লাক্লিবনি।*

— *ইমা! শঙোমদু গ্লাস অমত্তগা শেল্লকখোবা নুংশিরবী ইমান্নবী অমা লাকই।*

হায়রগা ঐনা ফম্লিবা মোরা অদু মানা ফম্লনবা থাই।

— *ঐ ফম্লরোই খরা থুরে।*

— *করিগীনো লাকথোক্লনা লাক্লগা হোবে-হোবে শঙোম গ্লাস অমত্তস্ু থকমিন্নখিসি।*

— *মোহিনীদো য়াম্না কন্না নারে। চাক-ঈশিং চারক-থক্রক্লিবা ঙসি মঙা-তরুকনিমুক শুরে। মানা ঐজ্জাবু উননিংঙি হায়বদগী ঐ পাও অসি ঐজ্জাদা খঙহনবা লাকপনি।*

— *করিনোনে হায়রিসিবো? ঙসি ১০/২০ নি মুক্কী মমাঙদা নৎত্রা নখোয় অনী খোঙউপ লৈখিবদুবু?*

— মীওইবগী দশাবু তম্বা ঙম্বরা চৎনা-চৎনা শিরবা মতমসিদবু। তাঙ্গাদুদা ইমানা শঙ্গোম গ্লাস অমা পুথোরক্লগা বিনাসখীদা শঙ্গোমদু পীরগা হংখি।

— ইবেম্মা সি থকউসে। ইবেম্মাসিনা কনানো?

— নহাক্লবাই ঐগা লাইরিক তম্মিন্নরম্মীশিংনি।

তাঙ্গাদুদা ইমানা শং থেৎচিল্লকই —

— নুংশিদা কাওবা ঙমদদনা লাকইনিসে।

বিনাদু হায়ফেৎ নোকখি। ইমানা মখা তানা —

— ইবেম্মদি য়ুম-কৈ পাল্লবরা?

— পাঙ্গদ্রি ইমা।

— নশকক্নতৌনা ফজরীবা ইচা-ইমৌ ওইজনিংঙিদা। ব্রাহ্মণীরা ক্ষেত্রাণীরা।

— ঐনা ক্ষেত্রাণীনি।

— ক্ষেত্রাণীনি ওইরব্সু কায়দে। ব্রাহ্মণী ওইরগা হৈগী শাজৎ চৎপদুদি ইমাদি পামদে।

— অস! ঐখোয়মাসিমা।

— হায়জসনু কৈদৌগে?

— অদুদি ঐ হংচিং নোংমাইজিং নুমিত্তা অয়ুক ঙন্না লাক্লগে হায়বীরো।

— এ! নোংমাইজিং ঙাইরবদি উনহৌদবস্থ য়াই।

— ফরে ফরে অদুদি ঐ ছুটি চে অমত্তা ইরুখিগে।

হায়রগা ইমুঙ চংলগা নুমিৎ নীনিগী ছুটি চে অমা ইরগা থোরকপদা বিনা শুমাঙদা লেপ্লগা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐনা –

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— *ইমা! ঐখোয় চৎলুখিগে।*

হায়রম্লগা ঐখোয় অনী সাইকল অমমম তোঙলদুনা থোরক্লে। লম্বীদা ঐনা —

— *করি লাইনানি হায়গে?*

— *রাখল লাইনানি হায়। অখণ্ড-অহে অমা-অনী তান্নরুবদস্থ চিনখুম ইমান-মাম্নে হায়। মমা-মপানা হায়বদগী ঐনা থেমদুনা হংবদা মানা ঐত্তাবু উননিংই হায়রকই। ঐনা পাও অসি মমা-মপাদা তম্লুবদা অদুদি অমুক্তা কৌবীরু হায়বদগী ঐ লাকপনি।*

অস্তুম বারী শান-শানা সাইকল থৌরকপনা মোহিনীহৌইগী থোঙ্গাল মপাদি য়ৌরক্রবনি অদুবু ছূটী চেদু বাটাগীদা হান্না পীরুরসি হায়দুনা বাজারদা লাকই। বাটাগী দুকান য়ৌফাৎত্রিঙেদা মফম অমদা —

— *ঐ শ্বাইসিদা ঙাইরমগে নংনা ঐগী দুকান্দা ছূটি চে অসি খরা পীবীরুরো।*

হায়রগা চিঠি অদু মঙোন্দা পীখি। মানা ঐঙোন্দগী চিঠিদু লৌরগা দুকান্দা চৎখ্রে। কুইদে য়াম্না থুনা হল্লকই। মহাক হল্লকপা উবদা ঐস্তু সাইকল তোঙখৎলগা মাগা লৌইননা লাকমিন্নরে। থোঙ্গাল য়ৌরগা বিনাদি প্রপ-প্রপ চঙখ্রে। ঐদি খৌতক তৌদুনা থোঙ্গন্দা লেপ্লী। ঐনা লেপ্পুনা লৈবদু মোহিনীগী মমানা উরদুনা থোক্লগা ঐগী খুদাং পায়দুনা চিংশিল্লী।

— *বামোন ইবুংঙো! ইবুংঙোনা ইচাগী মথৱাইসি অমুক্তা কনবীয়ু।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

ঐনা চুরী মখাদা খোঙউপ লৌথোকপা হোৎনরী।

— (মমাদুনা) *ইবুংঙো য়াওগে য়াওজসনু হেক্তা চঙলকউ।*

— *য়ানি ইমা চঙজরক্কে।*

হায়রগা খোঙউপ অদু লৌথোক্লম্লে। ঐনা হেক চঙলকপা অদুদা মাঙ্গোন্দুদা নুপী-নুপা অহল ১০ মুক ফম্লম্মী। মমানা ঐবু মোহিনীগী কাদুদা খুৎ পাইদুনা চিংশিল্লগা —

— *ইবুংঙোনা ইচাগী মথৱাইসি অমুক্তা কনবা ঙম্না য়েঙবীয়ু।*

ফেজোম শেংপা ইন্নফী ইনবা অহল অমস্থু লৈরম্মী। ঐ মাগী ৱাহৈদু অর্থ খঙদে। মরমদি ঐ মাইবা নৎত্রগা ডাক্তর অমা নত্তে। মমানা ফৈজোম অমা পুথোরক্লগা ঐঙোন্দা পীরগা —

— *ফৈজোমসি অমুক্তা হোংদোকপীয়ু। অতৈদি য়ারে।*

ঐ ভাব মেন ইতা-তাদনা ফৈজোমদু হোংদোকই। অদুগা ঐবু মোহিনীগী ফমাঙদা থারীবা মোরা অদুদা ফমহল্লে। মমানা ইন্নফী অমা ঐগী ইথক্তা কুপ্লোই য়ানবৌই তৌরগা হায়রকই ইবুংঙো ইন্নফীদু ইনশিল্লু। মোহিনীগী কা অদুদা লৈরম্লীবা পোৎচৈশিং – ঘট চফু, হৈরুক-পানা, ধুপ-থাওমৈ, পুর্ণ-পাত্র মথং-মথং উরকপদা মোহিনীসি ঐঙোন্দা কন্যা কৎকদৌরে হায়বা খঙলকখি। ঐ য়াগদ্রা নৎত্রগা য়ারৌইদ্রা? য়ারগনা ঐবু মীনা করি হায়না ঙাংনবা? য়াদ্রগনা মোহিনীনা কমদৌবা? ফরে অদুমঙাইরে করিদি তৌনি হৌজিকপু অসি খল্লদুনা ঐ তুমিন্না লৈখি। অদুদগী মপা কৌশিল্লগা ফমহল্লে। করি করিনো মন্ত্র খরা থীবা হৌখি। ঙাইহাক শোল্লগা মপানা ঐগী খুত্তা ঈশিং হেরে। অহন্দুনা —

*— মমা কদাই চৎখ্রে লাকও হায়য়ু।*

মমা চঙলক্লকগা মচানুপীগী মখুৎ য়েত্তু তপ্না লৌথোক্লগা ঐগী খুৎ য়েৎকী মথক্ত হাপ্লে। অদুগা কুজবগী থৌরীনা পুনশিল্লগা পুর্ন পাত্র অদু থাঙ্গৎলক্লে। অদুদগী অহন্দুনা অমুক শোনবা হৌখ্রে। শোনবা লোইরদুনা মপা, মমা, মচিন-মনাও, বিনাসখী, অমদি মপান্দা ফমহৌবা অহলশিং লোইনা চঙলক্তুনা দান থাদররে। অস্তুম্না ফমাংদুদা মোহিনীদু ঐঙোন্দা কন্যা দান কৎলে। মিকুপ অদুদা মহাক্কী কংলবা মায়থোং অদুদা হরাওবগী মমি অমা তাখি। মরেক মহাও য়াওদ্রবা চিনবাল অদু হায়ফেৎ নোক্লকই। অদুদগী কা মনুংদুদা লৈরম্মীবা মীশিংদু অমা থোকখি অনী থোকখি তৌদুনা ঐগা মোহিনীগদা মঙাইরে। ঐনা মোহিনীগী মখুৎ-মশাদু পায়দনা নান-খোত্তনা মশম মনাগাদু শেমজিন-শাজিন, মমাইগাদু নানবী খোৎপীদুনা তৌরী। মদুদা মোহিনীনা য়াম্না তপ্না-তপ্না —

*— ঐনা হিংলিঙৈসিদা ঐজ্ঞাগী শাগৈদা তীঞ্জনিংবদগী ঐজ্ঞাবু কৌজবনি ৱারৌবীগনু। হৌজিক্কী ঐ শিরকম্ব করিমত্তা চিংনদ্রে।*

মহাক্কী মমিৎ অনীদু পিনা থুম্লৎখ্রে। ঐনা রুমাল লৌথোক্লগা পিনা থুম্লৎলবা মাগী মমিৎ অদু তপ্না-তপ্না তৈথোক্লি। মতাং অসিদা মোহিনীগা হেক থঙনবা মনাও নুপীদুনা শঙ্গোম গ্লাস অমা পায়রগা কা অদুদা চঙলকখি। মানা শঙ্গোম গ্লাস অদু ঐঙোন্দা পীরগা নোকখি-নোকখি তৌরদনা --

*— ঐজ্ঞা কৌগদ্রা ইতে কৌগদ্রা শঙ্গোমসি থকপীয়ু।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

হায়রল্লগা খুৎলৈ থুনা থোকখ্রে। মহাক ঐবু উবদা নোক্লিংবৌহ করিবৌহ তৌবা মাল্লী। ঐনা মঙোন্দগী শঙ্গোম গ্লাসতু লৌরগা সাইড টেবল মচিদুদা থম্মী। অদুগা হান্নগুম মোহিনীগী সেবা অমুক তৌই। ঙাইহাক লৈরগা মোহিনীনা য়াম্না তপ্না —

— *শঙ্গোমদু থকচিনবীরো ইংখ্রনি।*

— *ও! বাখন্দা কাওবু কাওরুরে।*

হায়রগা শঙ্গোমদু থকপা হৌই। শঙ্গোমদুস্তু খরা ইংলম্লদুনা ঐনা খরা থুনা থক্লম্মী। ঐনা শঙ্গোমদু য়াউম ২/৩ থক্লবা মতুংদুদা মাগী মখুৎ অদু থাঙ্গৎপৌই করিবৌই তৌরকখি। মদুদা ঐনা ঙক নোঙ্গরগা —

— *করি হায়বনো? শঙ্গোম থক্কে হায়বরা?*

ঐগী বাহংদুদা মহাক মঙক নোমখি। মদু উবদা ঐনা শঙ্গোম গ্লাস অমত্তা পুরকউ হায়গে তৌবদা মানা ঐগী খুৎ অসি ফারগা ঐনা থক্লিবা শঙ্গোম অদু খরা থক্কে হায়না ইঙ্গিৎ তৌরকই। ঐনা মঙক অদু খরা থাঙ্গৎপীরগা য়াম্না নিংজিং মাংজিংননা শঙ্গোমদু মঙোন্দা ইনবীবদা য়াম্না হরাওনা থকখি। ঐনা মাগীদমক্তা হোৎনরিবা পুন্নমক অদু বিনাসখী অমস্তুং মোহিনীগী মচিন-মনাওশিংনা থোঙ্গী থোঙদাইদুদা য়েংলী-বৌইদনা। মোহিনীনা শঙ্গোম থকখিবদু উবদা খঙহৌদনা বিনাসখীনা —

— *অনাবা ফরনি।*

মতাং অদুদদি মোহিনীনা ঐঙোন্দগী পারা অমা হেনখ্রে। মরমদি লুহোংবা নুমিত্তদি বরনা চাকগী অরেম্বা চাক অদু কন্যা অদুদা মরু অমত্তং ওইরকস্লু পীজে হায়নৈ। অচুম্বরা চুমদবরা অদুদি খংদ্রে। মরম অসি লৈবদগী ওইবা তাই মোহিনীনা ঐনা থকপা অরেম্বা শঙ্গোম থকখিবদু। অস্তুম্না মাগী সেবা ঙাইহাক তৌবীরগা ঐনা —

— *ঐ অমুক চৎলগে হায়খি।*

মদুদা মানা ঐগী খুৎ অসি পায়রগা য়াম্না তপ্না

— *হোরেলস্লু খরা লাকপীয়ুকো হায়রকই। মহাক ঐগী খুৎ অদু থাদোক্লমদে।*

অনাবা মানা ঐগী খুৎ পাইদুনা খাম্বদা ঐ খোঙফম অমা লেঙবা ঙমখিদে। ঐনা অনাবা হেক্তিখিকস্লু য়াই খল্লদুনা —

— *হোই-হোই লাক্লে হায়খি।*

মদুতদা ঐগী খুৎ অদু থাদোরকখি। মানা ঐগী খুৎ থাদোক্লবদুদা ঐ মপান থোরক্লে। মতমদুদা ঙশাই মাঙ্গোন্দা ফমহৌবা মীশিংদুস্লু লৈরমদ্রে। ঐনা মাগী মমা-মপা অনীদু ব্যবহার তৌরম্লগা থোরকপদদি পুং ১১-৩০ তারম্লে। ঐনা —

— *ঐ চৎচরগে হায়রকপদা মমানা — ইবুংঙো! মোহিনীনা নাবা ফৎত্রিফাওবদদি খরা তৌইনা লাকপীখোকো।*

— *হোই-হোই ইমা করিগী লাক্তদগে। শোয়দনা লাক্লনি।*

হায়রম্লগা য়ুমদা লাকখি।

লম্বী চৎনা-চৎনা ঐনা খনখি। মোহিনীনা নাবা ফৎত্রিফাওবদদি খরা তৌইনা লাকপীখোকো। হৌজিক মাগী

মচানুপীসি ঐঙোন্দা কন্যা কৎলে। নাবা ফরগনা পীরৌই হায়রিবরা নৎত্রগনা বাঙাং শোয়খিবা জাৎলা। অর্থ অমা লৈবগুম তৌইদা।

নুমিদাংবাইরমদা ঐ মোহিনীখোয়দা অমুক চৎলম্মী। মদুদা মমানা ঐঙোন্দা —

— *ইবুংঙোম্বু য়ৌরক্লেদনা। নচম্না ইবুংঙোবু অহিং লেকহন্নিংবগুম্বা অমা তৌইনে কমদৌশিগে?*

— *ইমা লেকপবুদি য়াই করিম্বু কায়দে। অদুদা ঐনা সিদা অহিং লেক্কুনা লৈরগা ইমাদুনা য়ুমদুদা মথন্তা লৈহৌগদবদু। অদুগা থোকখ্রিবা থৌদোক অসিম্বু ঐনা ইমাদা তমদ্রিদো। অদুনা মফমসিদা অহিং লেকপদি কায়া নুংঙাইগদবা মান্দে।*

— *এ! অদুগীদি করিম্বু কায়বা লৈতে লৈকায় খঙনা অমদি ইচানা য়ানা তৌখিবনীনা। অমরোমদা মী অমগী পুন্সি কনবীবনিনা করিশু কাইদে।*

— *অদুদি ঐ মাবু (মোহিনীবু) অমুক্তা উনরমখিগে ঐ লাক্লে খঙননবা অদুগা ইমাদা পাও অমত্তা পীরুখিগে।*

— *ফরে-ফরে অদুমহাইনা চৎনা-থোক্লা খরা তৌরসিকো। চংঙুরো-চংঙুরো ইমা অশ্বাইফাওবদা চখোক্লুখিগে।*

হায়রম্লগা থোকখিরম্মী। ঐনা চংলকপদু হেক উবদা মানা য়াম্না তপ্না হায়রকই।

— *লাক্তি লাকপীরেদনা।*

— *নংবু উননিংবনা খাওবা ঙমদ্রদুনা ঙন্তানা লাক্রবনি।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— *হৌজিক্তি নাখে অমা শেঙলবনিনা চঙথোক চঙশিনগীদি নুংঙাইরনিদা। হকচাঙ অসি খজিক্তুং কনখৎলবদি ফগাদবা।*

— *চাক-ঈশিংগাদি কমদৌবা?*

— *চাক্তি মরু অমত্তা চাবা য়াদে। চানিংদে। ঙশাইদগী শঙ্গোমদি অনীরক শুরে থক্লিবা। ঐত্তা লাকপদগী ওইরমাম্বে চাংস্লু খরা হেন্না থকখি।*

— *হোয়নে নমিং ননাদু খরা শিংবদৌনা উইনে। বাখন্নরা খঙদ্রে। মীওইবসি বাখলগী মখা পোন্না হিংবা ঙাক্লিদা। অদো নাবা হেক ফবগা নুমিং অফবা অমা য়েংলগা নংবু ঐগী য়ুমদা পুরগনি। ঐগা লৈমিন্নরগদবনি। করিমত্তা বারুরগনু। ইমাদস্লু নংগী বারী তম্লবনি।*

— *ইমাদি করি হায়? ঐবু অদু-অদানিককা হায়দ্রা?*

— *অদুগী বাদি য়ারদি খরা থুনা পুরক্লবা তৌরো হায়রিপোৎনি। বিনাসখী খঙবনি। ঐনা ফীভম ফৎত্রী হায়দুনা খাঙবনিদা।*

ঐগী বাদু তাবদা মহাক য়ান্না হরাওখি —

— *নাবসি খরা থুনা ফনিংখ্রেদা।*

— *করি করিদি চানিংঙি? চানিংবদু হেক্তা হায়য়ু ঐ পুরক্কে। অনাবসে চানিংবা অমা খোইদানা চারকস্লু ফৈ হায়নবা লৈবনিকো।*

— *ঐ অসিমা হায়বা লৈতে। ময়ান্না সি ফৈ হায়বদুদা তৌবীয়ু। ঐনা পামজবদি নহক্কা লৈমিন্নজবা, হাওবা-হাওতবা নহাক্কা চামিন্নজবা পামজৈ।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্মা ফৈ

— *চাক্কাদু চাবা য়াব্রা খরা য়েংউনে। চাক্তু চাদ্রিমখৈদি ইকন-কনখৎখিরোইনে।*

— *অদুদি ঙসি ঐজ্ঞাগী মাংদা চাক্তু চাবা য়াব্রা য়েংগে।*

— *ফরে-ফরে ঙসিদি ঐ নঙবু শঙদুনা লৈরগে।*

— *অদো য়ুমদদি?*

— *ঐ য়ুমদা ঙাইহাক্তং চৎলগা ইমাদা খঙহন্নুখিনি।*

অসি হায়রগা মাগী কাদগী য়ুমগীদমক্তা থোরক্লে।

---

য়ুমদগী হল্লক্লগা মাগী চাক চাননবা হোৎনরে। নুমিৎ অদু মহাক নাবদগী অহানবা চাক চাবা নুমিৎনি। মহাক চাক চখোম অচৌবা অমরোম চাখি। মদু উবদা ঐনা —

— *ঙসি খরা, হয়েং খরা মরাইনা চাজরক্নি।*

অস্তুম্না ইরাই, থাংজ, নোংমাইজিং নুমিৎ হুম্নি খক থংননা অঙাংনা লাইখিবী শান্নবগুম্না ঐ মাগী য়ুমদা মাবু অনা-লাইকম্নদুনা লৈখি। নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদগীদি মাম্তু চাক খরা খরা চারক্লদুনা খরা কনখৎলে। মথবাই নুংঙইতবদগী চামন্দদনা হেক নাবা জাৎনিদা।

মানা খজিক্তং মমাই-মমিৎ পাঙবদগীদি ঐম্তু মখোয়দা চৎপা অদু খরা খরা তাম্লক্লে। ঐনা খনখি — হে! লায়রবা পাঙ্গল থোকখিদ্রেদা — য়ুম শক্তাসিদা মাগা লৈমিন্নবা হায়বসি ইকাইজেদা — য়ুম মচা অমত্তংদদি শাখিগে অদুগা পুশিন্নগে।

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

নংত্রবদি হেন্না নকশিন্নমনখিদুনা বা কায়রকপা য়াই খল্লদুনা ঐ মাগা তৌইনা উনরুদ্রে।

১৯৭৬ কী এপ্রিলগী অরোইবা চয়োল অদুবাইদনি। নুংশা য়াম্না শাবা মতম্নি। দুকানস্তু মী ইচঙ চঙলক্তে। নুংশাদুনরা কৈনো। পুং ১-৩০ মুক তারম্মনি। মেনেজরস্তু ময়ুমদা চাক চাবা চৎখিবদা ঙাইরি। তাঙ্গা অদুদা বিনাসখী ঐগী ইনাক্তা লাকখি। নুমিৎ অদু থাংজ নুমিৎনি। বিনাসখীনা দুকান্দা চঙলক্লগা ঐঙোন্দা —

— *ঐজ্ঞা মোহিনীদু থবক খল্লে। নাবস্তু ফরে।*

— (য়োম্না হরাওনা) *করি থবক্নো?*

— *কলেজ ওঝানি। ঐজ্ঞাবু মাগী ময়ুমদগা ইরাক-লাক্তবগী বাগাস্তু ঙাংলকই। ঐজ্ঞানা অদুম্না লাকপীদবদুদা মীনা মঙোন্দা কেনা-কেনি ঙাংনবীবা য়াওবরা ইকাইবনা মপান থোকপা ঙমদ্রেস্তু হায়রকই। অদুনা হয়েং নোংমাইজিং নুমিৎসি পুং ৪ গী শো য়েংলুসি খরা ঙস্নপ্পা মাগীদা লাকপীয়ু হায়রকই। পাও অসি তমগে লাকপনি।*

— *নঙদি থবক তৌরব্রা?*

— *ঐগীদি হায়দোক্তি।*

— *অদো নংস্তু য়াওনা ঐখোয় অহুম পুম্না য়েংলুসিদনা।*

— *এ! মীগী ফেমিলী এফিয়ারদা — হুম! মদু কোম্ন খম্নরসি* হায়রম্লগা চৎখ্রে।

নোংঙাল্লে। নোংমাইজিং ওইরে। ঐগী থবক ইনখাং পুম্নমক লৌইশিল্লে। পুং ৩গী অদুবাইদা মনমোহিনীখোয়দা

য়ৌরে। ঐনা তোংলকপা সাইকল অদু শুমাঙ মচি অমদা থনম্লগা মাঙ্গোল কাখৎলি। মাঙ্গোন্দা হান্ননা লৈরম্লবা মোরা অমা ইশানা লৌজরগা ফমজে। ঐ লাকপগী শহুম তাবদা মোহিনী মমা ইমংদগী থোরকই। ঐঙোন্দা কৌদে। মাগী মাইথোঙ অদু গরম খরা কাবা মাল্লী। ঐনা —

— *ইমা মোহিনী বু?*

— *খোন খরা কল্লম্লা*

— *লৈবনি। সিনেমা য়েংউনি হায়বরা কেরিবনি।*

ঐঙোন্দা ইবুংঙো নং লাকইবরাগাইদনা কৌরম-লাকঅমদনা য়েন্নখারোমদা চৎখ্রে। ঐনা নিংঙাইবা লৈতনা মোহিনীগী কাদা চংশিল্লী। মহাক ফী শেৎপা লৌইরদুনা মিংশেন অচৌবদুদা মনিং-মমাং চেপথ-চেপথ য়েংদুনা লৈরম্বদু উবদা ঐনা —

— *ফজরে-ফজরে লাইরেম্বীদু ঙাইরে* (হায়না ফাগী তৌখি)*। থেঙখ্রনি চংশি লাকও।*

হায়রম্লগা মপান থোরক্তুনা শুমাঙদা চৎপোই করিবোই তৌদুনা মাবু ঙাইরি। অস্তুম তৌরিঙেদুদা মাস্তু থোরক্লে।

— *সাইকল্দু থম্বীরম্মো। রীক্সোদা চংলসি।*

হায়রকপদগী ইবান্নী তুংথ-মাংথ থোকমিন্নরক্লে। মমানা শুমাঙদগী লাওরকখি —

— *সিনেমাদো থেঙ্গদবা ওইরদি লৌইদ্রস্তু কোক লাকউকো।*

নুমিদাংগী পুং ৭ মুক তাবা অদুবাইদা সিনেমাদু লৌইরদুনা ঐখোয় থোরক্লে। ঐনা রীক্সো অমা ফাগে তৌবদা মানা —

— *খোঙনা হঙচিক লাংনা চৎখ্রসিদা।*

— *অদুনদুম ফরদ্রা।*

হায়দুনা ইবান্নী খোঙনা য়ুমদা হল্লক্রম্মী। লম্বী চৎমিন্নবা অদুদা মাগা ঐগা য়ান্না নক্কনা চৎমিন্নে। ঐগী খুৎ ওই অসি মাগী মখুৎ য়েৎনা পায়রগা শম্নদুনা চৎমিন্নরম্মী। খরা ঙাল্লন্নবদি ঐ য়ারম্লোইদবনি। মন্নবদুদদি ঐস্লু য়ারে। চৎনা-চৎনা মানা —

— *আ - - ঙসিদি বা অমত্তা হায়জগে হায়ববু য়াবীগদ্রা?*

— *করিনোনে হৌজিকপু হায়জবা-খোৎচবাগাইদনা অমুক লৈরীবরনে? হায়নিংবা বাদু শৎ-শৎ ঙাংনরগদবদা?*

-- *মহৌশাগী কিন্দো কিজদুনা অয়াবা অমা লৌজবগী বানিদা।*

— *তন্দ্রা হৌজিকফাওবা কাওদ্রিমান্নে। মদুদি নুংশিমনবদগী ফোঙদোকপদি ঙমদবা হায়ফম তৌফম খঙদদুনা তৌখিবনী। অদুগী শাওরীরো? শাওনিংলগা শাওজরো হৌজিক্তী ইখুৎ চম্লেদনা। ঙাইখোনে নংবু কলেজগী ওঝা খঙ্গে হায়না তাইদা চুমবরা?*

— *চুম্মী। কনাদগী তারিনো?*

— *বিনাসখীনা হায়রম্বনিদা।*

— *হয়েংদগীদিনে খোঙউপ য়োনবদো তোকপীরো।*

— *করিগী?*

— *সে অদুবুরো ঐনা খোঙউপ লৈবা লাকপদা ঐত্তানা ঐগী খোঙ পাইরগা খোঙউপ তোঙশিনবীখিবদো অদুদগী ঐসে নাবা হৌখ্রবনি। করিনোনে তৌরিসিবো হায়না খন্দুনতা লৈখ্রে। মী পুম্নমকস্তু অদুম্না তৌনরিগদ্রা। ওল্লোক্রা তোম্না হিংলেদকো খংনবদা চাবা থকপা অমত্তা য়াখিদে। ঐগী*

ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

*ইশ্বরমক্নি খন্না সেবা তৌজগদবা নহাক্না ঐগী খোঙ হেক পায়বদো ঐ শ্বাই-শ্বাই লাওখি। ফীজি-ফীনানা শোকখিগদ্রা খঞ্জদুনা শেৎলিবা ফীদু ফাওবা থাঙ্গৎচখিবনি। অদুগীন্সু মথক্তা মেনেজরদুগী বাঙাং শাঙাং অদুনা ওহ্নোক্না লুজখিদ্রিবা। ঐ তাবদা য়াম্না বাখি। মদুমক্না ঐ লাইমন ওইখি।*

— *খক্সুরনুদা হিংবা ঙম্নবা পংহোং হোৎনবা হায়দুনি।*

— *ঐনা মতমদুদা থবক অমত্তদি তৌরগা খোঙউপ য়োনবসি তোকহনগে চপ য়ুংনা খনখি।*

— *এ! য়াম্না নুংশিবীরম্মীবা জাৎনিনা।*

— *নুংশিজে নুংশিজে অদুনবু নারিবনিদনা। করিনোনে হায়বীরিসিবো? মীনা ঐঙোন্দনে বামোন ইবেম্মা হকচাং খরা নুংঙাইরবরা গাইদনা হংঙকইপোৎনিকো। ঐনা মপাহ্নোংদদি ইকায়বগা শারগা পুক্নিংদদি হরাওজারিবা।*

— *অদো ঙসাই চৎলমদাইদা নখোয় ইমানা ভোলুম বাংহৌরিদু করিগীনো?*

— *ও! ঐজ্ঞাগা সিনেমা য়েংবা চৎকনি হায়বদুদা তৌরিবা। কম্না শাওকন্নু ঙমদ্রিবা।*

— *অদুদি নাবা ফরদুনা পীনিংলক্তবগী বারা?*

— *এ! অদুগী ওইরম্লোইদা। চুম্না মচা-ময়া ওইরবদুদা হায়জবা ওইরমগনি। মখোয়না পীদ-লাক্তবকা য়াপোৎ নত্তে। ইখোঙনা থোংনা লাক্নগা লৈরদৌরিনি।*

— *সবাস! নপাও তাবদা পেন্নীদা।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

— *শোয়দি শোয়বীনুকো।*

— *হায়বীরিসিবু করিনোনে?*

— *কনানা খংনি ইবেম্যা? হৌজিক্কানসিদি মঙারক চেক্লুরফাওবদা হোংনরিসিদি। ঐনা য়াম্না চিংনবা অমা লৈরীকো।*

— *করিনো? হায়য়ু তাসিনে।*

— *নখোয় ইমাগী 'বামোন ইবুংঙো। ইচাসিনা নাবা ফংত্রি ফাওবদি খরা লাকপীখোকো' হায়খিবা বাদো ঐ কাওবা স্নুকঙম ঙমদেকো। মরমদি নাবা ফরবদি লাক্রকস্নু য়াবগী বা ওইনা তৌইদা।*

— *করিনোনে? হৌজিকপু 'অ' দগী অমুক হৌগংলক্লিসিনা। মখুৎমক্লা কুজবা পুন্দুনা কন্যা কংখ্রবদুবু করিগী চিংনরিবা? অস! মদুই বাদু তোকসিদা খোইদৌ শাওগংলক্লদৌইদা। অমুক নাদনা তোক্লরনিসে।*

— *ও - ফরে-ফরে নাদৌ শরুক তোকঅসি-তোকঅসি।*

— *ঐনা বা অমত্তা হায়জগে খনবদু কাওখিদৌরে।*

— *হায়রো-হায়রো করি বানো?*

মানা নোকখি-নোকখি ইকাইরপ তৌনা —

— *সে ঙসিদিনে ঐগীদা পোখাররুসে হায়বা।*

— *লাইবক ফবনি।*

— *অস! তঞ্জরেদা। ঐনতা পঙখন্দা খঞ্জবা মীনদি খনবীদবা জাংনিনে।*

— *এ! মীগী ময়ুমদা লৈজবা পাখং অমবু ফারগা কন্যা কৎকনি হায়বদা হেক্তা য়ারক্লিবসিবু করিমত্তা খন্দে হায়বা নচিন্দুবু ঙম্বু ঙম্মীনে।*

— *অদো ঐনা হায়বদি নংগী নুপীনেনা লৈরগা নোংমতা বারী বাতাই অমত্তম্বু শামিন্নদে। খরা তোইনা লাকখোৎম্বু তৌবীদেদো। মীনদি অদু-অদা হয়না পংঙাংদ-ঙাংনৈদো। অদুগা কুইনা উনদ্রবদুদা কনানা খঙগনি কাওবীখ্রখদ্রা খঞ্জদুনা পাখৎচরিবা। য়াম্না কাইরবরা?*

— *কাইদে-কাইদে।*

— *থবক্লেনা নোং ঙানবদগীনা আ পুং ৯/১০ তাবা ফাওবা করিবু তোংজরিগে? ঐবু যক্তে হায়বীনুকো ঙসিদি ঐগীদা পোখাবীখিদবা য়াদ্রে। পুন্সিসিদা নোংমথক্তা ওইরকম্বু ইপুক্লিং অসি পেন্না সেবা তৌজনিংঙিবসি কুইরবনি। ফংলরোইদরা খল্লুরবনি।*

— *ইমা-বাজী, অঙাংশিংগী মমাংদা ইকায়জদ্রা?*

— *ইকায়দে। ইকায়রিঙেদা মীনা মুনথ্রদি কমদৌবা? ঐগীনিস্বু মহায়বা, পীরেম্বু মহায়বা, উন-খোৎনদনা লৈমিন্নকম্বু তৌদবা পুক্লিংসে ইরুম লুমজদে।*

মতাং অসিদা মখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরম্লে। ঐখোয়গী বারীস্তু লোইশিন্লে। মানা মাং থারদুনা ঐ মাগী কাদা চংমিন্নরম্মী। ইমুং হেক য়ৌবগা মানা ইল্লিবা ফী অদু লৌথোক্লগা থুপচিন্নমম্মী। ঐস্তু ফমগে হায়দুনা মনাক অদুবাইদ মোরাগা লৈব্রা কৌইয়েং য়েংলম্মী। মদু উবদা মানা —

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— *করি য়েংবীরিব্রনো?*

— *ফম্মনবা মোরাগা লৈব্রা য়েংবনিদা।*

— *ঐগী ফমুংদুদা হেক ফম্বীরো।*

ঐ মাগী ফমুংদা খোঙ য়াম্বুরগা ফম্মমম্মী। মানা ফীদু থুপচিনবা লৌইরগা উপু মনুংদা হাপচিনখ্রে। অদুগা উপুদুদগী খুদৈ অমা লৌথোরক্লগা ঐঙোন্দা পীরগা —

- *খুদৈসিনা ফীদু হোংদোকপীরো।*

ঐনা মঙোন্দগী খুদৈদু লৌরগা ফমুংদা থম্মী। মানা তৌরিবদু য়েংদুনা অদুম লৈরম্মী।

অদুগা বারী অমনা:— মতমদুগী চৎনবীসি মপুং মরৈ ফারবী লৈশাবীনা চখোক-খোত্তোকপা মতমদা মানা-মানা পামজবা চাদর নৎত্রগা ইন্নফীনচিংবা ইন্নরম্মী। অদুগা ইন্নীবা ফী অদুস্তু নীংদু কুপ্না চেকশিন্না ইন্নবগী চৎনবী লৈরম্মী। কনাগুম্বী মমান্নবীনা লৈকায়দা অশ্বাহি ফাওবদা ঙাইহাক্তা চৎমিন্নরুশিগা হায়রক্লবদি ঐ ফী য়াওদে ইকায়জেগা হায়নরম্মী। করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বী অমনা শেৎলীবা ফনেক অদু কা হেন্না চোন্না শেৎলগা লৈবাক্তা চিংদুনা চৎলবা, ফনেক শেৎপা মতমদা ফীজিন অদু মচিন মখা মান্নদনা শেঙ্গম ফৈরেংননা শেৎলবা, ফনেক অদু খরা চোম্লপ শেৎলগা ফৈগনগী অদুবাইদগী ফীদু খুৎনা খিত্তং চিংখত্তুনা চৎলবা, চৎপা মতমদা ফদ্রৎ-ফদ্রৎ হায়না ফনেক অদু মখোল থোক্লা চৎলবা, ফনেক অদু খোইহ খুমদনা শেৎলবদি ফনা নান্দুনস্তু মহাকপু ফীজেৎ চাকচা লুদবী নুপীনি

হায়না ঙাংনরম্মী। মদু উবদা হায়ঙম তৌঙমদবী কনাগুম্বী অহল খরা ওইরবীশিংনা চখোহে ফীজেৎ চাকচা অদুক লুদববু ইচা-ইমৌগা ওইজনিংদে হায়নবগম্সু ময়াওই। অমুকম্সু হায়স্কুল অমদি কলেজনচিংবদা লৈশাবীশিংনা মখোয়না শেৎলী-ইন্নীবা ফনেক-ফীরোন্দু কোমথ-নাম্থরকপা য়াওরবদি ফক্লাংগুম্বা মী লৈতবা মায়কৈদা ওনশিল্লগা শেমজিন-শাজিনবা ঙাক্তনি। অদুগা মতমদুদা লীৎনরম্বা ফুরীৎ অদুম্সু ঙকশম কাহেন্না কোথোকপা নৎত্রগা কৌবা তৌনরমদে।

অদুম ওইদুনম্সু নুমিৎ অদুদি ঐবু কনা নত্তে খনবনরা নৎত্রগা কালেনগী ওমচাক্লবা অদুনরা মোহিনীনা অদুগুম্বা ফী-রোলগী চেকশিন-খোইজিনবা থৌইনা লৈরমদে। মানা ঐঙোন্দা খুদৈ পীরবা মতুংদা ফীয়ানখোক অদুদগী অশংবা মচুগী শৃৎ-শৃৎ নানবা দুক্কান ফনেক মানবা অমা লৌরগা মানা শেৎলীবা ফনেক অদু হোংদোক্লম্মী। অদুগা হোংদোক্লবা ফনেক অদুবুনা চাওথুপ থুপ্লগা ফীয়ানখোক অদুদা য়ানশিনখিরম্মী। মতুং তারকপদনা ফনেক অদু ফীদোন চিংখত্তুনা শেৎলগা হান্ননা কোচি লৌথোক্লবা মাগী ফুরীৎ অদু ফীগাগা কোন্ননা শৎ লৌথোকখ্রে। মদুম্সু ফীয়ানখোক অদুদা অদুম য়ানশিল্লগা কৌইয়েং য়েংই। অদুগা মোজাফুরীৎকুম্বগী ফীদা ওইনা তৌবা লৈ মচুগী শেগ্রাক কোথোকপী ফুরীৎ অমা লৌরগা শৎ লীৎশিনখি। ফুরীৎ অদু হেক লীৎশিনখিবদা ফীদোন চিংখৎলগা শেৎলম্বা ফনেক অদু মতোমতা শৎ নাম্থহনখ্রগা খ্বাংদা থক হেক্ত পলহল্লী। হৈখ্রেদা। লীৎলবা ফুরীৎ অদু মখুৎনা চিংথ-খোথদুনা শেমজিন শাজিল্লী।

অদুবু পংচোন্দি চোম্থরকখিদ্রে। মথংদা খুৎ নাম্থনা পাইবদা থুংফাৎত্রবা মাগী মুরবা শাংলবা মশম অদু খরা বাংলপ্লা পুনখৎখ্রে। শাংতক তারবা ফজরবা ঙকশম অদুদগী তারক্লীবা সনাগী মরী মচা অদুনা মানা অরেং খুদিংগী মিৎয়েংফম অদুদা থরো-থরো ওন্দুনা শাম্নরীবা অদুস্থু মথেল অমনি। ফম্নপ তারবা লেংজুম অদুদগী লৌইরৌই-লৌইরৌই পুম্থুম তাথরক্লিবা পাম্বোম অনী — খুদাং অদুদা শিরীবা খুজীগী মখোম্না গ্যাও-গ্যাও — ফজরবা মিৎয়েংফম অদুনা উশোই লৈহৌগুম ইনখৎলক্লিবা নাপোম অনীদু পীক্লবা ফুরীৎ অদুনা লৈচিন্না লৌইবীবু কুপকে থৌরাংবা চীংদোন ফীরুক্করগা তোকপগুম থুংদ-নমদা কুপ্লিবা — তেক্লপ তৌরবা য়াংলেন - চেংতক তৌরবা শ্বাং — কুত্তক্লবা খোইদৌ মথং-মথং — ঐ মঙাইরে মতাগুম নৌই-নৌই তাথরক্লিবা ইপোমনরবা তুংয়ান — মদুদা য়েংজবদা ইশানা ইশাবু কাওজখি। মিৎফম হোংবা য়াখিদে। ঐনা থাবনা মবাৎলগদবা ওম্থোক্লা চুঙ-ফীরান চানা নোংদম্বা মানা শেম্বীরক্লবা মহাক্কী শাবাম্নি। থোইনা কা হেনবা য়াওখিদে। অদুদগী মহাক চাকশঙলোমদা চংখ্রে। মানা চাকশঙদা চংখ্রিঙৈদা মাগী মমাদু ঐগী নাক্তা চংলক্লগা —

*— ইবুংঙো। থেংদ্রিঙৈদা য়ুম য়ৌনবা তৌহৌরো। ইকায়খৎদবীসিনা হায়বা য়ারুন্নু ইবুংঙোগী মায় খুগনি।*

হায়রম্লগা শৎ অমুক থোক্কখ্রে। মমাগী বাহৈদু তাবদা ঐ বজনা কোকথক্তা তাবগা চপ মান্নখি। বাঙাং অসিবু করিনোনে। ঐ খনফম খঙখিদে। বাহৈদু নাকোং অসিদা হম্ন-হম্না ঙংদুনা

তরং অমদা লৈখি। ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না শঙ্গোম গ্লাস অচৌবা অমা পুথোরক্লগা ঐঙোন্দা পীবদু ঐদি তরং চৎখিদুনা উহৌদ্রে। ঐনা শঙ্গোমদু ইরৌ মরৌদ্রবদুদা —

— *করি খনবীরিবনো হায়না হংবা জাৎনি।*

ঐ বাহে অদু তানা-তানা লৌশিনফম খংদদুনা —

— *হা! করিবো?*

য়াম্না ইংনা তপ্না —

— *শঙ্গোমসি অমুক্ত থকপীয়ু। হকচাঙদু ইচোক চোকথনা উরে হায়জবনি।*

— *ও! য়ানি।*

হায়রগা ঐনা মাগী মখুত্তগী শঙ্গোমদু লৌরগা লুখুম ওইরপ্পা থারিবা সাইড টেবল মচিদুদা থম্মী। অদুগা মঙোন্দা অমুক মুম্না য়েংদুনা লৈখি। নোকমি-নোকমি তৌরদুনা —

— *কৈনো? ঐঙোন্দা স্বুম য়েংদুনা লৈবীরিসিবো? ঐবু শক খঙবীদ্রবো?*

ঐনা স্বর অমুক্তং শাংনা হোন্দোক্লগা —

— *উম! ঙসিদি নঙসে নশাক খংদ্রে। চুং-ফীরান চারবা নঙগী শাওং-শাদা অসি য়েংলিবনি। নঙনা অস্বুম্না তৌরক্কনি হায়বসে ঐ থাজরব্দ্রে।*

হায়ফেৎ নোক্লগা ঐগী ওইরৌইলোমদা ইনাক্তা ফমুং অদুদা ওস্থোক্না নক্না ঐঙোন্দা থেঙজিন্নগা দক ফমজিন্নকখি। কাংথোন অদু ক্রেক হেক লাওখি। ঐ খন্না হন্দোকখি। অদুবু মানা অমুক চঙশিন্নকখি। হন্দকমুক্তি ঐ হন্দোক্তনা অদুম

লৈরে। ইবান্নিনা ফৈবোম কাগুপ তানা ফম্মিন্নবদু মাংদা থেংলিবা মিংশেন অদুদা মমি তারম্মী। মখুৎ অদুনা ঐগী ওইথংবা লেঙবান্দা পায়রগা ঐঙোন্দা ঙাথরপ তৌরগা হায়রকখি ----

— *ঐসে নঙগীনি।*

— *নঙসে ঐগীদি ওইদৌবা মান্দ্রেবো।*

— *অদুদি কনাগী ওইদৌরিবা?*

— *কনানা খঙগনি? অওইবা অমগী ওইখ্রেদনা। অদুবু হেক্তা হায়বা ঙম্বা?*

— *অস! কদাইদা শোইখিগদগে খন্দুনা অশুক বানা হোৎনজরীবা অসিদা করি-করিনো হায়বীরিসিবো?*

— *ফাগী তৌবনিদা। নংগীদমক্তা ঐ লৈরিসিদি।*

হায়রগা খুৎ ওইনা মাগী শম্বুল অদু হাইফেৎ পাইরুই। ওম্থোকপনি! মদুস্তু উরু-রু লৈরগা নিংখাইদুনা মনঙ্গল অদুদা চৌইজাইননা তারকখি। খুৎনা অস্তুম নাম্থদুনা মরেঙবান্দুদা মাবু হায়ফেৎ কোনশিল্লুই। পংকন-কন্না কোল্লুবা নত্তে। চথোক্লুবা হঞ্জিন্নকপা মমাবু উবদা মচানা চেনশিন্দুনা কোনবগা চপ হেক মান্নখি। মহাক্কী থোৎলবা মোন-মোন লাওরবা হকচাঙদুনা ঐঙোন্দা থেংলকপা, নুংশিরবা চেঙহী মনম, ঙাংলি-ঙাংলিরবা মমাই অদুদা লেক চারবা চন্দম্না ঐগী পুক্লিংবু অমুক্কস্তু ইনিল হৌহল্লী। তাঞ্জা অসিদা মাগী মনাওনুপীনা —

— *ইচে। চাক লোইরে পুরকপা য়ারদ্রা?*

# ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

খোঞ্জেল অদু তাবদা ইবাম্নিমক চপ মাম্না খঙপ্রেক খঙখি। ঐঙে দা কোম্নম্বদু শাং থাদোক্লগা ঐখোয় অনীমক খরা-খরা হন্দে রগা ফমখি। অদুগা মানা —

— র রে-য়ারে।

মাওনুপীনা মথঙ-মথঙ চাক চালুক অনী ঈশিং-মাইশিংগা লোয়না পুশিল্লক্লগা ঐখোয়না লৈরীবা কাদুদা থনম্লগা থোকখ্রে। মতুংদা মোহিনীনা —

— *ঐজ্জা পীজগে খন্দুনা ঙা মচা থোংহনবনি। হঙ্গৈইগদ্রা হঙদে। চফু-উযানগা অহনবা ঙাক্তনি। চাখুম চন্দবনি। ইহে। শঙ্গোমদু ইংলম্মনি থক্তোকপীরো। ফীদুস্লু হোঙদোকপীনবা তৌবীরো। মা মথন্তা পংঙাংদা ঙাংলি।*

এনা ঘড়ী য়েঙলগা —

— *এগী থমোয়গী প্রানেশ্বরী। হৌজিক পুং ৯ তাদৌগরে ঐ। লগে।*

— *বিগীনোং ঐনা তৌজরিবসিদা পেন্দবা অমদি নুংঙাইতবা রি লৈবীরবগে*

— *পেন্দবা অমদি নুংঙাইতবা অমত্তা লৈতে, ঐবু অস্লুম্না তৌবীবা য়াম্না নুংঙাইজে। অদুদা —।*

— *অদুদা কৈদৌরবা'*

— *না চাকশঙদ শঙ্গোম শেম্না চঙখ্রিঙেদা নংগী ইমানা এঙান্দা —ইবুংঙো। থেংদ্রিঙেদা য়ুম য়ৌনা তৌহৌরো। ই কায়খংদবীসিন হায়বা য়ারুস্লু ইবুংঙোগী মায় খুগনি*

*হায়রম্মী। অদুনা নংনা ঐগী সেবা তৌরিবসি ঙসিনা অহানবা অমম্বুং অরোইবা ওইরগদ্রা খল্লক্লে।*

মানা শকফম হঞ্জিল্লগা —

— *করি ৱানোনে তাকপীরিসিবু ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে।*

— *ঐদি লাইরবা লৱাই মচানি। মরম অদুনা নঙগী ইমানা ঐবু পামদে। মফম অসিদা লৈহন্নিংদে। মোহিনী! ঐ চৎলগে।* হায়রগা ঐ হৌগৎলকখি।

স্বর্গগী নন্দন কানন্দা লৈবী অপসরাগুমলম্বী মাইথোংদো ঐগী ৱাদু তাবদগী ইমক মকশিনখরে। কুচু-কুমেন লাংশিনখরে। কদায়দগী হৌরকখিবনো অশেনবা খোঞ্জেল্লা —

— *চৎপীখিনু ইবুংঙো ঐসে নহাক্কী নুপীনি। ঐবু থাদোক্লগা কদাইদনো? ইমা-ইপানা নফমদা কৎখ্রবনি।*

— *নংগী ইমানা নংবু অতোপ্পা ঐঙোন্দগী হেন্না ফবা নুপা অমদা থাজগে খল্লী। ঐবু ৱারৌগনু।*

— *নত্তে মদু ওইথোক্লোই। ঐদি মৌ ওইরবীনি। ঐসে নংগী নুপীনি। হৌজিকপু করম্না?*

— *মনমোহিনী! নং ইমানা হায়বা ইল্লু। মদুনা নংগী অফবা ওইগনি।*

মহাক মখোন থোক্লা কপলক্লে হীক্লা-হীক্লা —

— *ঐ ইশানা নংবু ঐগী ইপুরোইবা ওইনা খনখ্রবনি। মদু খক ওইথোকপা য়ারোই। চৎপীখিনু।* হায়রগা ঐগী খুৎ ওইসি মাগী মখুৎ য়েৎনা পাইশিনখি।

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

মানা পাইহিরিবা ঐগী খুদাং অদু ঐনা লৌথোক্লগা ঐ প্রপ-প্রপ ইমুঙদগী শুমাঙ য়ৌরকই। কনা অমত্তনা লৌশিনবীদ্রবা ঐগী সাইকল অদু ইহ্নদুনা থোঙ্গানলোমদা প্রপ-প্রপ চংলি। মাস্থ ইতুং ইম্নরক্লগা ঐগী সাইকল কেরিয়রদা পাইদুনা য়াল্লকই। অদুগা কপ্প-কপ্পা —

— *চংপীখিনু ইবুংঙো।*

— *মোহিনী নং ঐবু ফাগনু। ঐ চংলগে।* হায়রগা ঐনা সাইকলদু ইহ্নী মানা তুঙদা কন্না য়াল্লী।

ইবান্নীনা মপান্দা ঙাংনবদু তাবদগী মমাদু থোরক্লগা য়েংলরে। অদুগা —

— *ইবেম্মা। নখোয় অনীবু শুমাঙ অদুদা করি তৌরিব্বনো?*

— *ইমাগী খাক্তনা তাবা য়াব্বা নোংথাঙনা ঐগী থবাইগী মবুংঙোসি শোকখ্রমান্নে। থম্মোয় মপান থোকখিদুনা মিহুল তাম্না লেপখ্রে। নুংগা-পানগা ওম্নখ্রে। অদুনা চৌইরোল ঙাক্তা লোল্লে।*

— *মতম্নদি ফত্তবসিদা থেঙনা-খোংনা চংলগা ফত্ত-নুংদা থোক্কদ্রা খন্দুনা হায়খিবনি। থোইনা কাইবা ব্রা নত্তেনা।*

— *মতম পুম্নমক্তা ঐগী নুপা অসিদা ইমানা বাহে কোচি থাঙদুনতা ঙাংলিসি করিগীনো? ঐ খাঙগে হায়না খাঙবনি। ঙসিদি খাঙবসি ঙম্নক্তে।*

— *ঙাইখো ইবেম্মা। মীনা পামদ্রে হায়রবদুদা নংনা অমুক ফারীদুবু করিগীনো? মা নংত্রদি নুপা অতৈ লৈত্রবরা?*

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

*থাদোকখ্রো থাদোকখ্রো। ইমানা অফবা নুপা অমদা চাওনা হোংবীনি।*

— *অদুগুম্বা ইমাগী বাঙাংদুনিসে ঐনা প্রাণ চাকইবা।*

মতমদুদা মমাগী অর্থ লৈবা বাঙাংশিংগী অর্থ ময়েক শেংদোরক্লে। শুমাঙ অদুদা অহানবদা ঐ ইথন্তা, মথংদা মোহিনী, মথংদা মমা, মথং মথং থোরকপনা মী তরামুক তীল্লরে। ঐ ইকায়বা অমদি শাওনিঙবা অস্তুম-অস্তুম হেনগৎলক্লে। য়াম্না থুনা মফম অদু থাদোক্লিংলকখি। মাগা ঐগা সাইকল চিংনবদু ঐনা খরা ঙম্লকপদা মহাক সাইকল অদু থাদোক্লম্লগা থোঙ্গাম্লোমদা চেল্লোকখ্রে। অদুগা নুঙ ঙাক্তা ঙাইরবা লম্বী অদুদা লৈরাংগুম থোৎলবা মাগী হকচাংনা লোইবীনা য়াংদৌ থৎপগুম হিপথখ্রে। থোঙ্গাল অদুনা খরা পীকপগা মানা ফৈনা হীপচিনখিবা অদুদা নাক-য়েত্তা ঐগী চৎফম লৈরমদে। ঐ ঙাইহক তুমিন্না লেপ্তুনা লৈখি। তীল্লরীবা মীশিং অদু মশাক মশাদি মুন্না খঙদনা মুরুম মুরুম ঙাংনরকখি। অমনা — *শিরমদাইদদি কপাশিন্নদুনা ইচাগী থবাই কনবীয়ু হায়দনা নুপাসিদা কন্যা কংখ্রিপোংনি।* অমনা অমুক — *অদুদি নুপাসি লান্দেদনা।* অমনা অমুক — *ঐদি তাবু তাহৌদেনে।* — *এ! ইবেম্মা কবোক খোইদুমগা তৌরদনা ফমাঙদা কংখ্রিবনি।* — *কয়া কুইরবগী বানোনে।* — *থা ১/২ মুক্কী মমাঙদনি।* — *অদুগা মশা-মশাদি কমদৌনবা?* — *ইচেতোনসিমা হংখ্রপোংনি। মশা-মশাগী হায়রুরদি পং তংনবা জাংনি।* — *অদুগা কৈদৌনরিবা? নুপা অসিনা কদায়দগী?* — *ও! মখারোমদগীনি হায়বরা কৈনো?*

মখোয়না ঙাংনরিবশিংদু তারগা ঐদি তুমিন্না লেপ্লি। মানা হীক-হীক কপ্লি। মতাং অসিদা মমানে মনাওশিংনে চঙশিন্নত্তুনা মোহিনীবু চিংখত্তুনা পুশিনগদবগী হোৎনরি। মী ২/৩ না চিংখৎলবদুদদি মাস্থ খাঙবা য়াদদুনা হৌগৎলক্লে। মানা হৌগৎলিঙৈদুদা খুদোংচাবা লৌদুনা ঐ লৈরক য়ৌহৌরে। ঐনা লৈরক্তা থোকখিবদু উবদা —

— *ঐ স্নুকয়া য়াবা ঙল্লোই।*

হায়রম্লগা চেম্থোক্লত্তুনা অঙাং নিংঙাই তৌবগুম্লদনা ঐঙোন্দা কোনশিন্নগা —

— *হৌজিকমক ঐ নংগী নতুং ইনগনি। ঐবুস্থ পুবীয়ু।*

মতাং অসিদা মাগী মনাওনুপী অমনা হায়রকখি

— *ইমা! ইচেগী মতৌ অসি য়েংবা ঙমদ্রে। মানা থোকপা তৌজখ্রসনু।*

মদুদা মমানা —

— *হে! অঙাং নংগী নথৌ করি লৈ? তুমিন লৈয়ু।*

মোহিনীনা ঐঙোন্দা কোল্লিবদু থাদোক্লগা মমাদা ওনশিন্নগা —

— *ইমাগী নখুৎনা ঐগী খুৎপু পায়রগা নুপা অসিগী মখুত্তা হাপখিবা নৎত্রা? অদুগা নখুৎ অদুনা ঐখোয় অনীগী খুৎপু কুজবগী থৌরীনা পুনখিবা নৎত্রা? হৌজিক্কা করি? লবাই মচানি, লাইরবনি, অদুনি-অদানি হায়রিবা করিগীনো? ঐবু অদুম শিহন্নম্বা য়াদ্রো? ঐ শিজরম্লবদি সি থোক্কদ্রসে।*

— *ইচাদি চাওরদনা বাঙাং শাঙাং য়াম্না হৈরম্লেদা।*

মতাং অসিদা —

— *মোহিনী! নং ইমানা হায়বা ইলহৌরো মদুনা নওগী অফবা ওইগনি। ঐ চৎলে।*

হায়রম্লগা সাইকল তোঙখৎলগা থোরক্লে।

— *ঐন্দু লাক্কে ঙাইহাক্তা ঙাইবীখো।*

হায়দুনা লাওদুনা কপহৌরী।

ঐনা কনাকুম্ব হম্না য়েংলুদনা সাইকল অদু হোবে-হোবে থৌরকপদা অহল অমা ঐগী সাইকন্না থেঙগে তৌখি। থেঙবমক্তি থেঙখিদে। অহন্দুনা —

— *মমায় কয়া থক্লিনোসে। থেঙবু-থেঙলমগনিদা।*

ঐ খঙঙি খোজেল অদু মোহিনী মপাগী খোজেন্নি। ইংনা চীক্লা বাখল নুংঙাইনা বাংনা পাইজরম্বা তেলঙ্গাদু মমৈ তৎখিবদগী মকোক উরু-রু ঙাওখরে। তৎখ্রবা মমৈ অদুনা মালং ইপোম মরক্তা থেক্লা খোইনা পাইহৌরে।

—

# ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

— মরীশুবা শরুক —

***ইবাই উনবা***

অহিং অদু ফনা থেঙলবা ফাওবা ঐহাক তুম্বা য়াখিদে। নোংঙানবা ঙাইবদা য়াম্না বাখি। ঐঙোন্দা খাইদগী হেন্না শাংবা অহিং ওইখি। নীংশিংলকখি ঐগী ইপাগী পাওতাক — *"নঙগী নুপীনা মীগী নুপীদা হঙহনগনু। আশা অমগী মথংদা অতোপ্পা আশা অমা তৌগদবনি"* হায়খিবা বাফমদু নীংশিংলকখি। অস্তুম খন্ন-খন্না উরো-রোন ঙাইহাক তৌথরুরমান্নে য়াহৌ খরা থেঙখ্রে। ঐ হেক হৌগৎপগা ঐগী তৌগদবা শোয়ফদ্রবা থবকশিং অদু লোইশিল্লগা ফী-রোল শেৎচিল্লে। অদুগা ইচেগী য়ুমদা চৎলম্মী। ইচেগী য়ুম য়ৌরগা ঐনা কৌরম্মী।

— *ইচে! ইচে!*

— *হো কনানো?*

হায়রগা ইমুঙদগী প্রপ-প্রপ থোরক্লগা —

— *হাইমা ইবুংঙো! করি তৌবা য়াওরে ঙনতানা? ইমা ঙমদ্রবরা?*

— *নত্তে ঐ ইবাই অমুক্তা উন্নগে তৌবনি।*

— *ঙাইখো ঙাইখো ইচে চা লোল্লুখিগে। নবাইদো বাঠরুম চঙখ্রি। সে-সে সিদা ফম্মু লাও।* হায়রগা মখোয়গী ড্রোইংরুমদা ফমহল্লী। ঙাইহাক ফল্লবা মতুংদা ইবাইদু লোঙগী অমা শেৎ, মোজাফুরীৎ অমা লীৎলগা হেক চংলকই।

— *ইবুংঙো নং লাকইবরা?*

হায়রম্লগা ইমুং চংখ্রে। ইচেনা ইবাইগা ইবাম্নীগী চা-বেথনচিংবা পুথোরক্লগা —

— *নংবু চুম্না লাকপরা? কৈদৌবা য়াওরবগে ইচেদা হায়য়োবা?*

-- *ঐ ইবাইদা বারী অমত্তা শাগে লাকপনি।*

— *নবাইদা নংত্রদি বারীদো ঐঙোন্দা শাবা য়াদবরা?*

— *য়াই অদুদা ইবাইগা হেক শাবদুনা থুনা পাও ফাওনগদৌবদো।*

— *নংগী দুকান্দুদি চংলিবরা?*

— *চংলি। মদুগীনি।*

— *নত্তে দুকান্দুবু তোকঅগে হায়রিরো?*

— *মানি মদুগী থবক্তু তোক্লিমখ্রে ঐ মী শুকওই-ওইররোই। অদুনা ইবাইদা থবক অমত্তা থীবিয়ু হায়গে লাকপনি।*

তাঞ্জাসিদা ইবাইন্দু হেক থোরক্লগা —

— *কৈদৌরবা? কৈদৌসেবা?*

— *ইবাই! ঐবু ইবাইহোইগী ডিপার্টমেন্টগী ঐনা তৌবা য়াবা থবক্কা লৈব্রা অমত্তা থীবিয়ু হায়জগেদনা লাকচবনি।*

ইবাইনা নোকমি-নোকমি তৌরদনা —

— *করিগীনো?*

— *ঐ দুকান য়াওবসি তোক্লগে য়াম্না তন্নে। মীগী মখোও পায়দুনা হিংনবা হোৎনবসি ঐ য়াম্না হঙ্গোইরক্লে।*

— *অদু নংগী একাডেমিক্কী চহীদি কয়া শুরে?*

— *চংলিবা চহী অসিদা চহী ২৫ চংলক্লে।*

— *খরা খুয়ৌনৈদা। ঐখোয়গী ডিপার্টমেন্টতদি পুলিশ নত্তনদি লৈতেনে। নংনা তৌগে হায়রগনা  হন্দক থা ১/২ সিগী মনুংদা এ-এস-আই খরা দাইরেক্ত লৌগদৌরি। মসিদা য়াওহৌরগেরা? অসি মঙাইরে ঐনা হায়গদববু।*

ঐনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা —

— *হোই ইবাই। ঐ মদুদা লাইবক য়েংজরগে। ইবাইনা মদুমত্তা শোয়দনবা খরা শীনবিরো। করি তৌজৌ হায়বনো ইবাইনা তাকপীবদু ঐ তৌজরগে।*

মসি তাবদা ইচেনা —

— *নংবু ইমাদদি হায়রবরা?*

— *এ! ইমাদা খঙহন্নুরবদি য়ারক্তবস্তু য়াই খন্দুনা হায়দ্রি।*

ইবাইনা অমুক —

— *ইমাখোয়গা বারী নিংথীজনা শানরকখো। থবক্তুবুদি শোয়দনবা ঐ শীনবীরগে।*

— *হোই-হোই ইবাই ঐ চৎলগে।*

হায়রল্লগা ইচেগী য়ুমদগী থোরক্লে। ইচেনা ঐবু থীন্দোরকপদা —

— *থবক্তুবুদি নবাইনা শোয়দনা শীনবিগে হায়রবনিনা বারুরনু। অদুই শরুক্তা ইমাদা য়ানবা ইরেঞ্জনা হায়নৌ। ইমানা য়াদ্রবদি তৌরুনুকো। চো-চো।*

হায়রগা ইচেস্তু লৈহৌরে। অদুদগীদি ঐনা হৈনদ্রবা দুকান অদুদা চৎলম্মী। ঐ কনাদস্তু হায়দোক্তে। ঐ অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা লমজেন চেনবা, চোঙবা অমদি বাক্কিং রেস্ত নচিংবা

ইতোমতা প্রাক্তিস তৌই। অশংবা মতমদা লাইরিক-লাইগু খরস্তু পাশিল্লী। অস্তুম্না ইকুই-কুইদনা থা ১/২ গী মনুংদা রাইটন টেস্ট তৌরে। ঐনা খরা হোৎনজবগা ইবাইনা খরা হোৎনবীবগা ঐ টেস্ট অদু পাস তৌরে। ঐ এ-এস-আই খল্লে। মতুংদা ঐ পাঙ্গদা চহী অমা ট্রেনিং তৌরে। ট্রেনিং মনুংদা ঐ থা অমদা লুপা ৪২৫/- ফংই। পাঙ্গদা ট্রেনিংগী লৈরিঙেদা নোংমা মনমোহিনীনা থারকপা চিঠি অমা ফংখি। চিঠিগী মরোল:-

**লমদম তাম্না লৈপ্পবা ঐগী থবাইগী মবুংঙো।**

ঐ খঙ্জী নহাক পেন্দবা অমদি অনীংবা অমগা লোইননা করিগুম্বা ফীরেপ অমা লৌদুনা ঐগী ইফমদগী লাপথোকপীরিবনি। মদুমক ইবুংঙোগীদি অচৌবা মাই পাকপা অমনি। অদুগা ঐগীস্তু লাইবকফবা হায়বদো ওইগদৌরিবনি। অদুবু ননাও ওইবী ঐদি ইবুংঙোনা থাদোকপীরম্বা নুমিত্তগী ঙসিফাওবা তুম্ফম-চাফম খঙদনা নহাক্তবু লাইনিং ওইদুনা লেঞ্জরক্লি। ঙসিদি ঐগী 'ঐ' ওইরিবা ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা ননাওনা করিগুম্বা খরদং নীংশিংজরী — ননাওগী থবাই কনবীখিবা ইবুংঙো নহাকসে ঐগীদি ঈশ্বরমক্লি খঞ্জরীবনি। মিকুপ অমগা কুমজা কয়াগা মান্নরবা ঐহাক্না মতম অস্তুক কুইবসে নোংমদি শোয়দনা ইনাক্তা লাক্তুনা ঐবু হরাও-মীনোক তমহনবীরখিগনি হায়বসি ঐগী আশানি খন্দুনা কনাদস্তু বারীনদনা ইবুংঙোবু ঙাইজরকপনি। হৌজিকফাওবা ঐবু

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

বারৌবীরিবরা? ঐনা ইবুংঙোবু মিকুপ অমাফাওবা মীরাইজখিদে। নহাক য়াওদ্রবা ঐগী পুন্সিসে য়েংঙ-য়েংঙ খুদিংদা ইহাংদা-হাংলে। অদুগা হৌজিক্না অমুক ঐগী ইমা-ইপানা ঐবু অতোপ্পা নুপা অমদা থাজগদৌরে। মসিদা ঐবু করি ওইয়ু হায়বীরিবনো? মখোয়না ঐগী অয়াবা য়াওদনা লুহোংবগী নুমিৎফাওবা লেপ্লখ্রবনি। ইবুংঙোগা কাইনবদগী কম্বীথক্কী লৈম্লেগুম্লবা ঐবু মখোয়না মৈনুংদা অমুক লংশিনবীগদৌরে। হিংবগী অর্থ লৈত্রবা ঐগী পুন্সি পামদবা মাগী মকাদা বাইথুংঙগা লেনগদবগী শরুক শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফগনি খল্লক্লে। নুমিৎ অসিগী মমাঙদা ইবুংঙোনা ননাওবু শোয়দনা লৌবা লাকপীয়ু। ঐবু নোকহনগে/কপহনগে ইবুংঙোগী বাখন্দা লৈরবনি।

নহাক্কী
মনমোহিনী দেবী।

ঐহাক মহাক্কী চিঠি ফংবদগী মহাক্কী ওইরিবা ফীভম অদুদি চপচানা খঙলে। অদুবু ঐনা ট্রেনিং মফমদু থাদোক্তুনা লাকপদি ওইথোক্তে। অদুগা মতমস্তু ঙাইহাক্তা শংদে। অদুবু য়াম্না তেম্না ঐহাকস্তু চিঠি অমদি হল্লগে খন্দুনা অস্তুম্না ইখ্রে —

**নুংশিরবী ইবেম্মা।**

মনমোহিনী। নহাক্কী চিঠি ঐনা মতমচানা ফংই। ইমা-বাজীদি কমদৌরী? নুংঙাইরিদনা? অনা-অয়েক্কাদি যাওদেদনা? মমা-মপানা মচাগীদমক ফনবা খনবা হায়বসি হৌনশানি। ঐগী ট্রেনিং

ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

অসি মেডিকেল গ্রাউণ্ড নত্তনা ছূটী লৌবা য়াদে। করিগুম্বা মদুম তৌবা থোক্রবদি ঐ মথং চহীদগী নৌনা অমুক হৌবা তাবনি।

নহাক্কী

ঘনশ্যাম শর্ম্মা

*****

মনমোহিনী মশানা য়ানিংদ-য়ানিংদা কলেজ ওঝা অমদা লুহোংখ্রে। অস্তুন্না চহী অমগী মতুংদগীদি ঐ এ-এস-আই ওইরে। থা ৬ মুক লৈরগা চহীদুমক্তদা ঐবু পল্লেন্দা পোস্টিং থারে। মফম অদুদা ঐ চহী অহুম ও-সি চার্জ পুদুনা লৈখি। মফম অদুদগী ঐ শেল য়াম্না ফংখি। চহী অহুমগী মতুংদা ঐ ইম্ফালদা অমুক ট্রান্সফর তৌরক্লে। সরকারগী থবক্লিনা চত্তবা য়াদদুনা ঐ ইম্ফালগীদমক্তা মফম অদু থাদোক্রম্লে। ইম্ফালদা চহী অনী লৈরবা মতুংদা ঐবু এস-আইদা প্রোমোসন পীরগা থৌবালদা অমুক ট্রান্সফর তৌবীরে।

মফমদুবাইদা খুৎলাই পায়বা লমহেনবা নহা খরনা ফরক তানা লাকপা গভ়ীদগী শেল মুনবা, লৈকায়দা লৈবা খরা মচিঞ্জাক চাজব মীওইশিংদগী ঐখোয় অদুনি-অদানি হায়জিল্লগা শেল খায়বনচিংবগী পাও খরা তাখি। মখোয়দু ঐগদি ইথেং-থেংনদে। নোংমদি ঐনা পেট্রোল্লিং চৎলিঙৈদা নহা খরনা লৌবুক্তা হুই অমা তাম্নবা উখি। ঐ মখোয়না তৌরিবদু গাড়ী মনুংদা স্তুম য়েংদুনা চৎলম্মী। মমৈথংদদি মখোয়না হুই অদুদা মখোয়না পাইরিবা পিস্টোল অদুনা কাপ্লম্মী। অহানবদদি

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

মখোয়দু পিস্টোল পাইরি হায়বা খঙলমদে। মখোল তারবা কান্দতা মখোয় পিস্টোল পাইরি হায়বা খঙলকপনি। মদু উবদা মখোয়শি ওইবতারে অফাওবা শারিশিংসি খল্লদুনা ঐগী সিফাইশিং অদুনা থৎচিন্দুনা কোইশিল্লগা অমদি মশা শোকহন্দনা ফাখি। মদুগীদমক ঐবু ইকুই-কুইদনা ইনস্পেটরদা প্রোমোসন পীবীখি। অস্তুম্না ঐনা থৌবান্দা লৈরিঙেদা বিনাসখীদগী চিঠি অমা ফংখি। চিঠিগী মরোলদা পল্লক্লিবা বাফমশিংদি :-

নোংমা ঐনা শীংজমৈদা থবক অমা চৎলুবা হল্লকপদা চীংঙা মখোঙদা জুগেগা ঐগা থেংনখি। মদুদা মানা —

— *বিনা অমুক্তা ওইখো বারী অমত্তা শাখিসি* হায়রগা ঐবু খাম্মী। ঐস্তু মানা খাল্লবদুদদি গাড়ীদগী কুমথরগা মাগী মনাক্তা গাড়ীদুগা লৌইননা চংশিল্লগা হংখি।

— *করি ওইবীরবনো?*

— *করিশু নত্তেদা। ঐনা নঙোন্দা চিঠি অমা পীখিবদু চহী অমা হেল্লম্মনি?*

— *অদু কৈদৌ হায়বনো?*

— *কৈশু হায়দে। পাওখুমদুগী বানি।*

— *এ: অদুগী ওইরবদি ঐ মদুগী পাওখুম ইবা হৈতে।*

— *অস। পাখং অমনা লৈশাবী অমদা চিঠি পীরক্লগা পাওখুম ইবা হৈতবা লৈশাবীসিদি নংদনিহে।*

— *ঐনা নহাক্কী চিঠি অদুগী পাওখুম পীরবদি নংগা ঐগা কৌনগদবা মান্দ্রে।*

— ফরে-ফরে। ঐনা নংবু নুংশি হায়বসিদি নং খঙওবা নংত্রা?
— খঙ্গী। মদুগী খুৎনুংশি অদুদি ঐ পামদে। মবুং-মৌপ্বা অমা ওইনা নুংশিবদুদি য়াই।
— বাসিদি। নং লৌদ্রবদি ঐদি য়ুমগকা অমত্তা পাম্লরোই খল্লবনি।
— এ! করিশু লৈতবী নুপীমচা ঐগীদমক্তা নহাক্কী পুন্সিবু কাংখথাং ওইহনবদি ফত্তে। ঐঙোন্দগী হেনবী নুপী ময়াম অমা লৈরীসিদি।
— চুম্মী য়াম্না লৈ। অদুবু মখোয়দু ঐনা হম্না ফাওবা য়েংনিংলুদে।
— ঐস্তু নহাক্কী অদুগুম্বা বাখল লৈরম্লোই হায়বসিদি খনবীদবরা?
— হোই। লৈরমগনি খল্লী। অদুবু ঐনা নুপা হায়বদু ওইরিদনা।
— ঐদি য়ুম পাম্লরোই হায়না বাশকখ্রে।
— অওইবরা?
— অওইবনি।
— অদু ওইরবদি নংগীদমক্তা অনীশুবা দেবদাস ওনখ্রবদি কমদৌবা?
— মদু নহাক্কী অপাম্বনি। মদুদা ঐবু চেম্নহনবা ঐ পামদে। ঐ চৎচরগে। হায়রম্লগা য়ুমদা লাক্লে। মানা ঙাইখো হায়হৌই। ঐ হম্না য়েংলমদ্রে। মসিগী মতুংদগীদি মহাক মোহিনীগী নুপাগা য়াম্না লুনা তীন্নখ্রে। অমনা অমবু উদবদা লৈবা

*ঙম্নদবগুম, য়ু থক্লবদি মখোয়গী পুন্সি অর্থ লৈতবগুম তৌরকখ্রে।*

মতম অসিদা মোহিনী মচা নুপী অমগা নুপা অমগগী মমা ওইখ্রে।

মদুগী মতুংদা মোহিনীগী নুপা অমম্বুং জুগে মখোয় অনী য়ুদা লাইচুখিদুনা বা ঙাংনবা ইয়া-য়াখিদ্রে। সড়ক্তা ঙাওদুনা চত্তে হায়বদা মঙাইখ্রে। ফী-রোল নাম্না শেৎলগা কলেজ কারম্বা মহাক্না অমোৎপনি খঙদা অমনবনি খংদা অফং-অফংবা শেৎলগা প্লাস্তিক সেন্দল অমা তোংলগা মকোক-মরু ইফা-ফারদনা মওং অমা ইতা তাদনা কলেজ্র কাবা হৌরক্লে। নুমিদাং থেঙনা হনজিনক্লপা, মরাল লৈতব্রদবী নুপী অঙাংশিংদা লাওবগা খোংবগা তৌদুনা হেক-হেক ফুবী-চৈবীবা মসিনা মাগী হৈনবী ওইরক্লে।

নোংমা নুমিদাং অথেঙবদা মোহিনীগী নুপানা য়ু ঙাওরগা হল্লক্লগা খোনফম কাইনা। — মোহিনী! মোহিনী! — ও! তারে তারে। হায়রগা থোঙ অদু হাঙদোক্লদবগী হোৎনরী। থোঙ হাঙদোকফাৎত্রিঙেদা গ্রোং চঙশিন্নক্লগা মোহিনীগী মশমদু খুদাপ চাওনা তাপ পায়রগা মখুত্তা য়েৎশিন্নগা লৈয়েং ইফাই ফাইরদনা হায়রকই — নং ঐনা তারীবসি অচুম্বরা? — অস! ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে। করিবুনো? উম! তারৌই-তারৌই। হরানবনা কৈদৌঙেদম্বু হুই হায়বা হৌনদে। মোহিনীগী মশম অদু খরগা য়াম্বনে মাগী নুপা অদুনা খুবাম চেৎনা পাইরগা মঙক অদু থেক্লৎলগা মখাজাই অদুদা খুবাক্না অমুক-অনীরক

থাজিন্দুনা ফুবীরে। মোহিনীদু তুম্মুবগী ফাক্লি-ফাক্লি তৌবদুদা জ্ঞান-মান অমত্তা তাদ্রে। হীক-হীক কপ্লদুনা হায়রকই — মৌই বাবানা হায়বীরিদু ঐঙোন্দা হান্না অমুক্তা খংহনবীখো। — উম। খঙহনগে। নঙসে মীনা লুহোংলুরবা নুপীনি হায়রিসি চুম্বরা? -- কপ্ল-কপ্পা কনানা হায়জিনবীরক্লিনো? — ইস। হায়জিনবগাইদনা। তৌঙম্বী। নংগা নুপাদুগা নয়ুমদা নুমিৎ ৩/৪ লৈমিন্নবদু ফাওবা ঐ খংঙিপোৎনিনে। নুপাদু বামোন্নেএনে। চৎপীখ্রো চৎলো - ঐগী য়ুমশিদা লৈবীরনু -- নং লৈবদগী ঐবু মীনা অধামরা হায়দনা নোক্লরেনে। হা। হায়রগা মোহিনীদু খোঙপাক্লা অমুকস্তু কাওশিনবীরে। মোহিনীদু বা অমত্তা হায়জবা ঙমহন্দনা নমহৎ-নমহত্তুনা ঙাংবীরে। অদুগা মাগী নুপা অদু ফমুংদা চংখ্রে। মহাক অশিবগা মান্ননা ফমুংদা তাখ্রে। তুমিৎ-কাং চিকপা, ফৈজুপ শুপ্পা-শুপ্তুবা খংদনা তুমখ্রে। অহিং অদুগী নোং ঙানবদা মোহিনী খাংবা ঙমদ্রদুনা মচা অনীদু থনম্লগা মপামদা চৎখ্রে। অদুগা জুগেশ্বরদুস্তু য়ু ঙাওরগা অহিং অথেঙবদা সাইকল থৌবা ঙম্বৌই-ঙমদবৌই তৌবদগী গাড়ীনা তক্তুনা মপুন্সি লোইখ্রে।

*****

পাও অসি তাবদা ঐ থবাই য়াম্না নুংঙাইখিদে ওন্তোক্লা নুংশি-হৈতবা নুপা হায়বদু ওইরেকো খনখি। করিদি তৈরুনি।

হৌজিক্তি ঐ পুলিশ-ইনস্পেটর ওইদুনা ইম্ফল্দ লৈরী। ঐনা অস্তুম্না চহী ৭/৮ মুক্কী মনুংদা ফম অনিরক কাবা ফংখিবসি ঐগী ইবাইদুগী মপান্ননি। ইবাইদু নৎলম্দ্রবদি ঐ

হৌজিকফাওবা এ-এস-আই দা অদুম লৈরম্বস্তু কনানা খংবা। মহাক্না ঐঙোন্দা পুক্লিং লৌশিং ওইবা পাওতাক কয়ামুক তাকপীখি। হৌজিক্তি ঐ য়ুম মচা অমস্তু শাবা ঙমজরে। ঐবু মীনা ব্যবহার তৌবীরে। লৈকায়দা ঐগী বারীনা পোখফম ওইনরে। ঐস্তু নুংঙাইরে। অদুবু ঐগী ইমাদি ইনুং-নুঙাইতবগুম উই।

অস্তুম্না লৈরকপনা ঐ চহী ৩৫ চংলক্লে। ইমানা ঐবু য়ুমপানবা শোয়খিবা তারে খল্লমাম্নে নোংমা নুমিদাং অমা ঐগী কাদা চংলকখি। মতমদুদা ঐ পোথারগে খল্লদুনা ফমুংদা চংবদা ঙাইরি। ইমানা ঐঙোন্দা বারী হৌরককখি।

— *ইবুঙো। নংবু য়ুম-কৈ পাম্নবগী আশাগা অমত্তা তৌদ্রবরা?*

— *ইমা। ঐগী থবকসে য়ুমদা ঙাইহক্তা লৈবা ফংদে। য়ুমদা নোংমতা পোথাগে খন্দুনা লৈরকস্তু ইমরজেন্সি লৈরে হায়দুনা টেলিফোন হেক্তা মতৌরকই। অঙাং নুপামচানি হায়দনা অদু-অদা তৌগদবস্তু চহী মতাংসিনা য়াদ্রবা। কনাবু লৌদুনা ঐগী নুপী ওইদৌরিবনো? মশাক শুকখঙ খঙনদবদি ঐশু তম্লীদা। হোই-হোই ঐ অমুক্তা খনখিগে ইমা।*

— *কুইথবদি য়াদ্রেকো। নংসে চহী নিফু তানখৎলক্লবনি। কুইরবদা থা ১/২ সিগী মনুংদা পাঙথোক্লবা তৌরগদবনি। জ্ঞান তাও ইমানা হায়রিসে।*

চুম্মী। ইমুং অসিদা ইমাগা ঐগদনি। ঐ য়ুম পান্দ্রবদি ঐগী ধারা-নালা ইচা-ইশু করম্না লৈহৌগনি। ঐঙোন্দা বাফম অসি য়াম্না মরু ওইশিল্লক্লে। ইমান্নবী ময়াম অমা লৈখিবদুস্তু লৌইনা

ময়ুম-মঁকে পান্নরম্মনি। কনাবুনো — ? ঐগী থবক অসিস্থু শাফম-লানফম ওইবনে — ফরে ঐ তঙাইফদনা মতম খরা ছুটি লৌদবা য়াদবনি। ইমানা নিংজরীবা অসিতদি থুংহল্লগে অদুগা ঐগীস্থু শোইফদ্রবা ইথৌ অমনি খল্লক্লে।

—

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

— মঙাশুবা শরুক —

***বিনাসখী উনবা চৎপা।***

ইমানা হায়বা মতুং ইকুইদনা নোংমা ইবান্নি সিভিল ড্রেসতা মোটোর বাইক অমা তোঙলগা বিনাসখী উনবা চৎলীদনা। মতম অদুদা মহাক থবক হল্লক্লমদ্রিদনা। অমদা অমুক চৎ অমদা অমুক চৎ তৌদুনা মিনিট ১০/২০ লৈরবা মতুংদা মহাক হল্লক্লপা উরদুনা মখোয়গী লৈরক্তা গাড়ীদু থৌজিল্লগা মাগা মাইয়োক্লনবা হায়দুনা মমায় লৈরগা অমুক থোরক্লেদনা। মানা থোঙান্দা চঙগদবগী মাগী গাড়ীদু মমায় হেক লৈশিল্লকপা তাঙ্গাদুদা ঐনা ঐগী গাড়ীদু মমায় শৎ লৈশিল্লগা মাবু হেক থৎলী। মদুদা মানা খরা পাখৎলপ তৌনা হায়রকইদনা —

— *লম্বী অস্তুক চাওরিসিবু উবীদব্রা?*

— *নংবু য়েংবদা উহৌদদুনা তৌরিনি। বারৌবীনু।*

হায়রগা গাড়ীদগী কুমথরগা মমায় লৈথোক্কে তৌইদনা। মানা নোক্লা-নোক্লা হায়রকইদনা —

— *হায়মা ঐজ্ঞানিনহে! কদোমদগীনো ঐজ্ঞা? ঐদি অতোপ্পা কনা-কনা ওইরবোই নিংঙুরেদনা। লেঙশিল্লকখো চা থক্লুখিসি।*

— *তানবু যম্না চারে খরগা থক্লিংবনে। চংলুখিসি।*

হায়রগা ইবান্নি মখোয়গী য়ুমদা তুংথ-মাংথ চংমিন্নখিবদনা। অদুদগী মাগী ড্রোইং রুমদু থোঙ হাঙদোরক্লেদনা। মাগী ড্রোইং রুমদুদা ঐখোয়না মাগা লোইননা ফম্লীঙেদুদা মাগী মমাদু চঙলক্লগা হায়রকইদনা —

— *ইবুংঙোখোয়দি কদায়বাইদগীনো? মিংনা করি কৌই? করি থবক তৌই?*

ঐনা বাহংদুগী পাওখুম পীদ্রিঙেদা ফিনানা —

— *পুলিশ ওফিসারনি। নহাক্নবাই ঐগা লাইরিক তম্মিন্নরম্বনি। থোঙ্গান্দা থেঙনবদগী ঐগীদা চঙলুখিসি হায়দুনা চঙমিন্নরকপনি।*

মচানুপীগী বা তাবদগী মমাদু থোকখ্রে।

*করম-করম পাক্লী – নুংঙাইরিব্রা? মুমগাদি পানবীরব্রা?*

— *অনী চংমিন্নগদবা পুন্সি লম্বীসিদা ইতোমতা চংপসিবু কনানা নুংঙাইগবনোদা।*

— *ভু। মাই হৌনবী কোচি হৌরক্রে। অদো চংমিন্নসি হায়রিরো? ওমজরোই-ওমজরোই।*

— *য়ারগদি খল্লিবা।*

— *হৌজিকপো? নিফু শুরকানসিদা?*

— *নঙদমক নিফু শুজবগী বানি ঐগীদি কুনগা তরা মঙা-তরুক মঙাই শুগেনা শুরবদা।*

— *অহা—য়ো। করি হায়বা হৌজিক্কীদুবো – কুনগা তরা মঙা-তরুক হায়বা?*

ঐখোয় অহুম ফাক-ফাক নোকমিন্নে।

— *ঐ ফী-রোল অমুক্তা হোঙদোক্লুখিগে। চান্স লোম্লক্লে। ওাইহাক্তদুম ফমখিসি। য়াম্নবু নুংঙাইরিদা।*

হায়রগা ফী হোংদোকপা চংখি। মফী-মরোল হোংদোকপা লোইরদুনা বিনাসখী অমুক থোরক্লগা ফম্লরে। অদুগা হঙলকই —

— *নত্তে ফাগীস্থু ফাগীনি য়ুমশিবু পাম্লরোইদবা জাংলা?*

— *ঐনা ঙসাইমখে হায়রিবসিবু ফাগী তারবা? য়ুমপাম্লগে খল্লদুনা নঙগীসিদা থৌ-ওইনা লাক্লিবনিনে।*

মতাং অসিদা নুপীমচা চহী ১০ মুক শুরবা অমনা ট্রে অমদা চা গ্লাস ৩ খক হাপ্লগা পুথোক্লকই অদুগা —

— *নে-নে চা।*

মদু উবদা বিনাসখীনা ফুক হৌগৎলগা হেক লৌশিল্লী। সেন্তরগী টেবলদুদা থম্লগা ঐখোয় অনীদা অমমম পীরকই। ঐনা —

— *অঙাংসিনা কনাগী?*

— *ঐখোয় তায়াইগী মচানি।*

— *ও! ইবাইগী মচা ওইরে।*

— *অস! ঐবু করম্মোনে তৌরিসিবো। ষনবী লৈদ্রিঙৈদা হৌদোং হাংলি হায়দু তৌরেদনা সিদি।*

— নোক্লা-নোক্লা *অঙাংসিনা কয়াশুবনো?*

— *অনী শুবনি।*

— *নে-নে মখোয় অনীসে ঙসাইদগী ঐখোয় লৈরকসিদা মোটোর থৌ-থৌ লৈরিনি।*

হেক হায়রকই। মদু তাবদগী অঙাং অদুস্থু কয়া নুংশিরে ঐনা অঙাং অদু মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা —

— *ইমৌদনি ঐগী মীচঙ চঙলিবা নংনা চানিংবা অমা চাও হায়দুনা বেগতগী লুপা তরা লৌখোক্লগা হেক পী।*

— *লৌরস্নু-লৌরস্নু।*

অদুবু অঙাং অদুদি পৈশাদু পায়রগা চেনখ্রে। ঐখোয় অনীগী বারীদু তাবদা নহাক্না নোকমি-নোকমি তৌরগা মপান থোকখিবদো। মতাং অদুদা ঐনা :—

— *করি খঙ্লীনো হায়রো।*

— *উমহু।* (নোক্লগা) *করি হায়য়ু হায়রিনো? হৌজিকপু থম্মোয় নৈরাং নৈয়োন খুইথরক্লবকানসিদা।*

— *এ! করি বানোনে হায়রিসিবো? ঐখোয়দগী হেন্না লীরবা ৫০ শুরবা ফাওবা পাম্নরিদা। অদুগনে নিঙোম্না মপামদা শিবসিদি পাপ্নি হায়নবনিকো।*

— *অমুক্তা ঙাইবীখো। ঐ য়াম্না কুইরবা তাবুনুংগী বারী অমত্তা লীজখিগে। অদুঙৈ ঐত্তানা বি-এ ফার্স্ট ইয়ারদা মিং চনবা লাকপীবদা কনাগুম্বী অমখক্না ঐত্তাদগী কলম অমখক বাইবীখিবদু নীংশিংবীরিবরা?*

ঐনা ঙাইহাক্তং তুমিন্না নৈরগা

— *উম! নিংশিংলক্লে।*

— *নুপীদুগী মশক্তু নীংশিংবীরিবরা?*

— *এ! কদায়দগী বানোদা ঐদি ইমাম্নবদুগা বারীদু নুংঙাইমনখ্রদুনা মাগী মশক্তু কমদৌবা জাৎনো মুম্না খঙহৌদ্রে। কলমদু শংলগা হেক্তা পীখিবদনি। বারী লোইরগা ঐস্তু কাওদুনা অদুম চংলে। কলমদুস্তু মানা অদুম লৌখ্রেদনা।*

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

নুমিং অদুদা নুপী অদুনা ঐজ্ঞাগী নশক নতৌ, শাওং-শাদা নুপা অমা ওইবগী মতৌ অদু উরুবদা মাগী ওইজগে খন্দুনা মাগী থস্মোয়দা য়েক্তুনা থমখ্রে। নুপীমচা অদুনা মাগী থবক লোইরদুনা কলমদু পীগে তৌবা কান্দদি ঐজ্ঞাদি লৈরমদ্রে। চৎখিরম্লে। নুপী অদুনা ঐজ্ঞাগী মরমদা কম্না থীজিনখি। থীজিনবা হায়বদি লৌন-লৈনবা য়াদবা, য়েক-নুং থোক্লবা অসিনচিংবগীনি। মরমদি শক-খঙনদ্রিঙেদা হাম্না নুংশিনরুরগা তুংদা লৌন-লৈনবা য়ারমদদুনা পুন্সি পিখম্নবা কয়া থোকখিবগী বারীস্থ ঐখোয়না তোইনা তানরী। অদুবু লাইবকথীবদি মনমোহিনীনা নুপী অদুদা ঐজ্ঞাবু নুংশি হায়না বারীনখ্রে। নুপী অদু নুংশিরুবনদি হান ফোঙদোকপদি নংহৌদা থস্মোয়নুংদা মৈগী চীং পুদুনা ঙসিফাওবা লৈরী। নুপী অদুনা খনখি — মহাক নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তগস্থু নুংশিনবগী মরী থমখ্নরোই। নুপা অদুগী অবা-নুংঙাইদা মহাকস্থু ঙম্বমখে মতেঙ পাঙ্গে খনখ্রে। পাংস্থু পাংখি। লাইবকথীবনা ঐভোগা মনমোহিনীগা থুংনখিদ্রে। কায়নরবা মতুং যন্না কুইনা নুপীদুনা ঐজ্ঞাবু ঙাইজরম্মী। অদুবু খঙবীগদবা মানদি খঙবীদ্রবনিনা উপাই লৈখিদে। মোহিনী লুহোংখ্রবা মতুংদা নুপীদুনা ঐজ্ঞাদা চিঠি ১/২ ইখি। পাওখুমদি অমত্তা হল্লকখিদে। মহাক হৌজিকস্থু পাক্লবা পুন্সি ইপাক্তা হীনাও শাবীনবা য়াওদনা নুংশিংনা পুবা মাইকৈদা পল্লুংফম খংদনা তাওরি।

বিনাসখী। কলম বাইখিবা নুপীমচাদু নংনি হায়রক্তদৌরিবরা?

— *উম। ঐনি।*

— *মদুগী প্রমাণদি?*

মহাক হৌগৎখ্রগা উপু মনুংদগী য়াম্না চেকশিনবা মফম অমদগী ক্লিপ্তা চে অমা থেৎপা কলম অমা পুথোরক্লে। ক্লিপ্তুগী চে অদু লৌথোকহৌরগা কলমদু ঐঙোন্দা পীরগা হংলকই —

— *কলমদু মসি নত্তবরা য়েংবীয়ু। ঐনা কলমদু মঙোন্দগী লৌরগা*

— *মান্নি। মসিমক্লি।*

— *করিগুম্বা ঐত্তাগা মনমোহিনীগা থুংনরল্লগদি কলম অসি ঐত্তাদা অমুক হন্না পীররোইদবনি। মতম অস্তুক কুইবসি কনাদস্তু হায়দোক্তনা বারবস্তু বানা লোত্তুনা থমখিবনি। করিগুম্বা পুন্সি অসিনা লমখাঙদা লোইখিবা তারগনা নহাক্কী নফমদা কলম অসিদদি পীবিয়ু হায়না ইরিবা চিঠিনি। অমুক্তা পাবীয়ু।*

হায়রগা মানা চিঠি অদু ঐঙোন্দা পীরকই। ঐনা চিঠিদু মঙোন্দগী লৌরগা পাখি। মহাক্না ইল্লিবা ফী অদুগী ফীজিনা মিংলু অদুদা হৌরকপা পিগী ইরীক খরা তৈথোকখিবগুম তৌখি।

— *তোক্লো বিনাসখী। কল্লবা পুন্সিগী ঈচেন অসিবু কনানা থীংবা ঙমগনি? নোংলৈ নুশিত্তা পাইরিবা উনাবু ফাগে খন্না ফাঙমদবা, শিরোই-নারোই খনবা কয়াবুস্তু লৌশিনখিবা, শিগদৌরবা কয়াবুনা হিংহৌবা নংনা-ঐনা হায়বা ঙস্রা?*

*অদুগুম্বা ঈচেল অদুনা উনাগুম্বা ঐসে পুশিন্নকুনা নহাক্কী লুরবা ঈরেন্দা লৈদুনা লৈররে। নহাক্কা ঐবু লৌখৎপীররোইদরা?*

— *এ! পুলিশনবু থম্মোয় অদুক শোনবা? ওন্থোক্না পকচখিদ্রেদা।*

— *মতম অদুদা ঐঙোন্দা খজিক্তুং খওহন্নক্তবদি করিগীনো?*

— *উম! চুম্মী। ঐজ্তানা খঙিওবদুনি মোহিনীগা ঐগা লৈকায় অমত্তনি। অদুগীন্সু মথক্তা ক্লাস অদুদা ঐখোয় অহুমখক্তনি। করিগুম্বা খওনরক্রবদি ঐখোয় অহুম অমত্তা কৌনদবা। মীনা ঐখোয়বু নুপা মুম্নবগী কৌনদ্রিবনি হায়খিবা - - অমন্সু-অমন্সু পুমতোক তোকপা। অদুগী শরুক্তা কনাদন্সু খওহন্দনা বানা-বানা বাদশা, নুংশি-নুংশি নুংশিদশা, নহাক্তগা ঙাংনশানবদং ফংজরবদি হায়দুনা বানা-বানা মৈচাক অসি খাংখিবনি। ঐজ্তাগী মতেঙ হেক ঙম্নমখে পাঙ্গেকো খঞ্জদুনা খুত্তা খৎপদা ননাক্তা লাকচখিবদুনি। চিন্তানা চাক্তুনা তুমগদৌরম্লবা ঐগী থবাই-হকচাং অসিদা ঙসিদি নহাক্কা প্রেমগী ঈরিক অমত্তুং খিকপীবদগী খরদং তেকখৎপগুম তৌরে।*

— *অচৌবা ঈরেন্দা অচৌবা ঙা লৈবগুম নহক্কী লুরবা নুংশি ঈরোম্নুংদা পুন্সি চুপ্পা লৈজরগে।*

নোকমি-নোকমি তৌরগা

— *ঙসি অয়ুক ঐনা থবক কারমদাইদা হয়িংখোই অমা ঐঙোন্দা কৌইন হেক ইম্নবা। নাকোংদগা চঙগে হেক*

*তৌবা। ঐনা করিনোনে তৌরিসিবো নীতিগা মান্নদেদা হায়না খনখিবদুদি ঐত্তা লাক্কদবসিগী পাও পীরবা ওইবতারেদনা। কমদৌনি নীংজরিবা দেবতানা ইমাংদা স্বয়ং ফাওবীরক্কবসিদদি করি অমুক হায়রম্বগনি চংজবা নত্তনা।*

— *সবাস। ঐ ইমা থারক্কদৌনি।*

হায়রগা ঐনা ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা

— *অদুদি ঐ চৎলগেকো অমুক্তা নোক্লকউসে।*

— *হনুবসিদি! হায়রগা হায়ফেৎ নোক্লকখি।*

ঐগী পুক্লিং পেঞ্জখি। তাঞ্জা অসিদা নহাক্না চৎলক্লগা

— *সার! মতমসিবু?*

— *য়ারে-য়ারে চৎলসি* হায়রম্লগা ঐখোয় অনী থোরক্লে।

ইকুই কুইদনা বিনাসখীগা ঐখোয় অনী চাওনা লুহোংলে। মনমোহিনীদু লুহোংবা য়াওবা লাকপদা পুর্ণ পাত্র থাঙ্গৎলকপগী অদুবাইদা বাম্বখি হায়নৈ। ময়াম য়া-য়া লাওনখিবদি তাখি। অদুবু করম তৌখ্রগে হায়বদি খঙখিদ্রে।

থা ১/২ গী মতুঙদা ঐ গাড়ী এক্সিডেন্ট মচা অমা থোকপদগী ওইথংবা খুডদা খরা শোকখিদুনা প্লাস্তর য়োমশিন্নুগদগী লৌথোকপা নোংঙানবা নুমিৎনি। য়াম্না থীনা শেকপা নত্তে। খুড কাংসি ময়ি চৎপনি। ঐ লেপ্পা খোৎপা লৌইনা ঙম্মী। খোঙ অসি কোনশিনবদি ঙমদে, কুইনা তিংথোক্তুনা লৈরুবগী ওইবা তাই। অয়ুক পুং ৭ মুক তাবা অদুবাইদা খুৎ য়েৎনা চৈশু, ওইনা বিনাসখীগী লেঙবান্দা পাইরগা চৎপা তম্লী। শুমাঙদা চৎপদু নুংঙাইত্রদুনা খরা শাংনা

## ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ

চৎনন্নবা থোঙ্গাল্লোমদা অস্তুম থোক্লকই। থোঙ্গাল য়ৌরমদাইদা ঐখোয় অনীগা মনমোহিনীগা হেক মাইওক্লরে। মনমোহিনী চপ লেপ্লী। বিনাসখীনা —

— *হায়মা মোহিনী! কদোমদগীনো? ইথা-থাজদনা – ঐখোয়দা লাকইরো?*

মনম-মনম হংজিল্লী। মোহিনী ঙাইহাক তীংঙক-মাইঙক্লরুরগা।

— *সাহেব অমুক্তা উনজগে লাকচবনি।*

ঐনা বিনাগী লেঙবান্দুদি থাদোক্তনা

— *লাকও-লাকও চংঙকও। কৈদৌরগে চংঙকও, চংঙকও হায়রগা মায় লৌশিল্লকই।*

বিনাসখীনস্তু

— *লাকও-লাকও চংঙকও। চা-নুং থকখিসি।*

হায়রগা ঐবু অমুক শমদুনা পুশিল্লকই।

মোহিনীনা ঐখোয় অনীগী তুংদা তপ্পা-তপ্পা ইন্নরকপদু ঐনা হায়ফেৎ উখি। মোহিনী মানা তোঙলকপা গাড়ীদু লৈরক্তা থনল্লগা ঐখোয়গী তুং ইন্নরক্লি। শুমাঙ য়ৌরে। বিনাসখী ডোইং রুমদা ঐগী ফম্নবা শেমশারী। ঐবু ফস্কল্লম্লগা থোরকখিবদা —

— *হায়মা! মোহিনী লৈরমদ্রে।*

হায়রগা লৈরক্লোমদা চেন্থোকখি। অমুক চংঙক্লবরা কৈনো বিনাসখীগী মখোন তারকই

— *কৈনো নঙবো নং'ঐত্তা উননি হায়দাইনে? চৎলগেরা?*

— *হুম! ঐ সাহেব উনবা ঙম্নরোই চংলগে।*

— *লাকখো-লাকখো। উনখো লাকখোনে। মোহিনী! নং'ঐভ্রানা ঙাইহৌরিবনি।*

হায়রগা মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লক্লে। ড্রোইং রুম য়ৌরগা মোহিনী সোফা অমদা ফমহল্লে। মোহিনী ফম্বা ঙমদে। সোফা অদুদা ফম্বদু য়াম্না বাবা মাল্লী। মমাই লুকথদুনা লৈ।

— *ঐ চা লোল্লুখিগে নং'ঐভ্রাগা বারী শান্নরম্মু।*

হায়রম্লগা চা লোনবা চংখ্রি। বিনাসখীনা নং'ঐভ্রা হায়বা বাহেসি মোহিনীনা তাবদা খরা বানা থোকপ্রা হায়বসি মাগী মায়থোংনা তাকই। ঐনা য়াম্না তপ্না মোহিনীদা হংই —

— *করি থবক্কী লাকপনো? চুম্না কৌইথোরকপরা? করি লৈরে?*

মোহিনীগী মমায় ঙাংশং ঙাংশিনখ্রে। মশা অদু চেং খৈবগা চপ মান্নরা নীকখ্রে। হায়গে খনবা বা মখে লৌইনা কাওখ্রবগুম, মানা করিমত্তা খুল্লক্তবদুদা অমুক হন্না ঐনা —

— *করি থবক লৈগে? করি তৌসি হায়গে? ইমাহৌই না-য়েক্তেকো।*

ঐনা ইমা পল্লুবদগী মোহিনী ফুক হৌগৎলগা চেম্ভোকখিগে তৌই। ঐনা ফীজি তাপ পাইদুনা য়াল্লী। মশাদি ইমুঙদগী থোকখ্রগা ইবান্নী ফী অদু চিংনরী। ফীজি মতোন্দু মখুৎ অনীনা

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

পায়রগা মথবাক্তু খুমজিল্লী। মতাং অসিদা বিনাসখী চা কপ ৩ খক পুথোরক্লগা হায়রকই —

— *কৈনো তৌরিসিবো? শোয়রে-শোয়রে।*

হায়রগা বিনাসখীনা চা হাপ্পা ট্রেদু সেন্তর টেবলদুদা থম্মী।

— *মা চংখিগে তৌই অদুগী ফারীবা।*

— *সে-সে ফীদু থাদোকপীরক্নো। ঐগা ঙাংনরগে।*

হায়রগা ইমুঙলোমদা পুশিনখ্রে। চা কপ অনী অমম্বু পুশিনখ্রে। ঐ চা থকপা লৌইরে। মখোয় অনীম্বু থোরক্লগা সোফাদুদা ফম্লরে।

— *অদুবুরো মখোয়গী মৌপ্পা অমা লৈবদায়নে অদু ঙরাং মখোয়না সিনেমা য়েংলুবা হল্লকপদা টাউন কন্ত্রোল পুলিশনা ফাখ্রে। অদুগী হায়বা লাকপনি। ঐনা —*

— *অদুগী ওইরে ঙসাইনা কোক হেক হায়বরগা লৌইরদুবু হায়রগা টাউন কন্ত্রোল পুলিশতা টেলিফোন তৌই। — ঐ ইন্সপেক্তর ঘনশ্যাম্নি। – য়েস গুড মোর্নিং। ঙরাং অঙাং খরা ফারকপদুগী আই-ও কনানো? — মশা লৈত্রা? — হোইনে কৌরকউনে। ঙইহাক লৈরগা — গুড-মোর্নিং গুড-মোর্নিং! নংনা ঙরাং অঙাং খরা ফারকপদুদা ঐগী অঙাং অমা য়াওখ্রেনে। অঙাংদু কৈশু তৌবা নত্তে মীচম্নি। — এন-রঞ্জন কৌবনি। — ইয়া! নংনা মদু হংবগী করি দরকার লৈগেনে? ঐগী নুপীগী মৌপ্পানি।*

## ঐ শিখিরম্মনা হেম্না ফৈ

ঐগী বাহে অদু তাবদা বিনানা ঐগী চিন ময়াদা মখুৎ থাঙৎলকখি। — *অঙাংদো খরা থুনা থাদোকখোকো। ঐনা* টেলিফোনদু থম্লগা হায়খি —

— *মোহিনী নং করিমত্তা বারুরগনু। নংনা হনখিবদা অঙাংদু য়ুমদা লৈজরম্মনি।*

মতুং তারকপদা বিনানা —

— *ঐজ্ঞানা অঙাংদু ঐগী ইপ্পানি হায়বীরিদি করিগীনো?*

— *ঐগীদি ইপ্পাগা অমত্তম্বু লৈতনা।*

— *ঐবু কয়াম কায়খ্রগে? থবক্তু খরা য়াংশিন্নবা হায়খিবনি।*

— *ঐবুদি কৈস্বু হায়দে মোহিনীনা করি খনখিগনি?*

ঐ মাগা চিন্দা-পাওদানবদু মোহিনীগী মমাংদা তম্লদুনা চৈশুদু পায়রগা হৌগৎকে তৌই। বিনাস্বু হেক উহৌদ্রবৌইদনা। ফীভম চাহৌদদুনা তুগে হেক তৌখি। মোহিনীনা ফুক হৌগৎলগা ঐবু ঙাকপোই-করিবৌই হেক কোনশিল্লী। মদু উবদা বিনাস্বু ফুকহৌগৎলত্তুনা ঐবু কোনশিল্লগা —

— *ইস। মোহিনী নং'ঐজ্ঞাসি নংনা ঙাক্রমদ্রবদি তুশিল্লমগনিদা। লাইনা হেক কনবনিহে। য়ারে-য়ারে নং থাদোকঅস্বু য়ারনি।*

বিনাসখীগী বাহেদু তাবদগী মোহিনীনা ঐবু ঙাক্রম্বদু তপ্প-তপ্পা থাদোকখি। মহাক অমুক হম্না ফমদ্রে। লেপ্পুনা অদুম লৈরম্মী। মতাং অসিদা ঐবু কোনশিল্লুবদগী মোহিনী করিগুম্বা খরা নিংশিংলকপগুম তৌব্রা নৎত্রগা করি খল্লুরবনো ইল্লীবা

## ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ

ফী অদুনা মমাইদু খুমজিল্লগা হীক-হীক কপ্লদুনা ***ঐ শিখিরম্বনা হেম্না ফৈ*** হায়রম্লগা তুমিন চংখ্রে। ইবান্নীস্তু হায়ফেং য়েংনরগা তুমিন-তুমিন মানা চংখিবদু য়েংদুনা লৈহৌরে।

-------

— *অদুদগী চথররক্লিবা ঐগী পুন্সিনি নংগা ওসি উনরিবসি। ইহে! য়াইমা পুং ১০ তাদোরেনে। নং হম্নবা তৌরো। থেংখ্রনি। কোম্না অমুক উনরসি। গুড নাইট।*

— *গুড নাইট সার।*

লৌইরবা

-------



